# A DICTIONARY OF GEOGRAPHY

(anglo manipuri)



Leisangthem Ajit Singh

# A
# DICTIONARY OF GEOGRAPHY
## ( ANGLO-MANIPURI )

*By* :
LEISHANGTHEM AJIT SINGH
**Senior Lecturer Sainik School, Imphal**

Published by :
L. KESHO SINGH, Singjamei.




First Edition—March 1984
( Copies 2,000 )

ফংফম—সরস্বতী বুক হাউস।
শিংজমৈ বজার ইম্ফাল।

Rs 12·00

Printed at the S I. Printing Works.
Singjamei Makha Sarangthem Leikai, Imphal.

# Dictionary of Geography

## (ANGLO-MANIPURI)

Aborigines— লম অমদা মাহৌশাদগী হৌ। খুন্দা লৈতাদুনা লৈরম্বা মীওইশিং, ইউরোপকি মা[illegible]শিংনা [illegible]বা লম অমা থংজিননা পুথোকপদা নংগা হৌশন্না মতমদা লম অদা হান্না লৈরম্বা মীওইবু খংনবদা শিজিন্নবা [illegible]ছে, অষ্ট্রেলিয়াদা হান্না [illegible] মী[illegible]ইবু হৌজিক Aborigines হায়না খঙনৈ।

Ábrasion— মতৌশংগী চৈবা ঊশিং, নুংশিং, অমসুং ঊন্না নুংজং, চুংনুপ কৈকেচিনচিংনা মলম অমদগী অমাদা মফম অমদা পুথোক পুশিল যাব পোংশি [illegible] শিন[illegible] পৃথিবীগী মৈমাইগী শরুক খবন্নু চাথং-থেংনং [illegible]বা [illegible] ওকথাযব।

Absolute Humidity [illegible] নুংশিংকী অকক্নবা চাং অমদা যাদনা ঈশিং মাংনলগী চাং নুংশিং [illegible] মিটর অমদা ঈশিং গ্রাম [illegible] চাং ওন্নে।

Abyssal ([illegible] নগী থেন্না লুবা সমুদ্র[illegible]) মফম অসিদা নুমিংকী [illegible] অমসুং মন মশিং হেৎদে। অদুবু মথম অহুদ মথল মথলগী থবাক পানবা ঈশিংগী জীবদি অমক বরে।

Accumulation Mountain— (পৈশিন্দুনা শেম্বা চীঙজাও), মৈগী চীঙ পোকথাদবদা থোবকপা নুং মচা, মহি চেনবা লৈনুংদগী থোককপা পোংশিং অহুনা মতম থরগী মতুংদা থরা থরা ইংথবক্তুনা মফম অমদা পুল্লপ তাশিল্লগুনা অচৌবা চীঙজাও শেমবই।

Antipodes— পৃথিবীগী মায়োক্কবা মাফম অনিদা লৈবা মফমশিং ; মফম অনি অদু লোংগিচ্যুট দিগ্রি ১৮০° য়োম লাপ্লে।

Aphelion— পৃথিবীনা নুমিংগী অকোয়বদা অসুম চংলকপদা নুমিং-তগী খ্বাইদগী লাপ্পা মফম, পৃথিবীনা নুমিংগী অকোযবদা চংপগী লম্বী অসি কোযরপ কোয়দে, যেরুমগী মওংনি মরম অদুনা পৃথিবী অসি নুমিত্তা অমুক নকশিল্লী অমসুং অমুক লাপথোক্লই।

Apogee— থা নত্রগা প্লানেট অমনা মশাগী খোঙচত্তা পৃথিবীগী মফমদগী খ্বাইদগী হেন্না লাপ্লা মতমবু এপোগী হায়না খঙই।

Arable Land— লৌউ-শিংউবা য়াবা মফম।

Archipelago— ইথং মপৈ অমা, ফিলিপাইনস, আন্দামান নিকোবর অমসুং ইন্দোনেসিয়া ইথং মপৈ ওঙ্কনি। ইন্দোনেসিয়াদা ইথং ১০০০ দগী হেন্না লৈ।

Arctic Circle— পৃথিবীগী অর্থাংবা শরক্তা চিংলিবা লেটিচ্যুট দিগ্রি ৬৬ কা মিনিট ৩২ (৬৬° ৩০´ হায়না তৌরে) গী লৈই, চহি অমদা নোংমা মফম অসিদা নুমিৎ থোক্তে ( ডিসেম্বর )। মসি মেরু দণ্ড ওইথং-বননি।

Arid— নোং য়াংনা তাবা মফমদা শিজিন্নবা য়াহৈ, নোং য়াংপা ঈশিং নুংশিৎনা Arid Climate অমসুং নোং য়াংপা লম্না Arid Land হায়না শিজিন্নৈ।

Artesian Well— ঈশিং তম্বনা থংবা গুহা মথল অমা ; গুহা তোযম অদু গুহাগী ঈশিং লাকপম ( ফংফম ) অদুদগী কুংথনা লৈ মরম অদুনা ঈশিংগী নমথবগী শাক্তনা কুংথবা মফমদা লৈবা গুহাদা ঈশিং মতম চুম্নদা ফংহল্লি। ঈশিং চংবা ওম্বা অমসুং ঈশিং চংবা ওমদবা ড্রোক মথল অনি লৈ। ঈশিং চংবা ওম্বা ড্রোক লৈরোল অমা ঈশিং চংবা ওমদবা

ডোক্তী লৈয়োল অনিগী ময়ায়দা চণ্ডুনা লৈবা মফমদা করিগুম্বদা লৈয়োলশিং অদু কোম্বহনা ময়ায় কুথহনা লৈ। কুথখিবা মকম অদুদগী নাক-য়েত্তা ড়োক অদু লৈয়োল কায়দনা লৈমায়ংোংদা হাইগংলকতুনা মপান থোরকই।

নোং তারকপা মতমদা ময়ায়থংবা লৈয়োল অদুদা ঈশিং চংহনা মথাগী ঈশিং চংবা গুমদবা ডোক্তী লৈবোল মথক্তা তুংই। মরম অদুনা মথকথংবা ঈশিং চংবা গুমদবা লৈবোল অদু তৌরগা ঈশিং থোরকই।

Asteriod— মার্চ অমসুং জুপিটরগী মরক্তা নুমিৎকী অকোয়বদা কোয়না চৎতুনা লৈবা অপীকপা গ্রহশিং— মখোয়শিং অদিগী মশীং অসি অদি অঙকপা ফংনা যাম্না লৈ।

Atlas— মেপ তাক্লগী হাইরিক; মথল খুদিংমক্কী মেপ নত্রগা মহৈ মশিং তম্বদা কাম্নগদবা মেপ, চীং, পাৎ, তুরেল, অকুৎ-অতোং তাকপা ঈশিং নুংশিংকী, নোং তাবগী, গুমথৈ তাকপগী লম্বা সোরোক অমসুং মী কংনা তাবা অমসুং লম্না তাব তাকপা মেপশিং।

Atmosphere— পৃথিবীবু কোয়শিনবা নুংশিং, মসি গ্যাস অমসুং ঈশিংগী মনিলনা শেম্বনি। মসিদা য়াওবা গ্যাসশিংদি অক্সিজেন ২১p.c., নাইট্রোজেন ৭৮p.c. কার্বোনদাইঅক্সাইদ ·০৩p.c. অরগোন হেলিয়ম অমসুং অতৈ অতৈনি। মসিগী খাইগী মথাদা Troposrhere, মথংদা stratosphere Mesosphere, Thermosphere হায়না মরোল নাইনা লৈ।

Atmospheric Pressure— নুংশিংকী অরুম্বনা মফম অমদা নমথবগী শাফু; সমুদ্রগী লৈমায়দা নমথবগী শাফু অসি কল্লি, অৱাংবা মফমদদি নমথবগী শাফু অসি হন্থে। নুংশিংনা নমথবগী শাফু অসি বেরোমেটরনা গুল্লী অদুগা Millibar দা পাথোকই। পাবগী খুজীং Millibar; শাফু গুনবগী থুংলাই Barometer, নি।

Atoll— ময়ায়দা পাৎ অমা কোম্লশিনদুনা থম্বা কোরেল রিফ অমা; হায়বদি হায়রিবা কোরেলগী রিফ অসিগী মনুংদা পাৎ অমা লৈবনি।

Aurora Australis— মথাথংবা পৃথিবীগী তংখাইগী অরাংবা লেটিচ্যুটতা তোইনা উবা মঙান্দুবুনি। মসিগী হায়রিবা মঙাল অসি অইওনোসংফিয়ারদা তোবনি।

Avalanche— অচৌবা উনগী মপৈ অমা ড়োক মপৈ মপৈগা লোয়ননা অরাংবা চীংথক্তগী চীংমায়গী অওয়দগী তকথবকপা; অরাংবা চীংথক্তা উন কা-হেন্না পৈশিন্দুনা মসিগী অরুম্বা পুজবা ওয়ক্তগুনা য়াম্না থুনা ড়োক মপৈংশিংগা লোয়ননা চীংমায়দা মথাবোমদা ওন্থরকই। মসিনা খুঙং, পাম্নী, উমং বামং কয়া মাঙহল্লি।

Axis, Earth's—পৃথিবীগী ময়ায় ফাওনা অরাং মেরু অমসুং খা মেরু শয়হল্লিবা ভাবনা শাবা মচৈ; মচৈ অসিগী অকোয়বদা পৃথিবীনা অমুক লৈবদা পুং ২৪ য়োম চংই। মসি পৃথিবীনা কোয়না চৎপগী লম্বীদা ( Plane of orbit ) ডিগ্রী ৬৬½ ওমথৈ।

# ( B )

Badlands— য়াম্না মুথনা হঙ্জিনবা ঈশিংখোঙশিং লৈবা; অতোংবা অমসুং নোং বাংপা লম; নোং বাংপনা মফম অহূদা মনা-মশিং নিংথিনা হৌবা ওমদে অহুবু মরক মরক্তা নোং কয়া তাবনা অরু-অরুবা ঈখোংশিং হঙ্জিন্দুনা লৈহাও চেম্মোকখি।

Bank— (১) তুবেল অমসুং পাং মপাল; (২) সমুদ্র খোংনুংগী খরা বাংখৎপা লৈমায়; লৈমায় অসিনা অকোয়বদা লৈরিবা মফমশিংদগী বাংখৎলি। খুদম—North sea গী Dogger Bank, Atlantic ocean গী Grand Bank.

Bar— সমুদ্রদা ঈথক্কা পৈথংজুনা শেম্বা লৈত্তোই অমসুং নুংঙ্গেংগী অপীকপা চীংশাং ; মথোয় অসি ঈশিংগী লৈমায়দগী য়ায়া কা-হেন্না ৱাংদে ময়ম অদুনা High Tide— জ্বার ৱাংনা কাবা মতমদা লুপথখিগ্নুনা মপক উবা ফংদে। মথোয় অসি তুরেল তাফমদা Bay গী চংফমদা অমসুং Harbour দা কংফালদগী থাপতক্কা লৈয়াইগা পান্নিং অমত্তা ওইনা শাংনা লৈ।

Barkhan— লৈকংলাদা লৈবা থা মচেং শাবা লৈত্তোইগী চীংহুম, চীংহুম অসিগী থা-মচেং মানবগী মচি অনি অহু নুংশিং শিংথিবা মায়-কৈদা লৈ।

Barometer— নুংশিংকী নমথবগী শাফু (pressure) ওন্নবা খুৎলাই। শাফু অসি মিলিবাবদা ওল্লি। ১০১৩২ মিলিবারগা মার্কোরিগী মিলি-মিটর ৭৬০ গা মান্নৈ।

Barrage— তুরেল থিঙ্ংলগা ঈশিং তু'নবা অচৌবা পল ; তুংলিবা ঈশিং অহু লৌথোংদা থাজনবদা শিজিন্নৈ। খুদম—ইথাই তুরেলগী পল।

Barrier Beach, Barrier Island— সমুদ্রগী জ্বার ৱাংনা কাবা, High Tide মতমদা ফাওবা লুপথদবা বার—Bar, মসিগা সমুদ্র থোং-বানগা অনিগী মরক্তা পাং ( Lagoon ) অমা লৈগল্লি।

Basalt— লৈনুংদগী থোরকপা অশাবা মহিনা ফমজিন্দুনা শেম্বা মচু মুবা ইগ্নস রোক্স।

Base Level— তুরেল নত্রগা ঈচেল অমনা মসিগী থোংনুংদা লুথনা চাথেংপগী থ্বাইদগী অকুবা মফম।

Basin— (১) তুরেল অমনা মসিগী মশা মরেংশিংগা লোয়ননা চেল্লিবা লম পুম্বা। খুদম :— ইম্ফাল তুরেল বেসিন— ইরিল. কোংবা

ইন্কাল তুরেলগী মপানি ময়ম অহনা মখোয়না চেনবা লমশিংসু ইন্কাল বেসিন ওইগনি।

(২) লৈবোলশিংদা মায়কৈ পুম্নমক্তগী ময়াম্ ওইবা মফম অমদা গুমং থরকপা মফম; খুদম রশিয়াগী দোনবাস বেসিন, ফ্রান্সকী পেরিস বেসিন।

(৩) Syncline সু বেসিন অমগুম্না লৌনৈ।

Batholith, Bathylith— মেগমা থোরকপনা শেম্বা dome মওং মানবা ইগ্নস রোক্স।

Bay—কংফালশোমদা পাক ( চংশিল্লকপা ) শন্দোকপা সমুদ্র নত্রগা পাংকী শরুক; খুদম :—বে ওফ বেঙ্গল।

Beach— সমুদ্র মপাম্দা ঈথক অমসুং ঈশোম্না পৈশিন্দুনা শেম্বা নুং মচা অমনুং লৈত্তোইগী শম; মসি ঈশিংলোমদা লোইরেই লোইরোই গুমথৈ। খুদম :— জুহু বিচ, বো ম্ব।

Bedding Plane— সেডিমেন্তরী ডোক্কী লৈয়োল অমবু অতোপ্পা লৈবোল অমদগী থাইদোকপা তাইনথম লৈমায়।

Biogeography— পৃথিবীগী করম করম্বা মফমদা মথল মথলগী উ-রা অমসুং শা ফংবগে হায়না নৈনবা হৌরম।

Biosphere— থরাইপানবশিং লৈরিবা পৃথিবীগী শরুক, ঈশিং-নুংশিৎ অমসুং কংফাল, অহুম অসিগী তিন্নফমদা থরাই পানবশিং লৈ। মাম্না নুবা ঈশিংদা, অমসুং নুংশিত্তা গুক্তা থরাই পানবা লৈবা গুমদে।

Bituminous Coal— থরা ফবা মথলগী করলা কারবোনগী শরুক থরা য়াম্না য় ওই, মসি য়াম্না মরাং কাইনা ফংবা অমসুং য়াম্না মরুওইবা কয়লানি; মসিনা Anthracite তগী থরা হন্থ অমসুং Lignite তগী হেন্না কৈ। মসিদা কারবোনগী চাং ৭০% - [illegible] যাওই।

**Blizzard**— অচৌবা উন মকুপ মকুপকী অকনবা নুংশিং, মরক মরক্তা কনশিল্লবা উন মতুম মতুমসু থাওরকই।

**Block Mountain**— ফল্ট ( Fault ) অনিগী মরক্তা লৈমায় ইনথং-অক্তুনা শেম্বা চীং নত্রগা ফল্টকী নাকলদা লৈমায় নবথথিংনা লমথহোৌদবা শরুক অহুনা ওইবা চীং।

**Braided Stream**— তুরেল অমদগী অপীকপা অথেনব ঈচেল মচা মচা অমগা অমগা শম্না লোংথোকখিবা, ঈচেলশিং অহু অমুক অচৌবা ঈচেল অমা ওইনা তিন্নৈ অহুগা অমুকসু হাম্মওম্না ঈচেল মচা মচা লোংথোকখি। তুরেলনা পুথরকপা ফত্তবা পোংশিং পৈশিল্লক্তুনা ঈচেল থিংলকপা য়াওহুনা ঈচেল মচা মচা থাইদোক্তুনা চেনবনি, থাইদোক্লিবা ঈচেলশিং অহু অমুক তিনশিন্নৈ, অমুকসু পোং পৈশিন্দুনা ঈচেল মচ মচা লোংথোকখি।

**Butte**— মতোন পাকপা চীং, মসি অকননা ডোকী লৈরোল অমনা অশোনবা লৈরোল অংগী মথক্তা লৈব মতমদা ওইগল্লি। নোং লিক্লা তাবা মফমদা মসি য়াম্না লৈ।

**Buys Ballot's Law :**— অরাংথংবা পৃথিবীগী তংথাইদা মী অমনা নুংশিত্তা মনিং ওন্দুনা লেপ্লা মতমদা নুংশিংকী শাফু অহু ওইথংবা খুত্তা থরা য়াংকনি, খা থংবা পৃথিবী তংথায়দদি ওইথংবা খুত্ত' নুংশিংকী শাফু অহু য়েৎথংবদগী হেনগনি। নুংশিংকী শাফু অরাংথংবা শরুক্তা য়েত্তা শাফু কল্লি, খা-থংবা শরুক্তা ওইদা শাফু কল্লি।

# C

**Cadastral Map**— লৌ-ইংখোলনচিংবা উৎতুনা তাকপা স্কেল অচৌবগী মেপ।

**Calcareous**— কেলশিয়ম কারবোনেট য়াওবা ডোক অমসুং নৈহাও।

**Caldera**— য়ায়া লাওনা মৈগী চীং মতোন্দা কুংথবা ; মখোয় অসি মৈগী চীংগী মতোন অ৪ নমথখিদুনা শেমখিবনি অদুনা মখোয় অসি চীং-দোনশিংনা কোয়শিল্লি। নোংগী ঈশিং তুংশিনখিদুনা মখোয় অসি পাং ওইরকই জাপানগী এসো সান কালদেরা কিলোমিটর ২৩ শাংই, ১৬ পাকই। অমাং অমেরিকাগী ওরেগোন ষ্টেটতা লৈবা ক্রেটর লেকসু কালদেরানি।

**Campos**— ব্রাজিলগী (খা অমেরিকা) নাপী হৌবা (ট্রোপিকেল গ্রাস) লম, মসি ইকেতরিয়েল ফোরেষ্টকী মথাথংবদা লৈ। নাপীশিং অসি য়ায়া ৱাংই।

**Canal**— খুৎলেমগী ঈশিংখোং— মীনা শেম্বা ঈশিং চেনফম ; ঈশিং-খোংশিং অসি নোং ৱাংপা মফমদা লৌদা ঈশিং থাজিনবা শিজিন্নৈ। অরুবা পোং হি অমসুং জাহাজদা পুখোক পুশিন তৌবদসু শিজিন্নৈ।

**Canyon**— য়ায়া ওৎবা, লুবা অমসুং খুবা তুরেলগী খোংনুং ; অসি-ওবা অওবা অমসুং অখুবা খোংনুংবু Gorge কৌই ; অচৌবা মথলগী Gorge বু Canyon হায়না খঙনৈ। ইউঃ এসঃ এঃ গী কোলোরাদো তুরেলগী গ্রান্দ কেনিয়ন পৃথিবীগী খ্বায়দগী চাউবা কেনিয়ন নি, মসি মাইল অমা হেয়া লুই. খোংনুংদা খুরবসু মতোন্দদি মাইল ১৮ কাওবা লাওই, মাইল ২১৭ শাংই।

কোন্নোয়াদো তুরেলনা মখাদা লুথনা হরিন্দুনা চাথৎপনা তুরেল অসিগী খোংলুংদ ড়োক-কী লৈরোল ২০ শুনা উবা ফংলে।

Cape— সমুদ্রায়ামদা তুংথোক্লা মচিল হেন্দোক্লিবা লম শরুক; আফ্রিকাগী কেপ ওফ গুদ হোপ।

Carbondioxide— ওক্সিজেনগী শরুক অনিগা কারবোনগী শরুক অমগা যানশিন্নবা মনিলগী শরুক; মসি নুংশিক্তা '০৩% য়াওই।

Carboniferous Period— কয়লা শেম্বা মতম ( চহি ) : Paleao-zoic Period কী শরুক অমনি। মতম অসিদা মরুওইনা সমুদ্র মপান-শিংদা উ মরাং কায়না হৌই, মতমগী মতুংইন্না পুমথববা .তকলনা অমদি তুরবা উশিং অদু সমুদ্র মপানগী লমশিং নমথখিড়না অমসুং ঈশিং হাজিন-লক্তুনা লৈবাক মনুংদা ফুমখি। থবা লৈবগা ঈশিং অমুক থেনজিন্নক্তুনা হান্নগুমনা উ অদু অমুক হোই অদুগা অমুক ঈশং থুমজিল্লক্তুনা উ অতেক অকায়শিং অদু ফুমখি। উশিং অদু চপশিল্লক্তুনা, বলংন্দুনা লৈনুংদা ৎম্বা মরন্না মতুংদা কয়লা ওইরকই।

Cardinal Points— মরুওইবা মায়কৈ মরি; নোংপোক, নোংচুপ, অরাং অমসুং মখা।

Catrography – মেপ অমসুং চার্ট য়েকপগী মহৈ।

Cascade— অপীকপা ঈশিং চাইবী নত্রগা ঈশিং চাইবী পরিং থাক থাককুন্না লৈবা।

Cash Crops— য়োন্নবগীদমক থাবা মহৈ-মরোং, যোন্থোক্লগা পৈশা ফংনবগীদমক থাবা মহৈ মরোংশিং। চা, চু, লশিংনচিংবা থাবা।

Cataract— অচোবা ঈশিং চাইবী নত্রগা ঈশিং চাইবী পরিং অমা, নাইল তুরেলদা অসিগুম ঈশিংচাইবী যান্না লৈ।

Catchment Area— নোংগী ঈশিং পুথা ( মনিল ওইনা থরা পাইখৎ-খিবা নত্তনা ) তুরেল অচৌবা অমদা নত্রগা মচাদা চেনশিনবা লম ; মসিদগী তুরেলনা ঈশিং অদু পাং নত্রগা সমুদ্রদা পুথখি।

Cave— লৈমাই মথাদা লৈবা অহাংবা—অহোবা মফম ; সমুদ্র মপালগী অঙম্বা চীংমাইগী মখোংদা ঈথক্লা নুংঙাও অমসুং নুংজ্রেংগা লোয়ননা ফুজিন্দুনা চীংখোং অদু অসুম অসুম চাশিনখিদুনা সি কেভ শেমই, করিগুম্বদসু ঈথক্লা ফুজিনবদা য়োককী লৈক্রক্লা, অহোবদা নুংশিং চংদুনা মনুংদা লৈবা নুংশিং অদু চপশিন্লি। ঈথক্লা হন্দোরকপদা নুংশিং অদু শন্দোরকই। অসুম্না অমুক চপশিনবা অমদি শন্দোরকপা অসিনা চীংগী শরুক অদু কায়রকই। শুনুগী লমদা কার্বোনডাই ওক্সাইড য়াওবা ঈশিংনা লৈনুংদা চংথিদুনা লৈনুংদা লৈবা শুনুগী শরুক থরা তুমথিদুনা লাইমষ্টোন কেভ (গুরুং) ওই। লৈনুংদা লৈবা শুনুগী কেভশিং অসি মী য়েংবা য়ায়া লাকৈ। পৃথিবীদা মমিং চৎপা শুনুগী কেভশিংদি :—carlsbad, cavern, hamilton cave (U S.A.)।

Celsius Scale : সুইদেনগী Anders Celsius (১৭০১-৪৪) না পুথোকং লম্বা অইং অশা ওয়বা স্কেল, মসিগা Centrigrade কা অমতনি।

Centrigrade Scale : পৃথিবীগী মফম অয়াম্বদা শিজিন্নবা অইং অশাগী চাং ওয়বা স্কেল ; মসিদা 0° না ফমজিনবগী চাং, ১০০° না ঈশিংনা শোবগী চাং ওই। মসিদগী Fahrenheit স্কেলদা ওনগে হাযরবদি ১৮ না মসিগা পূরিরগা ৩২ তিনশিনগদবনি। F=(১·৮×C)+৩২ ; সেন্তিগ্রেট ২০=(১·৮×২০)+৩২=৩৬+৩২=ফারেনহিট ৬৮।

Chain : চীংলোন কয়ামরুম য়াওবা চীংশাং পরে ; চীংলোনশিং অদু শাংনা শাংনা লৈ অমসুং চাওরাক্লা সামাত্তর ওই। চীংলোনশিংগী মরক্তসু অহাংবা লৈতেম মায়বা লম লৈবা য়াওই। খুদম : হিমালয়।

Channel : (১) কংকাল অনিগী মরক্তা লৈবা খুমপ তোৌবা ময়ুংনা ওবা সমুদ্রগী শরুক ; মসিনা অচৌবা সমুদ্রগী ইমায় অনিবু শম্নহল্লি ; খুদম : ইংলিস চেনেল, (২) তুরেলখোংনু' (৩) Bay, harbour নচিংবগী অরুবা হিংহোনবা য়াবা শরুক।

Chernozem : অকুপ্পা, অফবা, মচু মুব' লৈহাও, মচু অসি মথম খব'দি মুনা য়াউথাংলৈ। মসিদা Humus অমসুং শুনুগী শরুক য়াওই। খা থংবা রুশিয়া, হঙ্গেরি, রোমানিয়াগী শরুক খরা, কানাডা অমসুং ইউ: এস: এ: গী শরুক খরদা লৈহাও অসি ফং'ই।

Chinook : অরাং আমেরিকাগী রোকি চীংশা'গী নোংপোক থংবা চীংমাইদগী শিংথরকপা অশাবা অমসু' ঈশিংগী শরক যাওদবা অকংব নুংশিং।

Cirque · কোযবপ্পা, যায়া ওয়া অমসুং লুথনা উম্না চীংমাইদা চাথংখিবা মফম , মসি হান্নদা গ্লেসিযার লৈবম্বা মফমদা নত্রগা হৌজিক গ্লেসিয়ার লৈরিবা মফমশিংদা লৈ। মসি Valley Glacier গী হৌবকফমদা লৈগল্লি, অদুনা মসিদা তাশিনবা উনশিং অদু গ্লেসিয়ারগী মচাক ওই। হান্নদা উন লৈবম সাকশি'না হৌজিক হাংনা লৈরবা মতমদা Headwall, Basin অমসুং Threshold হায়না শরুক অহুমথক উবা ফংই। হেদরাল মিটর ১০০০ ফাওবা লুবা য়াওই, মসি য়ায়া ওন্মি , মসিগী মখোংদগী লৈমাই অদুনা বেসিন ওইনা শন্দোকখিহুনা বাংলপ তোৌবা রোক্সি শরুক থ্রেসহোল্ড কোৌবা মফম অমা য়োৌই। মসিবু Amphitheatre নত্রগা খুংপাইফম পানবা ওাথহুনা ফম্বা চৌকি মাল্লি। মসিবু জর্মনদা Kar, ৱেলসতা Cwm, স্কোটসতা Correi, স্কানদিনাভিয়াদা Botn অমসুং Kjedel কৌই।

Cirrocumulus : লিবলাইওয়া লংবা উন , অঙৌবা উন মতুম মতুমগী মপৈনা শঙ্কু শঙ্কু নত্রগা পরিং ওইনা অরাংবা মথমদা শেম্বা লৈচিন। মসিবু Mackerel sky হায়নসু থংলৈ।

Cirrostratus— অতিয়াব্ব ঙৌরোক ঙৌনা খুমজিমবা অপাবা লৈচিন ; মথোয়না নুমিৎ অমসুং থা মশক উদনবা খুমজিনবদি ওয়দে। নুমিৎ অমসুং থাগী অকোয়বদা লৈবা মঙাল অচু নিংথিনা উবা ঙমই। মসি নোং-নুংশিৎ লাক্কদবগী খুদমনি।

Cirrus – উচেক মতু মানবা অঙৌবা, অপাবা য়েংবদা ফজবা লৈচিল ; মথোয় অসি মতৎ মতৎ ওইনা চাং অমদা নাইচ্রবদি অকবা ওইগল্লি ; মথোয় অসিনা শাংনা ফিভাগী মওং মাম্না লৈরবদি ফত্তবা ঈশিং-নুংশিৎ ওইগল্লি।

Cliff— য়াম্না য়াংবা অমসুং খমথেংনা ঙম্বা চীংমায়।

Climate – করিওম্বা মফম অমগী চাংচৎতা লৌবা চহি কয়ামক্রমগী ঈশিং নুংশিংকী ফিভম ; মফম অমগী অককনবা মতম থয়গী (পুংজা থয়গী) অইং-অশা, নুংশিংকী প্রেশর, নোংতাবা, নুংশিত্তা ঈশিংগী চাং য়াওবা ; নুংশিংকী অয়াংবা অমসুং মাইকৈ, লৈচিন, নুংশাগী ফিভম থংবব্ব weather কোই। চহি কয়ামক্রমগী weather গী চাংচৎনা climate ওই। লম অমগী লেতিচ্যুড, অৱাংবা, সমুদ্রদগী নকপা অমসুং লাপ্পগী মতুং ইন্না মফম অমগী ঈশিং নুংশিং (ক্লাইমেট) লেপই। অংবু চীং লৈবা, সমুদ্রগী ইচেল, নুংশিং মাইরম্নচিংবনা লম লমগী থেম্নবা থরদি লৈ। লেতিচ্যুড মশিং য়ামদবা মফমদা লৈবা মফমদি য়াম্না শাই ; খুদমদি ইকেটরদা য়াম্না শাই ; লেতিচ্যুট মশিং য়াম্বা অৱাং থংবা পোল, মথা থংবা পোলদা য়াম্না ইংই। ইকেটরগী লমদা লৈরবসু অৱাংবা চীংথক্তদি ইংই। সমুদ্র মপান্দা নক্না লৈবা লমদি কালেন্দা থোইনা শাদে মিংথমথাদা থোইনা ইংদে।

Climatic Regions— ঈশিং নুংশিংকী মতুং ইন্না থায়দোকপা পৃথিবীগী শরুকশিং ; মরুওইবা শরুক ময়িদি ট্রোপিকেল, সবট্রোপিকেল, তেম্পরেট অমসুং পোলারনি। মথোয় অসিবু অমুক শরুক কয়ামক্রম থোক্লা থায়দোকই ট্রোপিকেলগী লমশিংদা ইকেটোরিয়েল, মুনসুন, সুদান অমসুং অপাবা ডিজর্ট

সবট্রোপিকেলদা মেদিটররেনিয়ান রেট সবট্রোপিকেল, টেম্পরেটতা মেরিডাই, কনতিনেনতেল, পোলারদা অর্তিক ক্লাইমেটনি।

Climatology : পৃথিবী ঈশিং নুংশিৎকী মরমদা নৈনবা বিজ্ঞান।

Cloud : নুংশিত্তা ঈশিংগী মনিল ফমজিন্দুনা লেম্বা অশিকপা ঈশিং মরিকশিংগী মপৈ নত্রগা অরংবা উন। মখোয় অসি লৈমাইদগী থন্না রাংথৎনা লেমই। রাংবগী মতুং ইন্না লৈচিনবু শরুক ১০ থোক্না খায়দোকই :—

অনেম্বা লৈচিন— Stratocumulus, Nimbostratus, Cumulus, Cumulonimbus, Stratus— ফুট ৮০০০ ফাওবা রাংবা।

ময়াম ওইনা রাংবা— Altocumulus, Altostratus, ফুট ৮০০০ দগী ২০,০০০ ফাওবা রাংবা।

অরাংবা লৈচিন— Cirrus, Cirrostratus, Cirrocumulus— ফুট ২০,০০০ দগী ৪০,০০০ ফাওবা রাংবা।

Coast : (১) সমুদ্রগা তাইনবা বংফালগী শরুক— সমুদ্র মপান, (২) য়াম্না পাক-চাওবা ঈশিংগী মপান।

Coastal Plain : সমুদ্র মপান্দা লৈবা লৈতেম মাম্নবা লম ; লম অসি সমুদ্রগী মচিনরাইদগীনা অরাংবা লম ফাওবনি।

Col : (১) চীংশাংদা কুংথত্নুনা লৈবা মফম অমা, মফম অসি চীংলম্বী ওইনা ফাওদোক্লুনা চৎনৈ। মসি তুরেলনা নত্রগ গ্লেসিয়ারনা ওইহনবনি ; চীংয়াং অমগী চীংমাই নাক-যেং অনিমক্তা তুরেল চেম্বা মফমদা তুরেলনা চীংয়াং অত্থু মাইকৈ অনিমক্কী মতুং দম্না চাশিনক্লুনা চী'য়াং অত্থু নেমহল্লি। চীংয়াংগী মায়োক্নবা চীংমাইদা cirque অনি লৈরবদি অসুম অসুম মনিংলোমদা উম্না চাশিন্নক্লুনা মথায়দা লৈবা অরাংবা অপাবা চীংয়াংগী শরুক অত্থু চাশিনলক্লুনা কুংথবা মফম লেমই।

(২) মায়োক্পবা সাইক্লোন অনি অমসুং এন্তি সাইক্লোন অনিগী মরক্তা লৈবা হায়বদি সাইক্লোন, এন্তি সাইক্লোন, সাইক্লোন অমসুং এন্তি সাইক্লোন হায়না মথং মথং শুনা ওন্না ইকোয় কোয়না লৈরগা ময়ায়দা লৈবা মফম।

মসিদা চাওয়াক্লা চাং মান্নবা প্রেসর লৈ, মফম অসিগী প্রেসরনা সাই-ক্লোনগী প্রেসরদগী হেন্না য়াংই এন্তি সাইক্লোনদগী হেন্না নেমই। নুংশিং য়াংই অমসুং অকক্পবা লৈতে।

ক'লেন থাদা ঈশিং নুংশিং কৈ, অদুবু অথাক অয়াও তোগল্লি, ইংথম-থাদা লৈচিল থাগল্লি।

Cold Desert – কাহেন্না ইংমন্দুনা উ-রা অমসুং নাপী-শিংবী হৌবা ওমদবা লম। অর্কটিক অমসুং অনটবটিক লমগী উন্না কুপশিনবা য়ান্না ইংবা মফমশিংদা য়াহৈ অসি শিজিন্নৈ।

Comet— গ্রহদগী হেন্না পিকপা নুমিৎকী অকোয়বদা লৈন্নুনা লৈবা অরংবা মনিলগী শরুক্তা মমৈ ওইবা পোৎ।

Composit Volcano— মৈগী চীং পোকথায়বদা য়াওরকপা Lava, Cinder অমসুং উৎনা শেন্না শারৈ মওং মানবা মৈগী চীং ; মসি Strato-volcano হায়না থক্তনৈ। খুদমদি— ইটালিগী স্ট্রোমবোলি।

Concordant Coast – সমুদ্র ময়াদা লৈবা চীংশাং পরেংগা চাও-য়াক্লা সামান্তর ওইনা লৈবা সমুদ্রগী মপান; খুদম— এড্রিয়াতিক-সিগী যুগোসলাভিয়াগী সমুদ্র মপান।

Condensation— মনিলবু মহিগী ফিভম ওইহনবগী থৌওং; লৈচিন অসি নুংশিংতা ঈশিংগী মনিল ফমজিল্লগা ওইরকপনি। ঈশিং মনিল য়াওবা নুংশিংনা মথকতা পাইথংলগা মওং চাউথোরকই অমসুং ইংশিনবা হেল্লকই অদুগা ঈশিং মনিল অদু ঈশিং মরিক ওইনা ফমজিল্লি।

Confluence— তুরেল অমনা অতোপ্পা তুরেল অমদা ভিল্লিবা মফম নত্রগা তুরেল অমগা অতোপ্পা তুরেল অমগা পুনশিন্নবা মফম। খুদম :— লিলোংদা ইম্ফাল তুরেলদা ইরিলনা তাবা মফম।

Conglomerate— কোরোক কোযবা নু·মচা মচানা কন্না নপশিন্নবা শাওবা ডোক ; মসি Gravel অমসুং Shingle নপশিন্নবনি।

Coniferous Forest— মনা য়েতুমগুম্বা শাংবা, উগী মঙংনা ওাম্বক নত্রগা শারৈ অউপ্পগী মওং মানবা, চহি চুপ্পা শংদুনা লৈবা উমং ; উন তাবা লমদা মসিগুম্বা মথলগী উ হোই। উশিং অসি খোংপা মরম্বা য়াম্না কারৈ, অরাংথংবা কানাডা অমসুং ইউরেশিয়াদা উমংশিংদা অসি ফংই।

Connate Water— সেদিমেন্টরী ডোক শেম্বা মতমদা ডোক মরক্তা তুংদুনা লৈগ্রবা ঈশিং।

Consequent River— লৈমাযগী হাম্না লৈজবা অওযগী মতুং ইন্না চেন্থবা তুরেল।

Continent - পৃথিবীবু এশিয়া, ইউরোপ, অফ্রিকা, অরাং অমেরিকা, খা অমেরিকা, অষ্ট্রেলিয়া অমসুং অটরাক্টিকা হায়না খায়দোকপা— য়াম্না পাকচাওবা কংফানগী শরুক। মসিবু মহাদেশ হায়না খঙনৈ।

Continental Climate— কালেনগী মতমদা কাহেম্না শাবা নিংথমগী মতমদা কাহেন্না ইংবা মথলগী ঈশিং নুংশিং, মফম অসিদা নোংমগী ওই-নম্ন খতুগী ওইনসু ইংবগা শাবগ-গী চাং যাম্না ৱাংই। মফম অসিদা নোং ইত্তা তাদে নুংশিত্তা ঈশিংগী মনিল য়াম্না য়াওদে।

যাম্না পাকচাওবা কংফালগী শরুক— “কনটিনেন্টকী” মনুংদা অসুম চংশিন্নগা সমুদ্রদগী লাপথোক লাপথোক্লগা অসিগুম্বা মথলগী ঈশিং নুংশিং ফংই।

Continental Drift— পৃথিবীগী মহাদেশ [তরেং অসি মতম অমদা পুরূপ পুনশিন্নরমগী অসুম অসুম ইনথোরক্লা হৌজিক লৈখিবা ক্রিতম অশিদা লাকপনি হায়বগী য়াথল। মসি বেৎলনবগী হায়পোখেশিসনি।]

Continental Self— মহাদেশকা হেক থংনবা লৈবা য়াজা খেনবা সমুদ্রগী লৈমায়; মসি মহাদেশকী মপান হায়বদি ওমথৈদগী লোইরোই লোইরোই সমুদ্ররোমদা ওমথখি। মসি ফেদোম ১০০ দগী হেন্না থেজিং, ফেদোম চামাবু মসিগী ওমথৈনি হায়না লৌনৈ।

Continental Slope—কন্তিনেন্টেল সেলফকী মচিন্দগী সমুদ্রগী অরুবা লৈমায় য়োবা ফাওবা য়ান্না ডুমথবা শরুক।

Contour— সমুদ্রগী ঈমায়থক্তা য়াংবা চপ মান্নবা মফমশিং শম্নহন্দুনা মেপ্তা চিংলিবা লৈই।

Convectional Rain— ঈশিংগী মনিল য়াওবা অশাবা নুংশিংনা মথকলোমদা পাইথংলগা অরাংবা মফমদা ইংবনা ফমজিন্দুনা লৈচিল ওন্দুনা নোং ওইনা তারকপা।

ক্র শিংকী মথাথংবা শরুক অসি শাগংলক্রবা মতমদা ঈশিংগী মনিলগা লোয়নন মথকলোমদা পাইথর্গ; পাইথংখিবা ঈশিংগী মনিল অসি "দিউ পোইন্ট" য়োদ্রিফাওবা ইংই মসিনা মরম ওইদুনা ঈশিংগী মনিলশিং অদু ফমজিন্দুনা লৈচিল ওন্দুনা মমেদ নোং ওইনা তারকই।

Coral Island— কংফালদগী য়ান্না লাপ্পা লৈবা কোরেল রীফ অমা, লৈতেম মান্নবা "কোরেল রীফ" অমগী মথক্তা লৈওোই হাজিন্দুনা ঈশিংদগী হায়রপ য়াংথংপা য়াওই. কন্নিওমদা "রীফ" অদু ইনথংলক্লুনা ঈথং অদু ঈশিংগী ঈমায়দগী হায়রপ য়াংথংপমু য়াওই। উ রা, নাপী-শিংবীগী মরু-মরাং অতোপ্পা পাইবেনা পুশিন্নক্লুনা মতম থরগী মতুংদা ইথং অসিদা উ-রা হোই।

Coral Polyp— অশাবা লমগী সমুদ্রদা লৈবা অপীকপা ( জীবা ) থবায় পানবা ; মখোয়গী হকচাং অসি শরূগী শরুক্না অমাম্বনি। শরূ অসি সমুদ্র ঈশিংগী "কেলসিয়ম কারবোনেট" তগী ওইবনি, মরমদি মখোয়গী চীঙাক্না সমুদ্রগী ঈশিংনি। মখোয় শিববা মতমদা মখোয়গী হকচাংগী অখোংপা শরূক অদু পথবক্কই অদুনা শরূঙাক্তা ভাইহৌই। অসুম্না কোরেল পোলিপশিং অসি শিবগা ঈশিং মথাদা অসুম অসুম পৈশিল্লুনা য়ায়া চাওবা কোরেল রিফ অমসুং কোরেল অইলেণ্ডগী মওং শেমই।

Coral Reef— কোরেল পোলিপ ( coral polyp ) কয়ামরুম্না শেম্বা ঈমায়দা নক্লগা ঈমায়গী মথাদা লৈবা ডোক পরিং ; ডোকশিং অসিগী মথক্ত নুংশিং অমসুং ঈপংনা shell অকায়বা মচেং, কোরেল মকুপ অমসুং অতৈ অতৈ লৈঙোইগী শরুকশিং পৈশিল্লুনা অনোবা লম শেমই।

Coral Reef মখল অহুম শুই ;—Fringing Reef, Barrier অমসুং Atoll। Fringing Reef হায়রগা মহাদেশ নক্লগা ঈথং অমগী মপান্দা য়ায়া নক্না শেম্বা কোরেল রিফ-পু খঙনৈ। মসিগা কংফালগগী মরক্তা অখেনবা অমসুং অখুবা ( Lagoon ) সমুদ্রগী পাং লৈ।

মহাদেশ নক্লগা ঈথং অমগী মপান্দগী থরা লাপ্তক্না শেম্বা কোরেল রিফ-পু Barrier Reef কৌই ; রিফ অসিগা কংফালগা মরক্তা অরুবা অমসুং অপাকপা সমুদ্রগী পাং ( Lagoon ) লৈ।

খুজি অমগী মওংদা কোইরক কোয়বা "কোরেল রিফ" পু Atoll কৌই, মসিগীময়ায়দা সমুদ্রগী পাং (Lagoon) অমা লৈ।

Cordillera— অমগা অমগা সামান্তর ওইরপ তৌবা লোয় লোয়না লৈবা চীংশাংশিংনা শেম্বা চীংজাও পরিং অমা ; চীংশাংশিংগী মরক্তা অরাংবা লৈতেম মায়বা লম অমসুং কুংথবা লম কয়ামরুম লৈ। রাইং অসি থা অমসুং অরাং অমেরিকাদা লিজিনৈ।

Corrasion— মপং ওইবা পোৎশিং চেন্দুনা পুবদ' মথোয়না লৈমাইদা চাথৎপা, থুগাইবনা চিংবা (Erosion) তৌবা ; তুরেলনা চেন্দুনা পুথরকপা নুঙ মচা, লৈঙোইমচিংবনা তুরেলগী থোংনুংদা থোক্তৎলুনা, তকথৎলুনা থোংনুং অদু লুথহল্লি। মথোয়না তুরেলগী মপাল নাকংয়েং অনিদসু তকথৎলি অমসুং থোক্তৎলি। লৈকংলাগী লমদসু নুংশিংনা চেন্দুনা পুবা লৈঙোইনা লৈমাই থোক্তৎলি। মসিদা থুগাইদ্রিব', চাথৎলিবা অমসু' চাথৎখ্রিবা য়োক অদু মওং হোংদে—Mechanical নি।

Corrosion— করিগুম্বা পোৎ অমগা বোক্কা তিন্নবগা য়োক অদু চাথৎপা, কাযবকপা— মসিদা বোক্কী মওং অদু হোংই – chemical নি।

Crater - মৈগী চীংগী অ্যুম মতোন্দা লৈবা শাবৈ মওং মানবা অহোবা; অহোবা শাবৈ অসিগী মনিং শাঃ লৈনুং ফাওনা শয়ে, অদুনা লৈনুংদগী পোকখায়বদা যাওবকপা পোৎশিং অদু লৈমাই থোরকই; মসিবু মৈগী চীংগী মচিন হায়না খঙনৈ।

Crater Lake— পোকথাগদ্রবা মৈগী চীং— "অশিবা মৈগী চীংগী" মতোন্দা শাবৈ মওং মান্ন লৈব অহোবা মচিন্দা (crater) দা ঈশিং তুংবা।

Crevasse— অবেংবা ঊনগী মপৈ, (glacier) দা লৈবা চপ মুংনা অমসুং লুনা লৈবা লৈক্রক ; তুংবল নাত্তগা ঈশিং থোং মপান্দ' লৈবা লৈক্রকশু য়াহৈ অসি শিজিন্নৈ।

Cumulonimbus— য়াম্না থানা মথকলোমদা য়াংথৎপা, অমুবা মথক থংবা শরুক অদু শন্দোকখিতুনা যোৎশুবগী Anvil মওং মানবা লৈচিন, মখোংদগী মতোন ফাওবদা মিটর 6000 দগী হেন্না থাই। লৈচিন অসি লৈরবদি য়াম্না থুনা নোং খিকই ; নুংশিং অকনবা শিৎতুনা মমিং কাকই, অথাক-অয়াউ থোকই, লেন তাগদ্রি, অইংবা লমদা ঊন তাই।

Cumulus— য়াম্না থানা মথকলোমদা য়াংথৎপা অমসুং মথক থংবা শরুক্কা "কোবী থমচেৎ মানবী" মওং মান্না কোনথৎপা লৈচিন ; লৈচিন অসি

লৈরবসি নুংশিং নুংশা ভশেংই, অদুবু অসুম রাংথংখিদ্রবা cumulo nimbus ওইরক্রবদি অকনবা নুংশিং শিংতুনা নোং তাগনি।

Cycle of Erosion— নোংনা ইনথংলকপা লম অমবু চাথং-খোতংতুনা (erosion) লম অদুগী মশক মথং মথং ওইনা হোংলকপা ; ইনথংলকপিবা লৈমাই অদু চাথংপনা মরম ওইদুনা "নহা", "মপুং ফারবা" অমসুং "অহল ওইরবা" হায়না মথং মনাও নাইনা চাথংপগী চাং মতুংইন্না ওইরকই। খুদম ওইনা নহা ওইবা লমদা তুরেলগী খোংনুং অদু অশ্মী, ইচেল কল্লি, 'I' মওং মাল্লি, মরিলদা ঈশিং চাইবী অমসুং পাং উবা ফংই। চাথং খোত্তংপা হেন্জিল্লক্লবা মতমদা "মপুং ফারবা" কোরে মতম অসিদা তুরেলশিং অসি পাকখোরক্লে, ওদা হন্থরে অদুগা Meander—"খেক-খায়বা তুরেল খোংনুং" লেমই। অহল ওইরবা মতমদা তুরেলশিং অদু হেন্না পাকথোকই, ঈচেল তঞ্জী ; লম অদুদা অতোংবগী শরুক ইরৈ লৈশিন্নক্লে।

Cyclone— নুংশিংনা নমথবগী শাক্ত হন্থবা মফম—"লো প্রেসর" লৈবা মফমদা শিংপা লোং-নুংশিং ; মসিদা খ্ব ইদগী হন্থবা প্রেসরনা ময়ায়দা লৈগনি, শন্না হায়রবদা অনেন্না ( হন্থবা ) প্রেসরবু অরাংবা ( কন্না নমথবা ) প্রেসরনা কোয়শিনবা মফমদা লৈগনি। টেম্পরেটকী লমদা মসিবু depression অমসুং ত্রোপিকেলগী লমদা tropical cyclone কৌই। অরাংথ-বা পৃথিবী তংখাইদা মসিগী নুংশিং মাইরম অসি ঘডী কটাগী খোংচংকী ওয়-তৈনবদনি (ওই ওই-নবদনি), খা থংবা পৃথিবী তংখাইদনা ঘডী কটাগী খোংচংকী মতুং ইন্না ( য়েংওইননা ) শিংলি।

Cyclonic Rain— সাইক্লোন খোকপদা তারকপা নোং ; সাইক্লোন ভোবা মতমদা অইংবা air mass ক' অশা 'গা খোমবদা অশাবা air mass না অইংবগী মথক্তা কাথংখিদ্রনা নোং ওইনা তারকই ; নোং অসি কুইবদি কুই অদুবু য়াম্না কাহেন্না কনবা নোংদি নত্তে।

# ( D )

Dam— তুরেলগী ঈশিং থিংদোক থিংজিন, থাদোক থাজিন তৌনবগী-দমক তুরেলদা শাবা পল ; পল থিজৎপনা মরম ওইদুনা পাং অমসু শেমই, পাং অসিদগী লৌথোং তৌদুনা ঈশিং ফংদবা লমদা ঈশিং পীবা, ঈশিংগী শাক্তি শিজিন্নদুনা ইলেকট্রিক শক্তি পুথোকপা, ঈশিং চাওবা থিংথনচিংবা ছিন্নম কয়াম্নুক্তা কায়হল্লি। পঞ্জাবকী সুঠলজ তুরেলদা শাবা ভাহক্রাহ-নঙ্গল দাম।

Dead Valley— অকংবা, ঈশিং লৈতবা তুরেল খোংনুং।

Deciduous Forest— চহি অমগী মনুংদা থা খরা মনা কেনবা উ হৌবা উমং ; বর্ষা অমসুং ভারতকী মুনসুনগী উমংশিংদা হৌবা উশিংদি অশাবা থাদা মনা কেল্লি। অইংবা টেম্পরেট লমগী অরাং নোংচুপ ইউরোপতি অসিগুম্বা মখলগী উমংদা শরৎ থাদা উনা কেল্লি। অসিগুম্বা উমংদা মমল য়াম্না উশিং— তিক, ওক, ইলম অমসুং বিচ-নচিংবা ফংই। অশাবা মফমদা কালেন থাদা নভ্রগা ওলাং থাদা উনা কেনবগী মরমদি কাহেন্না ঈশিংগী শরুক মনিঙ্গ ওইনা মাংথিবদগী ঙাকথোকচনবনি। অরাং-নোংচুপ ইউরোপকী টেম্পরেট লমদা শরৎ থাদা উনা কেনবগী মরম্না নিংথমথাগী অইংবা অমসুং লিকল্লাদগী ঙাকথোকচনবনি।

Deep— সমুদ্রগী খাইদগী লুবা মফম ; সমুদ্রগী লৈমাইদগী হেন্না অমুক কুৎথবা মফম ; মথোয় অসি য়াম্না পোকথাম্নগনবা মৈগী চৌং লৈবা মফম, মুহার য়াম্না হাগনবা মফমগা নক্কনা লৈগল্লি। দিপশিং অসি শাংই অমসুং ময়াক চল্লী ; পেসিফিক মহাসাগরদা Tuscarora Deep ( জাপানগী সমুদ্র খোংবন্দা),খা আমেরিকাগী সমুদ্র তোর্বান্দা Atacama Deep, ফিলিপাইনসকী সমুদ্র তোর্বান্দা Mariana trench না মরু ওইবনি। আটলান্টিক মহাসাগরদা Puerto Rico গী অরাংদা Blake Deep নি। মারিয়ানা ট্রেঞ্চ মিটর ১১,১০০ লুই— অসি পৃথিবীগী খাইদগী লুবা মফমনি।

Deep-sea-plain— য়াম্না পাক-চাওনা লৈতেম্ মায়থা সমুদ্রগী লৈমাই ; মসি খেদোম ২০০০ দগী ৩০০০ ফাওবগী মনুংদা লৈ ; সমুদ্রগী লৈমাই অয়াম্বা মসি চাউরবনি ; মসিদগী Deep না হেন্না লৈ।

Deflation— নুংশিৎনা লৈতোই অমসুং উমুল হুমগৎলুনা পুনা ; মসি লৈকংলোদা য়াম্না তোয়না তৌই।

Deforestation— উমং য়ানথৎলুনা লম কোকথৎপা।

Degradation— লৈমাইবু চাথৎ-খোত্থৎপগী থৌদৌ ; তুরেল মখিলদা তুরেলগী ঈচেল অমসুং ঈচেলনা পুথরকলিবা নুং, লৈতোই-নচিংবা পোৎশিংনা খুগাইদুনা, চাথৎলুনা তুরেলগী খোংনুং লুথহল্লি অমসুং তুরেল খোংবালগী মাকল অনিমক চাথৎহল্লি। অসুম্না উম্না, নুংশিৎনা, ইথক্না লৈমাই খুগাইবদসু শিজিন্নৈ।

Delta— তুরেল তাফমদা লৈতোই পৈশিন্দুনা হুমাই মওং মাম্না শেম্বা মফম ; তুরেলনা পুথরকপা অকুপ্পা লৈতোই অমদি অতৈ অতৈ পোৎশিংনা ঈচেল তপ্পা তুরেলগী মচিনবাইদা পৈশিন্দুনা লৈ। তুরেলনা মশা মচা মচা লোংথোক্লুনা পৈশিল্লিবা পোৎশিং অসি ফাওহনসু, ইথৈহনসু চেল্লি। ইরম মচাশিং অসিনা অমুকসু পোৎচৈ লৈতোইনচিংবা পৈশিনবগী থবক অহুম চংথে অতুনা পৈরিবা পোৎশিং অদু হুমাইগী মওংদা নত্রগা মনিং হুম্নগা মতোন ফম্দুনা Cone গী মওংদা অসুম অসুম শন্দোরকই। গ্রিকী মরিশুবা ময়েক △ মাল্লি হায়দুনা মসিবু Delta কৌই। পৃথিবীগী খ্বাইদগী চাওবা লৈবাক্তা— সুন্দরবন, গঙ্গা অমসুং ব্রহ্মপুত্রগী তাফমদনি।

Dendritic Drainage— তুরেল অচৌবা অমদা তুরেল মচা ময়াম তিনবগী ইরম অদু উগী উশা মরোং মরোং লোংথোকপা মানবা ; লৈমাইগী অওবা মতুংইন্না চেনবা তুরেলদা তিনবা তুরেল মশা অচৌবা অমসুং মচাশিংনা মথং মথং লোংথোক্লুনা উশ মাল্লি।

**Density of population** — করিগুম্বা অককুবা লম অমদা খুন্দাহুনা লৈবা মী-মশিংগী চাংচং ; স্কুৱার কিলোমিটর অমদা মী কয়াম তাবগে হায়বা চাংচংবা লৌনৈ।

**Denudation**— নুমিৎকী মৈশা, নুংশিং নোং, তুরেল, অরেংবা উন, সমুদ্রগী ঈথক নচিংবা মহৌশাগী থৃংশেমশিংনা কংফালগী শরুকপু থুগাইবা অমসুং চাথৎ-খোক্তং তৌবা।

নুমিৎকী মৈশানা রোক চাওথোকহল্লি অমসুং ইংবা মতমদা রোকশিং অহু চপশিল্লকই ; অসুম্না হুম্না হুম্না তৌগুনা রোকশিং লৈত্রুক চংলকই, কায়রকই। নুংশিংনা লৈঙোই অমসুং উফূল হুমহুনা চংলি, মখোয়না রোকতা ফুজিনবদা রোক চাথৎহল্লি, নোংগী ঈশিংনা লৈমাইগী লৈহাওবু চেহ্নৈ, রোক্কী লৈত্রুক্কা লিক্রা নত্রগা ঈশিং কমজিল্লুনা উম ওল্লুনা লৈত্রুক অহু চাওথোক্কহল্লি অমসুং কাইহল্লি। তুরেলনা, অরেংবা উনগী মপৈ—"গ্লেসিয়ার" না অমসুং সমুদ্রগী ঈথকনা রোকশিং থুগাই। পৃথিবীগী লৈমাইগী মওং অসি (Danudation অমসুং Deposition) থুগাইবা অমসুং পৈশিনবনা শেম্বনি।

**Deposition**— তুরেল, নুংশিং গ্লেসিয়ার সমুদ্র অমসুং অতৈ অতৈ মহৌশাগী পাঙ্গনা মপং ওইবা পোৎ— নুঙজাও, নুংমচা, লৈথোম, লৈঙোই, উফূলনচিংবা অতোপ্পা মফম অমদগী পুযক্লগা পৈশিল্লবা, তুরেলনা চীংদগী অমসুং মসিগী খোংহু দগী লৈঙোই, নুংমচা অমসুং লৈথোম পুযক্লুনা ঈশিং-চাওবা মতমদা তুরেল মপান্দা লৈঙোই পৈশিনবদা নত্তনা তুরেল তাকমদসু পৈশিল্লি। নুংশিংনা লৈঙোই অমসুং উফূল চেল্লুনা পুই অহ্নগা নুংশিংকী শাক্লু তপথরকপা মতমদা মপোয়শিং অসি লৈমাইদা পৈশিল্লি। অরেংবা উন, মপৈনা (গ্লেসিয়ার) নুঙজাও অমসুং নুংমচা পুহ্না চংলি, উনশিং শোৎলোকপা মতমদা পুরকপা পোৎশিং অসি পৈশিল্লি, সমুদ্রগী ঈথক্না নুঙমচা অমসুং লৈঙোই পুরক্লুনা সমুদ্রা মপান্দা পৈশিল্লি। পৈশিনবগী থবক্না পৃথিবীগী লৈমাইগী মওং শেমদা মরুওইবা থবক অমনিগী মনুংদা অমনি।

Depression— Low pressure গী মফমবু High pressure লৈবা মফম্না কোইশিনবা ; ( নুংশিংনা নময়বগী চাং থবা হয়না লৈবা মফম অমবু নুংশিংনা নময়বগী চাং থবা বাংনা লৈবা মফম্না কোইশিনবা ) ; ডিপ্রেসন হাঁথন অমি শুই মচুমি (১) Deep অমসুং (২) Shallow নি। Deep depression দি ময়াই চবুক্তা নুংশিংনা নময়বগী চাং য়াম্না হৈছে অমসুং মতাইদা নময়বগী চাং য়াম্না বাংই। Shallow depression দা ময়াই চবুকী নময়বগী চাংগা মতাই নময়বগী চাংগা ইথেন থেমদে। ময়ায়দা অনেম্বা প্রেশর লৈবনা মতাইগী অবাংবা প্রেশরদগী নুংশিং শিংচিন্নকই। অবাং থংবা পৃথিবী তথায়দি নুংশিংনা ময়ায় থংবা শরুক্তা অকোয়বদা ঘড়ি কটা খোংচংবী ওন্নতৈনবদা শিংলি। মথা থংবা পৃথিবী তথায়দনা ঘড়ি কটা খোংচংবী য়াইকৈ য়োমদা শিংলি। মসিগী পাক-চাওবদি য়াম্না খেটৈ ; করিগুম্বা মাইল ১০০ দংস্থ কোল্লি, করিগুম্বদসু মাইল ২০০০ হেল্লা কোনবসু য়াওই। করিগুম্বদা মসি লেংদবা মাল্লি অদুবু নোংমদা মাইল ৬০০ ডগী ৭০০ কাওবা য়াংনা শিংলি। মসিবু Cyclone হায়না খঙৈ অদুবু টেম্পরেট লমদা দিপ্রেশন হায়না খঙৈ।

Desert— নোং লিক্লা তাবনা উ-বা মনা-মশিং হোবা ওমদবা লৈকংলাগী লম ; মফম অসিদা নোং তারকপগী চাংদগী মসিল শুনথিবগী চাংনা হেল্লি। উ-বা মনা-মশিং শুকহো হোদবা লৈকংলাদি তাংই ; নাপী কাবক কাবক হোবা মত্রগা য়োংখোং থবা থবা হোবা মফম ওইগল্লি। লৈতোই ঙাক্তগী লৈকংলা, অকায়বা নুঙ মচেং মচেং ঙাক্তনা শন্দোক্লনা লৈবা লৈকংলা অমসুং অকনবা লৈকন ওইবা য়োকী লৈমাই ঙাক্তগী লৈকংলা লৈ। লৈকংলাবু ট্রোপিকৈল লমগী অমসুং ময়ায় ওইবা লেতিচুট লমগী হায়না অনী খোক্লা খায়দোকই। ট্রোপিকেলগী লৈকংলাদি শাহারা অমসুং অরাবিয়ান-নচিংবনি— ময়ায় থংবা লেতিচুটকী লৈকংলানা গোবি অমসুং টর্কিস্তাননি। ইংমমুলা মনা মশিং হোবা ওমদবা মফমবু অইংবা লৈকংলা কোই।

Dew— পৃথিবীগী লৈমাই য়াম্না ইংবা মতমদা নুংশিংকী মথা থংবা লৈমাইগা জাইনবা শরুবস্ন Dew point দগী হেল্লা ইংহনা নুংশিত্তা য়াওরিবা ঈশিং মনিলশিং অদু মরিক মরিক ওইনা কমজিনবা—লিক্লা ; কমজিনবা অশিকপা মরিকশিং অসি লৈমাইদা, নাপী মতোংদা, অনেৱা ঊনা-মানাদা অমসুং লৈমাই মকত্তাদা লৈবা পোৎশিংদা শক্লুনা লৈ। নুংশিত্তা ঈশিংগী চাং য়াম্না য়াওবা অমসুং লৈমাই ইংবগী চাং য়াম্না হেল্লবা মতমদা লিক্লা মরাং কাইনা তাই। অদুক নুংথিল শারবদি মনিলগী শরুক ওনবদা মতেং য়াম্না ওই অদুনা নুংশিত্তা ঈশিংগী শরুক য়াম্না য়াওই। নুংদাং অতিয়াদা লৈচিন থাংত্রবদি লৈমাইদগী মৈশা চৎথিবদা মতেং য়াম্না ওই অদুনা নুংশিং য়াম্না' তপ্পা শিংলবা অমসুং অতিয়া লৈচিন নোংকাই থাংত্রবদি লিক্লা য়াম্না তাই।

Diastrophism— পৃথিবীগী মথক থংবা কুয়োম ( crust ) দা অকায়বা থোকপা অমসুং মকম চাংদবা ; মসিনা কুয়োমবু অকায়বা, শুপচিনবা, থেকংশনচিংবা থোকহন্দুনা পৃথিবীগী লৈমাইদা অকুং-অতোং য়াম্না থোরহল্লি।

Diatom Ooze— সমুদ্র মথাগী লৈমাইদা মরাং কাইনা লৈবা লৈথোম মথল অমা ; মসি অপীকপা পাম্বী মচাশিংনি। মথোয়দা সিলিকাগী শরুক য়াম্না য়াওই। মথোয় অসি অইংবা সমুদ্রদা লৈগল্লি। মিটর ১০৭১ দগী ৩৬৫৭ ফাওবা নুবা মফমদা মথোয় অসি মরাং কাইনা লৈ অদুবু করিওইনা মিটর ৭৩১৪ ফাওবা নুনা লৈবা য়াওই।

Dissected Plateau— তুরেল কয়ামকমনা হক্তিন্দুনা চাশিনবা অৱাংবা লৈতেম মায়বা লম।

Distributary— তুরেল মপী অমদগী মশা ওইনা থায়দোকখিবা ( চেংথোকখিবা ) তুরেল ; মশা অদুনা তুরেল মপী অদুদগী ঈশিং পুদুনা সমুদ্র নত্রগা পাংতা তাই, মসিনা তুরেল মপী অদুদা অমুক তিন্নয়ে। তুরেল জাকমদা 'delta' দা ঐথোয়না তরেল মশাশিং থাইদোকখিবা উই।

**Diurnal Range**— হিৱৎ অমদা পুং ২৪ গী মনুংদা হায়বদি নোংমগী মপুংদা থ্বাইদগী শাংবা অমসুং থ্বাইদগী নেমবা মরক্তা থেক্কবা ; নোংমগী মনুংদা মমক অমগী ( সুংশিংকী ) অইং-অশা থ্বাইদগী শাবা মতম অমসুং থ্বাইদগী ইংবা মতমগী থেক্কবা অদুবু diurnal range of temperature হায়না খঙনৈ ।

**Doab**— তুরেল অনিনা চেনবা অনীগী মরক্তা লৈবা লৈতোইগী লম ; গঙ্গা অমসুং জমুনাগী মরক্তা লৈবা লম ।

**Doldrums**— লৈমাইদা নুংশিং মদুক ইনা অমসুং ত্পা শিংপা অদুবু মথককোয়দা থাম্বা মম্মা হুমগৎপা low pressure লৈবা ইকোটরগী লম ; মসিগী অসিবাইদা খা নোংপোক অমসুং অরাং নোংপোক "ট্রেদ বিন্দ" থেংনঅথানি মরম অদুনা টৈমাইদা নুংশিং মবুক ত্পই ত্পা শিংলি, অদুগা "ট্রেদ বিন্দ" অনী অদুনা ইকোটরদা উমবনা মতিক চানা শাংনা মথককোয়দা ঈশিং মনিল মরাং কাইনা পুখৎতুনা পাইথংলি মরম অদুনা লৈচিন থাংবা, নোং কম্না চুবা, অথাক-অরাও তাবা, খঙহোদনা মুংশিং হাখু হাখু কম্না শিংলরগা খঙলেপ লেপখিবনচিংবা মওংগী ঈশিং নুংশিং য়াম্না শ্রেইনা থোকই ।

**Doline**— গুপুগী অমদা কুৎথঙন লৈব' লম অমা , মসি কোয়োক কোয় নত্রগা য়েকম মওং মালি। মসি গুনুগা ঈশিংগা তিমজনা তুমশিনবনি। মখোয় 'অসি' মিটর শয়দগী মিটর ৩০ হেন্না লুবা য়াওই। পাকপা চাওবদা এঁকর অমা য়োম য়োবা য়াওই।

**Downland**— অষ্ট্রেলিয়া অমসুং নিউ জিলেণ্ডগী টেম্পরেটকী নাপী হোবা লম।

**Drift**— (১) ঈশিং ঈমাই নুংশিংনে' তপ্পা লেংবা , বাহৈ অসি সমুদ্র নত্রগা পাংতা শিজিনৈ ; লৈতোইদসু বাহৈ অসিমক শিজিনৈ। (২ গ্রেসিয়ার নত্রগা নুংশিংনা পুররগা লৈমাইদা থনকা পোং।

**Drizzle**— নোং মকুপ-মকুপ তাবা ; ঈশিং মরিক য়াম্না পীকপা নোং ; নোং মরিক অমদা মিলিমিটর ০'২ দগী ০'৫ কায়ওবা চুঙই।

**Drought**— নোং তাদত্না ঈশিং ফংদত্না ঈকং থোকপা ; মগিনা অরা-অনা কয়া নংহল্লি।

**Drowned Valley or Sumerged Valley**—লম অমা নমথখিত্না নত্রগা পাং নত্রগা সমুদ্রগী ঈশিং ঈচাও থোক্তুনা তুরেল থোংলম অমরু লুপথখিবা।

**Drumlin**— ময়ুংনা কা-হেল্লা শাংবা চীংহুম অমা নত্রগা চীংশাং মচা অমা, মসি মহৌশা গ্লেসিয়ার লৈরম্বা মফমদা ফংই। মখোয় অসি রেকম ময়ুংগী তংথাই মাল্লি, গ্লেসিয়ার লাকপা মায়কৈরোম থংবা শরুক্না ওন্মী অমসুং থাই, গ্লেসিয়ার চংখিবা মায়কৈরোমদনা তুল্লপ তৌই। মখোয় অসি গ্লেসিয়ারনা থনম্বা Morain নি হায়না লৌনৈ, ড্রমলিনশিং অসি পুল্লপ পুল্লপ মশীং য়াম্না লৈগল্লি। মখোয় অসিবু হি উপশিন্দুনা থম্বসু মাল্লি।

**Dune**— লৈকংলাদা নত্রগা সমুদ্র মপান্দা লৈবা লৈঙোইগী চীংহুম ; নুংশিংনা লৈঙোই চেল্লক্তুনা পুবকপদা করিগুম্বা অপনবা অমা লৈরবদি মতুদা নুংশিংনা চেল্লক্লিবা লৈঙোইশিং অদু পনথুনা পৈশিনবা হৌই। করি-গুম্বদসু নুংশিংনা লৈঙোই চেল্লকপদা নুংশিংকী লৈঙোই চেনবা ওমগী শাক্ত অদু হম্বরক্তুনা চেল্লক্লিবা লৈঙোইশিং অদু মফম অথুদা পৈশিল্লি। মমৈদা লৈঙোই মপৈশিং অদু অসুম অসুম চাউবা হেন্গংলক্তুনা চীং মচা নত্রগা চীংশাং মচা অমগুমই। লৈকংলাগী লৈঙোইশিংবু Barkhan অমসুং Seif Dune হায়না মখল অনি থোক্লা থাইদোকই ; বারখান-দি থা মচেং মাল্লি, সিফ ডুন না শাংনা অচপ্পা চীংশাংগুম্বা লৈ। ডুন মচাদি মফম অমদা অকক্লনা লৈতে, নুংশিংনা লৈঙোইশিংদু ৎথা থরা হুমদোকখিত্না মখোয়গী মফমসু হোংই। অসিগুম্বা লৈঙোইগী চীংশিং অসিনা মফম হোংগনা করি-গুম্বদা লৈকংলাগী মতাইদা লৈবা খুঙ্গং অমসুং সহরশিংবু লৈঙোইনা হাজিল্লি, মরম অদুনা লৈঙোই ঙাকথোক্লবা লৈকংলাগী মতাইদা ঊ থাই।

Dust Devil— লম খজিক্তংদা উফুলগা লোয়ননা ময়াইরোমদা উরু-উরু লৈশিন্দুনা শিংগা নুংশিং ; নোংলৈ অসিনা উফুল নল্লগা অয়াংবা পোৎ মিটর ৭০০ তগী ১০০০ রোম রাংনা পুখংলি ; চেনখংলি । মসি মিটর খরদমক্তী লম কল্লি। নুমিৎকী মৈশানা কা-হেন্না শাবনা মতমদা কনভেক-সন করেন্ট থোক্তুনা নোংলৈ ওইহল্লি। লৈকংলাদা মথোয় অসি পুংদা কিলোমিটর ৮ দগী ২৪ ফাওবা য়াংক অহৌবু করিওুমদা কিলোমিটর ৪৮ রাংবা য়াওই।

# ( E )

Earth— নুমিত্ত' কোয়নবা গ্রহ মাপলগী ২নুংদা থনাইপা-বা লৈবা, উ-রা, মনা-মশিং হোবা গ্রহ— "পৃথিবী", মসি নুমিত্তগী লাপ্পা অহুমশুবনি, মারকরি অমসুং ভেনসনী মথংদা মসিনা নুমিত্তগী কিলোমিটর মিলিয়ন ১৪৯.৪ লাপ্পা লৈ। চাউবদদি মসি গ্রহশিংগী মনুংদা মঙাশুবনি। পৃথিবীগী মওং মতৌ অসি মচুম তাই অহৌবু মেরু অনিদ (অন্তোন অনিদা) খজিক্তং পাক্তক তোই, মরম অদুনা মসিবু— Oblate Spheriod ওই হায়না খঙলৈ। ইবেত্তর মপাদা মসি খর পোনখোকই।

পৃথিবীগী মথক্তী লৈরোল-বুরোমগী মপ' ভুংবা শরকপু Lithosphere হায়না কৌই, ঈশিংগী শরুকপু Hydrosphere অমসুং মসিবু য়োমশিল্লিবা নুংশিংপু Atmosphere হায়না খঙলৈ।

Earth quake— পৃথিবীগী মথকথ'বা লৈরোল নিকপা—"মুহামহাবা", মাস লৈথাদগী হোবকপনি। মসিগী মরমদি লৈগী চীং পোকথাইবা, লৈরোল মমু'ম। হান্না লৈরথা মফমদগী শবক ওয়া চংথবা, নানথোকপা, ভুপকংপা,

ইনথংপা, মকম চাংহন্দবা অমসুং থল চাম্নহন্নবনা মরুওইবনি। লৈনুংদা লৈবা মুহার হাবা হৌবকক্ষম Seismic Focus কৌই। মসিগী মপা চপ চাবা লৈমাই মথকপু Epi Center কৌই। মকম অসিদগী নিকপগী ঈপোম্মা অকোয়বদা লৈবা মফমশিংদা যৌবা মরম্মা ঈপোম য়োষা মফমশিং অদু নিকই।

মুহারহাবা অসি অথেনবা, মন্নায় ওইনা নুবা অমসুং অরুবা হায়না মথল অহুম থোকই। অথেনবনা, কিলোমিটর ৬০ ফাওবা, মন্নায় ওইনা নুবনা কিমি. ৬০—৩০০ ফাওবা, অরুবনা কিমিঃ ৩০০ হেন্না নুবা মফমদগী হৌয়কই।

সমুদ্র মথাদা নত্রগা মকয়াদা মুহারহাবা থোক্লবদি সমুদ্রগী ঈশিংনা ঈপোম চাউনা ঈথক হৌদ্লনা লৈরাইদা কিলোমিটর কয়ামরুম চংশিন্দুনা অমাং-অতা থোকহল্লি।

পৃথিবীদা মুহাব হাগনবা মফমশিংদি :—

১। পেসিফিক ওসিনগী অকোয়বদা লৈবা লম :— থ অমসুং অরাং অমেরিকাগী নোংচুপথংবা সমুদ্র মপান, জাপান, ফিলিপাইনস, ইন্দোনেশিয়া অমসুং বমচাংকাগী লম।

২। খা-থংবা ইউরোপ অমসুং এশিয়া।

চহি অমদা মুহারহাবা ১০০,০০০ রোম থোকই, মসি নোংমদা ৩০০ গী চাংনি অদুবু য়াম্না কন্না হাবা অতেক অকায়, মাঙ-তাকপা য়াম্না থোকহনবদি খজিক্কংনি।

Eclipse, Lunar— পৃথিবীগী মমি থাদা তাদ্লনা থাগী মঙাল খুম-জিনবা— "চন্দ্রগ্রহন" মসি পৃথিবীনা নুমিৎ অমসুং থাগী মরক্তা ফাওনা চৎপা মতমদা থোকই। মরম অসিনা পুর্ণিমাদা থৌদোক অসি থোকই ; মতম অসিদা থা অমসুং নুমিৎ অসি মায়োক্লনা পৃথিবীগী নাক য়েত্তা লৈ। অদুবু পুর্ণিমা খুদিংগী থৌদোক অসি থোক্তে। কবিঙমদা থাগী মন্নায় অসি পুখুম খুমজিনখিবা য়াওই— Total eclipse, কবিঙমসু মচেৎ খজিকতং

খুমজিনবসু য়াওই— Partial eclipse। থাগী মমায় মপুং ফানা খুমজিনবা অসি পুং অনিয়োম চংই।

Eclipse, Solar— থাগী মখি পৃথিবীদা তাদুনা নুমিৎকী মঙাল খুমজিনবা— সূর্য্য গ্রহন; মসি থানা পৃথিবী অমসুং নুমিৎকী মরক্তা লৈবনা থোকপনি। অদুগা মসি থাগি নুমিত্তা উবা ফংই। অদুবু মসি থাগি খুদিংগী থোক্তে, মরমদি থাগী থোংচং অসি পৃথিবীগী থোংচংকী লম্বীদা ওমথে।

নুমিৎকী মঙাল মপুংফানা উদববু Total eclipse, শরুক খরদমক উববু Partial eclipse হায়না খঙনৈ।

Epeirogenesis— কা হেন্না চ উবা বংযালগী শরুক— মহাদেশ শেম্বা, মহাদেশশিংগী লৈমাযবু য়াংথংহনবা নত্রগা নমৎহনবা অদুনা মওম ওইহনা পৃথিবীগী মথকথংবা শরুকী অনেম-অরাংদা য়াম্না কা-হেন্না অহোংবা অমা থোকহনবা; অরাংবা লৈতেম মায়বা লম—প্লেট খুদম অমনি।

Epicentre/Epicentrum— লৈমায়দা য়ুহাব হাবা হৌরকফমগী চপ চাবা মপা; য়ুহার হাবগী নিকপা আস মফম অসিদা হান্না ফংই অমসুং মফম অসিদগী অতৈ মাযকৈদা শন্দোকই।

Equator— মেরু অনিগী মরক্তা পৃথিবীগী মথায় চপ চানা কোয়না চিংবা ভাবনা শাবা লৈই। মসি পৃথিবীদা খাইদগী শাংবা circumference নি। মসিবু O° লেটিচ্যুট হায়নসু খঙনৈ। মসিনা পৃথিবীবু অরাংথংবা অমসুং খা-বংবা শরুক হায়না খাইদোকই।

Equatorial Climate— ইকেতরগী নাকল অনিদা নক্না লৈবা অনেম্বা মফমশিংদা ফংবা ঈশিং নুংশিৎ; মসি চাউরাক্না ইকেতরগী অরাংদা অমসুং থাদা ডিগ্রি ১০ গী মনুংদা ফংই। মফম অসিদা চহি চুপ্পা য়াম্না শাই অমসুং নোং মরাংকাইনা তাই; নোংবগী শাবগী চাংচং সেলসস ডিগ্রি ২৫ নি, চহিদা সেন্টিমিটর ২০০ নোং তাই অদুবু মফম খরদদি হেন্না তাবা য়াওই।

কাদেন অমসুং ইংথম থাগী অইং অশাগী চাং খজিক্কমক থেৱৈ। মোং অয়াম্বা Convectional গী মঙংদা তাই মরমদি অশাবগী চাং রাংবনা মথকলোমদা নুংশিং হুমগংপদা ঈশিংগী মনিল য়াম্বা য়াওই। নোংদি নু'থিলদা অথাক অরাওগা লেপ্পননা তাগল্লি। খা-আমেরিকাগী অমাজোন তুরেল মপান, অফ্রিকাগী কোঙ্গো তুরেল মপান, এশিয়াগী মলায়াসিয়া, এন্দোনেশিয়া অমসুং ফিলিপাইনদা অসিগুম্বা মথক্তগী ঈশিং নুংশিং ফংই।

Equatorial forest— ইকেটর লমগী অশাবা অমসুং নোংতাবা মফমদা হৌবা ইশং-শংনা লৈবা মনা পাকপা উগী উমং; য়াম্না শাবা অমসুং চহি চুপ্পা নোং মবাং কায়না তাবা মরম্না অরাংবা উজাও হৌবদা মতেং ওই। পাম্বীশিং অসি য়াম্না কুংনা হৌই, পাম্বীগী মরক্তা অমসুং মথাদা নাপী শীংবী অমসুং উবী-রাবী য়াম্না শোংনা হৌই। চহিদা নোং সেন্টিমিটর ২০০ হেম্না তাই; শাবগী চাংদি নোংমগী চাংচংডা সেলসেস ডিগ্রী ২৫ নি। মমল য়াম্বা উ— ইবোনি, মহোগানি অমসুং লমলক্তা হৌবা রবর ( Ebony, Mahogany, Wild Rubber ) মরাং কাইনা হৌই অদুবু মফম অমদা মথন্তগী উ হৌদে চাইনা চাইনা হৌই। মরম অদুনা উমং অসিদগী উ য়াম্লগা লল্লোন ইতিক তৌবদা লেন-থুম চাওখৎলকপগী মতেং ওইদে। কোঙ্গো তুরেলগী মপান, অমাজোনগী মপান, মালায়াসিয়া, ইন্দোনেশিয়া অমসুং পেসিফিক্কী ঈথৎ খরদা অসিগুম্বা মথক্তগী উমং ফংই। মসিবু Tropical rain forest সু কৌই।

Equinox— ইকেটরদা নুমিৎ য়ুংবা মতমদা কোকথক্তা নুমিৎনা চপয়ুংনা থোকপা হুমিৎ; মসি মার্চকী তাং ২১ অমসুং সেপ্তেম্বরগী তাং ২২ দনি। নুমিৎ অনী অসিদা পৃথিবীগী মকম খুদিংমক্তা নুংথিলগী মতমগা য়ুংদাংগী মতমগা চপ মান্নৈ— পুং ১২/১২ ওই।

Erosion— পৃথিবীগী লৈমাইবু মহৌশাগী খুৎশেমনা খুগাইবা; নোং, তুরেল, সমুদ্র, ঙন, গ্লেসিয়ার, নিঙ্কা, মুংশিংলচিংবা মহৌশাগী খুৎশেমশিং

অশিবা লৈমাইবু চাথংলি, থুগাই অমসুং নিংথায়হল্লি। অকায়বা শোং অহু মখোয়না মকম অমদা পুরগা পৈশিল্লি। তুরেলনা অরাংবা চীংদগী শাক্নু কয়া চেহ্রকপদা নুংজাও, নুংমচা অমসুং লৈচোই থুগাইদুনা চেহ্রকই অমসুং মসিগী তাফম মচিন্দা পৈশিল্লি।

Esker— গ্লেসিয়ারনা থনম্ব অশাংব, মরাক চন্না লৈচোই অমসুং নুং মচা মচাগী চীংশাং মচা, গ্লেসিয়রগী মথা থংবা শক্কা লৈমাইগা তাইনবদা অনী তক্কবগী মৈশা থোকই মরম অসিন উন শোদোক্লুনা গ্লেসিয়ার মথাদা নত্রগা মনুংদা ঈচেল নত্রগা তুরেল মচাশিং ওইবকই, মমৈদা উন শোদোগ্রবা মতুংদা হান্না ঈচেলশিং অসি লৈরম্ব মফমদা চীংশাং মচাশিং অসি লৈ।

Estuary— মচিলদা লৈচোই অমস্তং ঈনা-মচিংবা পৈশিন্দবা তুরেল তাফম, তুরেলগী মচিল অও শাবৈ মশং মান্নু লাওথোক্লুনা সমুদ্রদা তিল্লি। মরম অদুনা Tide (জ্বার কাবা) কী কান্নবা শৈংথনা শিজিন্নবা য়াই। মসিদা সমুদ্রগী থুমহিগা থুমহি চেশ্নবা তুংরলগী নোংগী ঈশিংগা তিনৈ। জ্বার কারকপদা তুরেল মচিন্দ লৈবা ঈনাংশিং অহু সমুদ্রদা পুথি। জ্বার কারকপদা অচৌ অচৌবা জহাজশিং তুরেল মচিন্দা লৈবা তি থাংফমদা পুশিল্লকই। হুগলি তুরেলদ জ্বার কাবা মতমদা কলকত্তা তান্না জহাজ পুশিল্লকই।

Evaporation— শোং অমবু মহিদগী মনিলদা ওনবগী খোদো; সুমিংকী মৈশানা সমুদ্র, পাং, তুরেল অমসুং পুহি-মচিংবগী ঈশাংগী ঈশিংগী শক্কপু মনিল ওইহল্লি। মনিলশিং অহু নুংশিত্তা তিল্লি। মসিগী খোদো অসি অশাবা লৈকংলাদনা থু ইদগী চেন্না কল্লি।

Exports— লল্লোন-ইত্তিক তোনবদা লৈবাক অ দগী অতোপ্পা লৈবাক অমদা অহেনবা পোৎশিং থ দোকপা, মহৌশানা দরকার ওইবদগী অহেনবা শক্কশিং অহু লৈবাক অমদা য়োনথোক্লুনা লৈবাকী শেন্দোং তাল্লি। ভারতনা জাপানদা জোং য়োল্লি।

**Extensive Cultivation**— থবক শুবা মীওই খরদং অমসুং শেল খজিকংনা লৌকম য়ামা চাওবদা উবা লৌ মউ; মসি মী য়ামা তানবা তোইওবসুং লমদি মরাং কায়না চাওবা মফমদা তৌনৈ। হৌজিক্তি মী বাংলগী মতম্তা য়েচিন শিজিন্নরে। অরজেন্তিনা, অষ্ট্রেলিয়া অমসুং ইউ: এস: এ: না চিংবদা অসিগুম্বা মথক্কী লৌ মউ তৌনৈ। লম চাওনা উবনিনা অপুনবা পোৎথোক্তি য়ামই অচৌবু অকক্নবা লমদা থুজিং ওইনা য়েংলুবদি পোৎথোক য়াংলি।

**Extrusive Rocks**— লৈনুংদগী শোক্তোকুনা থোরকপা Magma বু পৃথিবীগী লৈমাই য়োমগা ইংথহনা কনশিনবা য়োক; Basalt মথক অসিগী য়োকনি।

# ( F )

**Fahrenheit Scale**— অইং অশা ওয়বা থুজিং; মসিদা ৩২° না ফমজিনবগী থাকনি, ২১২° না ঈশিং শৌবগী থাকনি। মসিদগী Centigrade Scale দা ওনথোক্তে হায়রবদি ৩২ হায়া থাইদোকদবনি, মদু অদুদা ১.৮ না য়েনথোক্কদবনি: (২১২°F—৩২) ÷ ১.৮=১৮০÷১.৮=১০০°C।

**Fathom**— সমুদ্রগী অরুবা ওয়বা ফুট ৬ কী অশাংবগা মান্নবা থুজিং কেনোম অমগা ফুট ৬ কা মান্নৈ।

**Fault**— পৃথিবীগী মথক্কী লৈয়োলদা কেথাহনা লৈরক চংলা মফমগী মাকল অমদা য়োক্কী লৈয়োল নমথবা, পৈথবা, লাপথোকপা; মসি পৃথিবীগী নিকথা অমসুং লেংবদগী থোকপনি। মসিনা লৈরক অচৌবী নাক-য়েংবা লৈবা য়োক্কী লৈয়োলশিং অচৌ চায়ওবা মপা চায়হল্লে। নমথবগী চাংদি লেপ্টিমিটর অমদগী মিটর কয়ামরুম কাওবা থেরৈ। মরুম য়ামদা [illegible] থয়দমক নমথবা য়াওই। অচুগা থয়দনা মিটর কয়ামরুম নমথবা য়াওই।

Fauna— লম অমগী শা-উচেকী মরম ; মপিপুরগী শাঙাই।

Ferel's Law— পোৎ অমম্বু অৱাংথংবা পৃথিবীগী তংখায়দা য়েংলোমদা থৈবা অমসুং মখা থংবা পৃথিবীগী তংখায়দা ওইরোমদা থৈবগী নিয়ম ; মসি পৃথিবীনা উংবনদি। মসি মরুওইনা নুংশিংতা ভোই। অয়াংথংবা পৃথিবী তংখায়দা অৱাংলগী থাদা শিংপা নুংশিংনা থারোমদা চুমথ্রিং চৎপগী মহুত্তা য়েংলোমদা থৈজিন্দুনা চৎপগী মওং অসিবু অৱাং নোংপোক ( North East ) নুংশিং কৌই।

Fiord or Fjord – সমুদ্র খোংবান্দা হকচিল্লকপা অথুবা অমদি অশাংবা ঈশিং তুংবা মফম ; ঈশিং তুংফম অসিগী নৈরাইশিং অদু য়াম্না ওমই। নোররে অমসুং নিউজিলেণ্ড, আলাসকা, গ্রিনলেণ্ডগী চাং ওাঙা ওাইবা সমুদ্র মপান্দা মখোয় অসি লৈ। অদুগা মখোয় অসি গ্লেসিয়রিনা সমুদ্ররোমদা লাকপদা লুনা লুনা খোঙথলবা মফমশিংনি।

Flood Plain— ঈচাওগী মতমদা তুরেলন পুথরকপা লৈঙোই, ঈনাং অমসুং মকুম অতে অতে পৈশিন্দুনা শেম্বা তুরেলগী মপান্দা লৈবা লৈতেম য়ামবা লম ; তুরেলগী ঈশিংনা ঈথাই হেক্কৎলকপা মতমদা তুরেল মপান্দা ঈশিং পাখোরক্লুনা লৈতেম য়ামবা লম অসি থুমই। ঈচাও থুদিংগী অসিগুম্বা ঈশিং থুম্লবলগী হন্থখিবদা লৈঙোই হাজিলহোই, মফম অসি লৈহাও য়াম্না চেজি।

Fog— লৈমাই মকয়াদা লৈবা অপীকপা ঈশিং মরিক মরিকী অকুংবা মপৈ অমা ; অসিগুম্বা কুংশিনবা ঈশিং মরিকী মপৈ অসিনা অনকপদা লৈবা-পোৎ অমা ফাওবা তশেং তশেংনা উবা ফাওবা ওমহন্দে। পৃথিবীদগী যৈদা য়াম্না থাদোকুশিল্লুনা লৈমাই অসি য়াম্না ঈংলবদি লৈমাইগা থংনবা মখা ঈথং থংবা নুংশিংকী লৈরোল অদু য়াম্না ঈংমন্দুনা Dew point য়োই। অদুনা নুংশিত্তা য়াওবা ঈশিং মনিল অদুনা ফমজিন্দুনা কোগ, অনেম্বা লৈচিন শেম্বী।

কল কারখানা য়াম্না লৈবা মফমদা লৈথুগী অকুংবা মঠৈপেনা Smoke Fog শেম্মই ; লৈকংলাদা উফুলগী Dust Fog শেম্মই ।

Fohn Wind — অলপ চীংজাওগী অরাংথংবা চীংমাইদগী তম্পাক তাম্মা শিংথয়রকপা অশাবা অমসুং ঈশিংগী মনিল য়াওদবা অকংবা নুংশিং ; মসি নুংশিংকা মায়োক্নদবা চীংমাইয়োমদা লোকই । মসিং অসি হৌজিক্তি অলপক্তা নত্রন্সু অসিগুম্বা মওংগী নুংশিং শিংপা মফমশিংদা শিজিন্নরে ।

Fold— পৃথিবীগী লৈয়োলগী মথক পংবা শরুক লেংবদা য়োক্নী লৈয়োলদু কোনবা । অচম্বা fold অমদা য়োক্নী লৈয়োল অদু পন্নিং ওইনা য়াংনা অমুক কোনথংলি যাম্না কুংথনা অমুক কোনথৈ ।

Fold Mountain — পৃথিবীনা লেংবদা য়োক্নী লৈয়োল য়াম্না কম্না অচৌবা মঠৈপ ওইনা কোংথত্তুনা ওইব চীং ; কোনথংপগী অৱাংবা শরুকশিং অদুবু Anticline কৌই অমসুং কুংথবা মফমশিংবু Syncline কৌই । পৃথিবীগী অৱাংবা চীং অয়াম্বা অসিগুম্না ওইথিবনি । Himalayas, Alps, Apennines, Fold Mountain নি ।

Frigid Zone—অর্কটিক (৬৬½° অৱাং) অমসুং অনটার্কটিক (৬৬½° মথা) সদলগী মনুংদা লৈবা লমশিং, মফমশিং অসি বালেন্দা ইংই, মৱম অসিনা নিংথম থাদাদি বাহেম্না ইংই । লম অসি ট্রোপিকেলদগী য়াম্না লাপ্না মরম্না নুমিংকী মঙাল য়াম্না কৈনা তাই অত্তগা মৈশ য়াম্না শোল্লি।

Frost— ঈশিংনা সেন্টিগ্রেদ 0° অমসুং মসিদগী হেন্না ইংত্তুনা পৃথিবীগী লৈমাইদা ঈশিং মদিল ফমজিনবা ।

# ( G )

Gauge, Railway— রেল লম্বীদা থাবীবা বেঙ্গ চেয়বা অশাংবা য়োংকী লিক্লম অনী অতুগী অয়াওবা ; লিক্লম অনী অসিগী মথক্তা রেলগাড়ীগী কাংথোং মপাগা চায়হল্লি। ভারতকী রেল লম্বীদা থাবীবা য়োংকী লিক্লম অশাংবা অনীগী অয়াওবা অসি শরুক অহুম থোক্না থায়দোকই। মথুদি Broad Gauge (অপাকপা) মিটর ১.৬৯, Metres Gauge (মিটর অমা পাকপা) মিটর ১ অমসুং Narrow Gauge (অখুব) মিটর ০ ৭৭ নি। রেল চেনফম লাওবা থেম্নবগী মতুংইন্না রেল চাওবা অমসু পীকপসু থেয়্নে।

Geography— পৃথিবীগী লৈমাইগী ময়মদা নৈনবা হিরম ; মসিনা মহৌশাগী লৈশেম চী, অয়াংবা লৈত্তেম মায়বা লম, অংঙ্গ লৈত্তেম মায়বা তম্পাক, পাং, তুরেল, লৈতাও, ঈশিং-নুংশিং, উ রা মনামশিং হৌবা, পোংথোক, মীশিং, মীওইশিংগী শিনফম-মচিংবগী মরমদা নৈনৈ। হিরম অসিনা করম কবদা মফমদা মহৌশাগী লৈশেম লৈগে, করম্বা ঈশিং নুংশিং ফংই, মনা-মশিং হৌই, করি পোংথোক পুথোকই অমসু করম্বা মফমদা মী কু ন অমসুং লম্না তাই হাপ্পবস্ন নৈনৈ। Geography বু নৈনরিবা হিরম অতুগী মতুং ইন্না মখল মখলগী মমিং মচা খাইনা থোক্লি। মথুদি Mathemctical, Physical, Commercial, Human, Political অমসুং Historical নি।

Geology— পৃথিবী অসিগী মনুং অমসুং মপান্দা য়াওবা পোংচং, লৈনুংদা অমসুং লৈমাইদা ওইরিবা বোক্কী মওং— মওং অতু ওইরকপগী মরম, মফম মফমদা ফংবা ডোক অমসুং পৃথিবীগী য়াদী-রাংথোং নৈনবা হিরম, পৃথিবী অসি চহি কয়া গুমে, করম্বা চহিদ চী অচোবশিং ইনথংকবই, কয়লা করদা মতমদা কুমথিবা উ হান ওইবকপনো অমদি মমাংলৈক্তা করম্ব মতমদা কয়দা মথলগী পা-উচেক লৈরম্মী হায়বা হিরম অসিদ নৈনৈ।

Geothermal— লৈনুংদগী থোরকপা মৈশাগা মখি লৈননা শিজিন্নবা য়াহে; অশাবা ইফুৎ লৈবা মফমদা মতুগী থোরকপা মৈশা অদুদগী ইলেকট্রিক থোকহনবদা শিজিন্নৈ। মসিবু Geothermal Energy হায়না খঙনৈ।

Geosyncline— পৃথিবীগী মথক থংবা লৈরোলদা য়াম্না চাওনা কুপ্থবা মফম; মসি য়াম্না চাওবা Syncline অমগুম্বনি। মসি কিলোমিটর চাম্বা চাম্না হেন্না পাক-চাওই। মফম অসিদা লৈমাইগী অকায়-অতোয়না অমুম অমুম পৈশিন্নকুনা নমথখিবগা লোয়ননা ফুমজিন্নকই। মরম অসিনা য়াম্না থাবা সেডিমেন্টরি ড়োক শেমই।

Geyser— লৈনুংদগী ঈশিং অশাবা কামথোরকপা— ঈশিং অশাবগী ইফুৎ; ঈশিং অসি মিটর ৩৫ দগী ৭০ ফাওবা য়াংনা কামথংলি। মথোয় থরদি চাং নাইনা কামথংলি, থরনা মরক মরক্তদমক কামথংলি। মৈগী চীং য়াম্না লৈবা মফমদা অসিগুম্বা ঈফুৎ অসি লৈগনি; ইউঃ এসঃ এঃ গী Yellow Stone National Park কী Old Faithful মমিং য়াম্না চংপা ঈশিং অশাবগী ঈফুংনি, নিউ জিলেণ্ড অমসুং আইসলেণ্ডদা অসিগুম্বা মথলগী ঈফুট লৈ।

Glacier— তপ্না লেংবা উনগী মপৈ অমা, Snow line গী মথক্তা উন য়াম্ন থানা তাদুনা অমদি উনগী লুমগী চাং হেন্দুনা পৃথিবীগী চিংশিনবগী শক্তিনা উনগী মপৈ অদু তপ্না তপ্না অঙম্বা য়োমদা কুমথৈ। মথোয় অসি উনগী লবুক্তগী হোৎরকই; উনগী লবুকপু Neve কৌই। Neve দগী হেক গ্লেসিয়ার হোৎরকপা ঙমদে; মসিদগী Glacial ice হায়গনা নুঙঙম্বা কনশিনবা মথলগী উন ওইবকই। Neve না মিটর ৩৫ দগী ৫০ ফাওবা থাম্রবনি Glacial ice ওনবা ঙমদে। গ্লেসিয়ারগী হোৎরককমদা উন মরাং কায়না তাই, য়াম্না লুই অমসুং পাকই অদুগা উন শোদোকপগী চাংদি থজিক্তংনি। মসিনা অমুম চেম্বরকপদা অশাবগী চাং হেজংপনা শোদোকপগী চাং হেল্লি, উন তাবগী চাংদি য়াৎলি মরম অদুনা গ্লেসিয়ার অসি শীকশিল্লি। মথোয় অসি মীগী

খুঙ্কেক্কা হৌরককম্বদা চাওই, মতোম্দা পীকশিল্লি। গ্লেসিয়ারগী মথক থংবা শরুক্কা তাবা উনগী চাংগা মথাদা শোদোকপগী চাংগা মায়রবদি মফম অদুদা গ্লেসিয়ারগী অরোইবা ওইরে। মসিগী অরোইবা শরুক অদু কোনখংনি (শোংখংলি)। মসিগীময়াই থংবা শরুক্কা অতেং শরুক্কগী য়ায়া' হেন' য়াংবা চংলি। গ্লেসিয়ারগী লৈমাইদা উনগী অরুবা লৈক্রুক Crevasses য়ায়া' লৈ। গ্লেসিয়ারনা চংপদা রোক অকাই অতোইদং নওনা অচৌবা চুঙ্জাও কাওবা চেম্বুনা চংলি, মখোয়বু Moraine হায়না খঙৈ। গ্লেসিয়ারবু Valley Glacier অমসুং Continental Glacier হায়না শরুক অনী থোক্না খাই-দোকই। Valley Glacier দি হিমালয় অলপস-নচিংবা মফমদা লৈবা অরাংবা মফমদগী খোংলম লাইনা চেম্বরকইবা অদুবুনি, Continental Glacier না অর্কটিকা, গ্রিনলেণ্ড ওয়া মফমদা লৈবা লৈমাইদা, থানা, পাক চাওনা শদোক্কা লৈরিব, অদুবুনি।

Globigerina ooze— সমুদ্র মনুংদা তুংদুনা লৈবা কালকরিওসকি শরুক তাক্কা ওইবা লৈখোম ; মসি মরুওইনা Foraminifera গী অকনবা মকু অদুনা ওইবনি। মসি মিটর ২৭৪৩ দগী ৩৬৫৭ ফাওবা লুবা মফমদা ফংই, করিওয়দসু মিটর ৫৪৮৮ গী মথাদা ফংবা য়াওই। মখোয় অসিগী ফংফমদি অটলান্টিকস অমসুং ভারত মহাসাগর অমদি মখা থংবা পেসিফিক মহাসাগরদনি।

Gorge— য়ায়া লুবা, খুবা অমসুং লৈরাই ওয়া তুরেলগী খোংনুং ; মসি অমুক্কী মতিক ওয়াী মরম অসিনা মসিবু ইংরাজিগী ময়েক 'I' মওং মানবা তুরেলগী খোংনুং হায়না খঙৈ। মফম অসিদা তুরেলনা নাক য়েত্তা (নাকন্দা) চাথংপবুদি মথাদা হঙ্গিয়া লুথনা চাথংপনা হেল্লি। অচৌবা মখলগী গর্জবু Canyon হায়না খঙৈ।

Grass Lands— নাপী হৌবা লম ; নাপীনা লমশিং অসিগী মহৌশানা হৌজরকপা পাখী ( মনা মশিং ) নি। লমশিং অসিদা লোং থজিক্কং তাই

অম্বনা উ-রা অচৌবা পাম্বী হোৌবা ঙমদে, অহুবু লৈকংলাগুম। মফম অসিদা নোং য়াম্না লিক্না চাং নাইদনা তাবদি তৌদে— নোংদি চাংনাই অমসুং লৈকংলাদগীদি হেল্লি। ট্রোপিকেলগী নাপী হোৌবা লম অমসুং টেম্পরেটকী নাপী হোৌবা লম চায়না নাপী হোৌমবু শরুক অনী থোক্না খায়দোকই। ট্রোপিকেলগী লমশিংদা Savanah (অফ্রিক), Llanos (খা আমেরিকাগী অবাং থংবা শরুক), Campos (ব্রাজিল) না মরু ওইবা নাপী হোৌব লমনি। টেম্পরেটকী লমশিংদা মরু ওইবা নাপী হোৌবা লমশিংদি— Prairies (অবাং আমেরিক), Steppe (রসিয়া), Pampas (অরজেন্তিনা), Veld (খা অফ্রিকা) অমসুং Down (অষ্ট্রেলিয়া) না মরুওইবনি। মথোয় অসি শা-শল, য়াও-নচিংবা যোকপদা খুদোং যাম্না চাবা মফমনি। হৌজিক্তি পৃথিবীগী মফম অয়াম্বদা নাপীশিং অসি কান্দোয়রগা লৌ শিং উশিন্নে।

Gravel — কোযবোক কোইব নুঙ মচা-মচাগী মপৈ, মহৌশানা লৈঙোই নত্রগা লৈতানগা যানশিন্নহনা পৈশিল্লে। মখে য় অসি তুরেল, পাং অমসুং সমুদ্রগী ঈচেল অমসু' ঈপোমনা শেমই।

Great Circle — পৃথিবীগী ময়াম চানা কোয়না লৈমাইদা চিংলিবা লৈই, ইক্কেটর অসি গ্রেট সর্কল অমনি মাথোক্কবা মেরিদিয়ান অনীনসু গ্রেট সর্কল অমা শাই— খুদমদি ডিগ্রি ৩০° লোংচুপ অমসুং মসিগী মায়োক্কবদা লৈবা ডিগ্রি ৩০° নোংপোক্কা মতোন মতোন শয়রগা গ্রেট সর্কল অমা ওই।

Great Circle Route — পৃথিবীগী কন্নিগুম্বা মফম অনীগী মরক্তা চুমদ্রিং চুম্ব অমসু' খ্বাইদগী তেংবা লম্বী, লম্বী অসি Great Circle গী মতুং ইন্না চৎলি। Globe ত লৈবা কন্নিগুম্বা মফম অনীবু লং অমনা তিংলগা শম্নহল্লবদি লং অদুগী অশাংবা অদু মফম অনী অদুগী Great Circle Route নি। মেত্তা য়েকপা Great Circle Route কা ঙ্গাবন্তা য়েকপগা থেৱৈ।

Green Mud— সমুদ্র মনুংদা শৈংদুনা লৈবা লৈথোম অশংবা; মসিদা য়াম্না কুপ্পা লৈতানগী শরুক অমসুং Glauconite কৌবা Mineral মকুমশিং য়াওই। মচু শংনা উরিবা অসি Glauconite য়াওবননি। মসিদা Silli-cate of iron অমসুং Potassium য়াওই, সমুদ্রদা লৈবা Foraminifera হায়বা অপীকপা জীব অদুগী Shell মনুংদা Glauconite য়াওই, Shell শিং অদুনা তুমগ্রবা মতুংদা Glauconite চাং য়ামদনা লৈহোই। নুঙ ভাক্তা ওইনা তোবা Continental shelf তা তুরেল তাফম লৈতবা মফমদা অশংবা লৈথোম লৈ। কালিফোরনিয়া অমসুং পর্টুগালগী সমুদ্র মপান্দা অশংবা লৈথোম কংই।

Greenwich Mean Time (GMT)— লণ্ডন্দা লৈবা গ্রিনবিসকী মতম; ব্রিটিশ দৈথংকোসু Standard time মসিনা ওই। মসি মেরিদিয়ান 0° নি হায়বদি Longitude 0° নি। মসিগী নোংপোক্তা Longitude ১৮০ অমসুং নোংচুপ্তা Longitude ১৮০ লৈ, লোঙ্গিচুদ অমা থেন্নবদা মিনিট ৪ গী মতম থেন্নৈ। ভারতকী Standard Time দি এলাহাবাদতা ওই, মসিদি লোঙ্গিচুদ ৮২½° নোংপোকনি। মসিগা গ্রিনবিসকা পুং ৫-৩০ য়োম থেন্নৈ।

Ground Water— মখুল অহোবদা, লৈক্রক্তা ( লৈমাইরোমদগী ) চংদুনা লৈবা নোংগী ঈশিং; মখোয় অসি পৃথিবীগী লৈমায়দগী য়াম্না কাহেন্না লুথনা লৈবা ওমদে। কবিওবদা ঈশিং অসিনা তোক্কী শরুক থরা তুরংনখিবা যাওই, কাঁরওবদনা য়ানশিন্নখিবা খোকপদগী মিনরেল ( খোংগী পোং ) অমরু মওং হোংহনবসু য়াওই।

Growing Season— চহি অমগী মহুংদা মকম অমদা উপাল রাপাল, মনা মশিং হোবগী মতম; নোং-চিং অমদি অইং-অশা চুম্নদুনা চহি অমগী মনুংদা মতম থরদি লম কমগী চান্নবা উপাল-রাপাল হোই। ইক্কেটরগী লমদা চহি চুপ্পা মনামশিং হোবা ওমই; তুন্দ্রাগী লমদা ওলাংথা তেন্নবা ময়মনা

চহি অমগী মনুংদা থা অনীদগী অহুম ফাওবদমক মনা মশিং হোৌবা ওয়ই। ঐখোয়না থাম্নিবা মহৈ-মরোং পুম্বগী হৌননবা চুম্নবা মতম দৈ।

Gulf— কংফালরোমদা য়াম্না পাকচাওনা হক্সিল্লকপা অরুবা ঈশিংগী শরুক, খুদম—Gulf of Maxico, Persian Gulf, মসি কংফালুগী শরুক কাইখিজ্বনা নত্রগা কংফালগী শরুক নমখখিজ্বনা ঈশিং হাজিনখিবা ওইয়বা য়াই।

Gully— অশাংবা অমসুং অথুবা খোংলম; মসি নোংগী ঈশিংনা চামথজ্বন শেম্বনি। ঈশিংনা মথক থংবা লৈহাওগী শরুক চামথখিংনা অসিগুম্বা খোংলম মচ অসি ওইগনি, মসিদা নোং হেক তাবগা নত্রগা নোং তরিবৈদা দমক ঈশিং লৈগনি। মসি চৌংয়াইদা অমদি অরাংবা মফমদা লৈগনি।

# ( H )

Hachures—মেপ্তা লৈমাইগী অওম্বা থেম্নবা তাকুবা লৈই মতেক মতেক চিংবা, মখোয় অসি চবুন নাইনা চিংই। য়াম্না ওম্বা মফমদা লৈই মচা মচাশিং অও কু না অমসুং থানা চিংই, খজিক্কমক ওম্বা মফমশিংদনি লৈইশিং অহ পাথপ পাবপ ললনা চিংই। contour গুম্নদি অরাংবা তাক্কে।

Hail— য়াম্না কনবা উন মতুম মচা মচা মহৌশানা নোং হুংশিং কম্না তৌবিবৈদা তাবকপা—লেন, লেনশিং অদি নোং মরিক মরিকশিংনা ফমজিন-হনা ওইবনি। Cumulonimbus মথগী লৈচিন লৈম্নবদি নুংশিংনা কম্না মথকলোমদা শিংকংলি মতুদা নোং মরিকশিংসু লোয়নখিহনা মথক্তা ইংমম্বুনা ফমজিল্লি, ফমজিলবা নোং মরিকশিং অতুদা ঈশিং মনিলগী শরুক থরা অমুক ফমজিলক্তুনা চাওবা হেজংলকই। ফমজিল্লিবা নোং মরিক (লেন) শিং অসি তারকপদা অকনবা নুংশিংকী শাক্তুনা অমুক হমগৎতুনা হাম্নাওম্না ঈশিং মনিল অমসি নোং মরিক নপশিন্দুনা চাওবা হেজংলকই। মওং অম্নুম্না

হন্না হন্না তৌরবা মতুংদা মথৈদা নুংশিংনা হুমগংগা ওমদনবা মতিক চানা চাওরবা মতমদা লৈমাই য়োংনা তারকই। মসি Diameter দা মিলিমিটর ৫ দমক চাওবা য়াওই মকম থনদা কিলোগ্রাম অমা হেন্না লুমস্ন য়াওই।

Hanging Valley— মরুওইবা ঈচেলফম (valley) অমগা অপীকপা (মশা) ঈচেলফম অমগা তিন্নফমদা অপীকপা ঈচেলফম অতুনা মরুওইবা অহ্নদগী রাংথংনা লৈবা, মসি মতম অমদা গ্লেসিয়ার লৈরম্বা মফমদা ওইগাল্ল। মরুওইবা ঈচেলফমদা গ্লেসিয়ার অচোবা অমসুং মশা ওইবা ইচেংফমদা গ্লেসিয়ার মচা লৈরমই মরম অসিনা গ্লেসিয়ার অচোবা চেনবা মফমদনা মচাদগী হেন্না শুনা অমদি লুথনা চাথংলি। মরম অতুনা ঈচেল মচানা অচোবা তিন-ফমদা রাংথংনা লৈ। উন শোদোকপ্রবা মতুংদা ঈশিং চেল্লবদি অপীকপা মশাশিং অহ্ন ঈশিং চাইবী ওইনা অচোবা ঈচেলদা তিল্লি। Hanging Valley অসি তুরেল অমনা Fault Line অমদা চেল্লবা মফমদসু লৈ মরমদি মসিনা মসিগী মশাদগী থুনা অমসুং লুথনা চাথংলি।

Harbour— সমুদ্র মপান্দা লৈবা জহাজ থাংনবা ঈশিংগী শরক অমা; মহৌশাগী খুংশেমগী জহাজ থাংফমদা নত্তনা খুংশেমগী জহাজ থাংফমসু শেম্বা য়াই।

Headward Frosion— তুরেলনা মথোবকোমদা — হৌবফমদা তুংওইননা অসুম অসুম চাশিনখিবা; মসিনা শাংবা হেন্গংহল্লি।

Hemisphere— পৃথিবী লৈমাইগী শনক তংথায় অমা, ইকেতরনা পৃথিবীবু শরুক অনী খোক্না থায়দোকই। মসিগী অরাংদা লৈববু অরাংথংবা পৃথিবী তংথায়, মসিগী মথাদা লৈববু মথা থংব পৃথিবী তংথায় হায়না খঙনৈ। ভারত পৃথিবীগী অরাং থংবা তংথায়দ লৈ।

Hill— মনাক্তা লৈবা লমশিংদগী হেন্না রাংথংনা লৈবা পৃথিবীগী লৈমাইগী শরুক অমা, মসি চীং মচানি, মথে থনা Mountainদগী তেন্না নেমই।

মখোংদগী মতোন ফাওবা ফুট ৩,০০০ রা'বা অমসুং মসিগী মথাতাবাসিংবু Hill নি হায়না লৌই অদুবু মসিগী চপ চাবা নিযম লৈতে হেন্দোক-হেঞ্জিল থরা তৌই। ফ্রান্সকি নোবমান্দি চীং ফুট ১৩৬৮ রাংই, থা ভারতকি অনাইমালাই চীং ফুট ৮৮৪১ রাংই অদুবু মখোয় অনিমক Hill হায়না লৌনৈ। ফ্রান্সকি Black Mountain ফুট ১,০৭০ ওমক রাংই।

Hinterland :—সমুদ্রগী হিথাংফম অমগী তুংওইনবা লৈবা লম, লম অদুদা ফংবা পোং হিথা'ফম অদুগী মপান্দা থাদোকই, মপান্দগী পোং হিথাংফম অদুদা পুশিল্লকপবু লম অশিদা যেঙ্গোকই, ফংহল্লি। কলকতা হিথাংফমগী হিন্তরলেণ্ডদি রেষ্ট বেঙ্গল, আসাম, মনিপুর, বিহার, ওরিষা, ইউঃ পি অমসুং অরাং নো'পোক ভারতকী লমশিং'নি।

Horn—পিরামিদ মওং মাল্লপ তৌবা চী'দোন, চীংমাইদা লৈবা মা'যোল্লবা Cirque অনি চাশিল্লকপদগী ওইবনি। মসি গ্লেসিয়ার লৈরবা চীংদা ফংই। খুদম—সুইজরলেণ্ডগী Mount Matter Horn।

Horse Latitude—মহাসাগরদা High Pressure লৈবা Sub Tropical গী শরুক, মসি রেষ্টরলিজ অমসুং ত্রেদ ৱিন্দ অনিগী মরক্তা লৈ। মফম অসিদা নুংশিৎ য়াম্না তপই। নুংশিৎপগী চাং হোংদোক হোংজিল ইতৌ তৌদে। মসি অরাংথংবা Sub Tropical অমসুং মথা থংবা Sub Tropical দ' লৈ। মমাংঙৈদা জাহাজদা সগোল পুদুনা চৎপদা, মফম অসিদা জাহাজ অদু তপ্না লেংমনবদগী শগোলশিং অদু ঈশিংদা লংথখি হায়নৈ। মদুদগী মমিং অসি লৌখি।

Horst—Parallel ওইনা লৈবা Fault অনিগী মরক্তা লৈবা রাংথংপা ভোক্কী শরুক, রাংথংলিবা অসি Fault অনিগী মরক্তা ইনথংপা নত্রগা মতাই অনি অদু নমথখিবনা ওইবনি। মসিগা Block Mountain গা অমতনি।

Holticulture—লম শিক্তক তৌবা মকম অমদা লৈ উটৈ অমসুং মনামশিং থাবা ; মসি Intensiv Cultivation মথল অমনি।

Hot Spring—লৈনুংদগী থোরকপা ঈশিং অশাবগী ইফুৎ অমা, লৈচুংদা লৈবা ঈশিংশা মৈগীচা পোকথাইবগী অশাবা লোদোকপা (Magma) পোংকা তিমবদগী ঈশিং অশাবগী ইফুৎ অসি থোরকই। মৈগীচাং যাম্না পোকথাইগনবা লৈবা মফমদা অসিগুম্বা মথলগী ঈশিং অশাবগী ইফুৎ বাম্না ফংই অদুগ মৈগীচাং লৈতবা মফমদসু মখোয় অসি ফংই মরমদি লৈনুংদ যাম্না লুংনা ঈশিং চংখিনা শাবা হেনজংলকই অমসুং ইফুৎ অশাব ওইনা থোককই।

Hum—শুনুগী লমদা নুংশিৎ, নুংশা অমদি অতৈ অতৈ পাম্বৈনা চাথেপা ওমহৌত্রবা তোংখনা লৈবা অপিকপা শুনুগী চাং মচা অমা।

Humidity—নুংশিত্তা য়াওবা ঈশিংগী মনিল , ঈশিং মনিল যাওবগা মরিলৈনবা নুংশিংকী মওং যিভম।

Humus—লৈহাওদা যাওবা মনামশিং অমসুং শাগী শৎপ পুমথবা শকক , ঈশিং নুংশিৎ, উ বা মনামশিং হোবা অমসুং ড়োক খেন্নবগী মতুং-ইন্না লৈহাওদা হিউমস য়াওবগী চাংসু থেম্বৈ।

Hurricane—ৱেস্টইন্দিজ অমসুং গলফ ওফ মেক্সিকোদা শিংপা ত্রোপিকেল সাইক্লোন ; মসি ৱেস্ট ইন্দিজ ইথ শিংগী নোংপোক্তগী হোরক্লনা নোংচুপলোমদ অসুম মথং মথং ইথৎ অমগী মথংদা অমা মাং ত্রাকইল। Gulf of Mexico গী অকোইবদা লৈবা ইউ: এস: এ; গী লমশিং, মযাইথংবা আমেরিকাগী নোংপোকথংবা শরকী মথাদা নিকাবাগুম্বা ফাওবা Hurricane শিংলি। অষ্ট্রেলিয়াগী কুইনলেণ্ড সমুদ্র মপান্দা শিংপা নোংলৈ নুংশিৎসু Hurricane কৌই। মসি ওক্তোবরদগী সেপ্টেমবর ফাওবা ত্রোইনা লাকই। পুংদা মাইল ৭৫ গী চাংদা শিংপা নুংশিংতসু য়াহৈ অসি শিজিম্নৈ।

Hydro Electric Power—শাক্তু কনবা ঈশিংগী ইচেলদগী হায়বদি মহৌশাগী খুদেম নত্রগা মীগী খুৎশেমগী ঈশিংচাইবা শিজিন্নদুনা এলেক্ট্রিকী শক্তি লৌবা।

Hygrometer—নুংশিংকী Relative Humidity ওন্নবা খুৎলাই অমা খুৎলাই অনিদা Thermometer অনি য়াওই—অমনা Dry Bulb Thermometer কৌজগ অমনা Wet Bulb Thermometer কৌই, Dry Bulb না অশেংবা অইং অশ ওন্ন, Wet Bulb তা অচোংপা ফিজেং অমা যেংশিন্দুনা মতম চুহ্নদা চোংহন্দুনা থমই; মসিদগী লোশি অমা শমথদুনা ঈশিং হাপতুনা থম্না মফম অমদা শম্নহল্লি। Wet Bulb অহুদগী কারকপা মাননন Wet Bulb কি অইং অশা অসি Dry Bulb কি অইং অশাদগী হৈন্থু। অনি অসিগী থেন্নবা অইং অশানা নুংশিংকী Relative Humidity ওনবগী ফল তাংহনবা ঙম্মী।

Hydrology—তুরেল, পাৎ, কুণ্ড, উন্নাচিংবদগী ফংবা ঈশিংগা মরি লৈননা নৈনবা ঈশিংগি বিজ্ঞান, হিন্নম অসিদা ঈশিং ফংবা, ঈশিং শিজিন্নবা ঈশিং ঙাকশেনবা অমসুং ঈশিং শিজিন্নথোক্তনা নিঙ্গা দরকার ওইব মতমদা শিজন্নবগীদমক থম্নগী মবমদা নৈনৈ।

Hydrosphere—পৃথিবীদা লৈরিবা ঈশিংগী শরুক পৃথিবীগী শরুক মরি লোকপগী অহুম দ ঈশংনি। মহাসাগর, সমুদ্র, পাৎ, উন মপাক, তুরেল অমসুং চৎশিংতা য়াওববা ঈশিংগী শরুক পুম্না Hydrosphere ওই।

Hydrography—পৃথিবীগী লৈমাইদা লৈবা ঈশিংগী মরমদা নৈনবা বিজ্ঞান, হিন্নম অসিদা সমুদ্র, পাৎ অমসুং তুরেলগী ফিভম, পাকপা, চাওবা সমুদ্রগী অরুবা, অথেনবা, ইবৈনচিংবা নৈনৈ। ঈশিংগা মরিলৈনবা দাতাশিং থোমজিনবা, চার্ট অমসুং ম্যাপনচিংবা য়েকপগী থবকসু তৌই।

# ( I )

Ice—ঈশিংনা মপংগী মওং ওইবা ঈশিংগী অইং অশা চাং ঘাগ্না কাহেল্লা হন্থরবদি উন ওইনা কয়জিল্লি। উনগী কুংবগী চাং হন্থে মরম অসিনা মসি ঈশিংদা তাওই। উম কুংবগী চাং অসি ক্যুবিক সেন্টিমিটর অমদা চাওরাক্লা গ্রাম 0 ৯ নি।

Ice Age—উন মপাক মপাক্লা মহাদেসশিংগী অয়াম্বা মফমদা কুপ-শিন্দুনা লৈরম্বগী মতম; মতম অসিদা উন মপাকশিং অসিনা পাক্লা শন্দোকখিৎনা সমুদ্র ফাওবা য়োরম্মী। গ্রিনলেণ্ড অমসুং অণ্টকটিকাদা কুপলিবা উন মপাকশিং অসি মতম অদুগী উন মপাকশিংগী লেমহৌবা শরুক্নি।

Iceberg—সমুদ্রদা তাওদুনা লৈবা উনগী চৌবা মপৈ অমা, মসি গ্লেসিয়ারগী অরোইবা শরুক্কগী নত্রগা সমুদ্র মপানথাওবা শন্দোকপা উন মপাক্কগী কায়রকপনি। গ্লেসিয়ারনা সমুদ্রয়োবা মতমদা ঈশিং কপোম্বা ফুগংলকপদা মসিগী শরুক খরা কাইদুনা ঈশিংদা তাওই। অতোওবা উন মপৈশিং অসি মরু ওইনা গ্রিনলেণ্ড অমসুং অনর্টকতিকদা কুপলিবা উন-পাকশিংদগী অযাম্বনি। উনপাকশিং অসি মিটর ১০০ দগী কিলোমিটর ৭০ হেল্লা শাংই, মিটর ৫০ দগী মিঃ ১৩০ হেল্লা ৱাংনা ইগাইদগী থিনগৎলি। উনশিং অসিগী শরুক মপল থোকপগী অমথক্কমক ইমাই মথক্তা থিনগংলি। শোদোক্লুনা, চাথৎতুনা অমসুং মচেং মচেং কাইথিদুনা মথোংগী পাকচাওবা অসি হন্থরকই। নুমিৎকী মৈশানা অমদি ঈশিং অশাবা মফমদা তাওশিন-বনা উনশিং অসি শোদোকই। ইপোম অমসুং কোংনা মসিনু চাথৎলি অদুগা মচেং মচেং চাওনা চাওনা কাইথিদুনা উনশিং মথু থিতম চেন্নক্কে।

মরম অহুনা থবো থবো ওল্লি। গ্লেসিয়ারকী কায়রগা ওইবা অতাওবা উন-শিংদি হুংখাও অমদি অতৈ অতৈ ডোকশিং য়াওই, উন শৌদোকপা মতমদা মথোয় অসি সমুদ্রগী ইমাই মথাদা লুপথি।

**Ice Sheet**— মেরুগী লমদা শাকচাওনা কুপলিবা উন মশাক; মথোয় অসি মকম থরদগি মিটর লিশিং লিশিং থায়, গ্রিনলেণ্ড অমসুং অনর্টাকতিকাদা মথোয় অসি লৈই। মথোয়গী লৈমাই অত্থ লৈতেম য়াদে। সমুদ্র মপান নত্তনা গিনলেণ্ডগী শরুক অয়াম্বা উন মশাক্না কুপশিল্লি। অনর্টাকতিকাগী উন মশাক্কী মহাদেশকী শরুকগী হেন্দোক্তুনা সমুদ্র ক্ষাওবা শন্দোকই।

**Igneous Rocks**— লৈমুংগী শৌদোক্তুনা মহি চেন্নবা পোৎনা ফমজিন্দুনা শেম্বা রোকস; অহোবা অমসুং চিংখাইবা মফমশিং কাওক্লনা মহিশিং অসি লৈমাই য়োনা থোরক্লগা ফমজিল্লি; অসুম্না লৈমাই য়োয়গা ফমজিনবব্ লাভা (Lava) নত্রগা ভোলকেনিক রোকস কৌই। মথোয় য়াম্না থুনা ফমজিল্লি। কয়িগুমদা মথোয় অসি লৈমুংদা অত্থম ফমজিল্লি, মথোয়বুনা প্লুটোনিক (Plutonic) রোকস কৌই। মথোই অসি যাম্না তপ্না ফমজিল্লি। খুদমদি Granit নি। অহোবা অমসুং চেথাইবা মফমশিংদা থোরকপদা লৈমাই য়োবা ওমদনা ফমজিনবা য়াওই, মথোয়গী মমিং দাইক (Dyke) রোকস কৌই। অসিগুম্বা মহি অশাবা ফমজিল্লগা ওইবা রোকশিং অসি লৈরোল লাইদে, মরক্তা উ-রানচিংবা ফওহৌদি য়াওদে।

**Impermeable Rocks**— ঈশিং ফাওদুনা চংবা ওমদবা মথলগী রোকস; মথোয় অসি ঈশিং চুপশিনবা ওমদে। মথোয়দা অপিক অপিকপা মথুল মচা মচা লৈতে। গ্রেনাইট, খুদম অমনি।

Impervious Rocks— ঈশিং কাওড়না চংবা ঙমদবা মখলগী রোকস ; রোকশিং অদু কৈতানগনা অহোবা মখুন মচা মচা কৈবা য়াই, গ্রেনাইট কুমা অহোবা কৈডবা য়াই অদুবু ঈশিং কাওনা চংবদি ঙমদে।

Import— লৈবাক অমনা অতেংনা লৈবাক অমগী পোং লৈবা ; লৈবাক অমনা থুদোংচাদবগী অমসুং ঈশিং মুংশিং চায়নবগী পুথোকপা ঙমদবা, হোৌবা ঙমদবা দরকারদি ওইবা পোৎশিং অদু অতোপ্পা কাহেম্না থোকপা লৈবাক অমদগী পুশিল্লকই। গ্রেটব্রিতেনদা চা থাবা চায়দে দরকারদি ওই অদুনা ভারত অমসুং শ্রীলঙ্কাদগী চা পুশিল্লি।

Incised Meander— তুরেলগী অথেক অখোইগী শরুক্তা (Meander) লুথবা ; মসি তুরেল চেল্লিবা লম অদু ইনথংলকপনা ওইবনি। অমুমা হঙ্গিল্লুনা লুথহনবা অসি মওং অনি ওই— অমনা চপয়ুংনা লুথনা চাশিনবা, অতোপ্পা অমনা চপয়ু না লুথনা চাশিনবগা মাকন্দা চাশিনবগা অনিমক পুন্না তৌবা অকোনবগী অসিদদি তুরেলগী থোংলম অদু নাকল অমদি য়ায়া ঙমই, নাকল অমদি ইডম ঙমদে। মথোয়বু মথংশিংনা Entrenched অমসুং Ingrown Meander কৌই।

Inlier— অখিবা রোক্কী মপৈ অমবু অনৌবা রোকশিংনা কোইশিনবা।

Inselberg— অশাবা, অকংবা নোংলিক্লা তাবা লম—লৈকংলাদা নাইতোম ওইনা লৈবা চিংহুম ; মথোয় অসি মতোন অদু কোইরোককোই, য়ায়া ঙম্মী, মনা মশিং হোৌদে। মসি অকোইবা লমদগী মিটর ৩৫০ রোম হেন্না য়াংই।

Insolation— পৃথিবীনা নুমিৎকী মৈশা ফংবা ; পৃথিবীগী মকম খুদিংদা মৈশা ফংবা মায়দে। ইকোয়েতরগী লমদম্মা অতৈ লমদগী মৈশা হেন্না ফংই। যেক রোমদা মৈশা অসি অমুম অমুম শোক্নকই। মকম খুদিংমক্তা মৈশা-য়ামদা ফংদবগী মরমদি ১ থুক হুংথিল শাংবগী মতম য়ায়নবা, নুমিৎকী মতাল মকম থয়দনা কৈনা তাবা থয়দনা চপয়ুংনা তাবমনি।

**Insular Climate**— ইথংতা অমসুং সমুদ্র মপান্দা ফংবা ঈশিং-নুংশিং; অসিগুম' মথক্কী ঈশিং-নুংশিং অসিদা কালেন অমসুং নিংথমথাগী অইং-অশা অমসুং নুংখিল অমসুং নুংশাংগী অইং-অশাত্ত ইথেন থেনদে।

**Intensive Cultivation**— লম থক্তিক্তা থমকত্তবা মী য়াম্না শিজিন্ন-নুনা অমদি সৈশা য়াম্না থাদনুনা উবা লৌ মউ; লম য়াম্না ফংবা দেনমার্ক, ইংলেণ্ড অমসুং হোলেণ্ডনচিংবা মফমদা অসিগুম্না মথক্কী লৌমউ অসি তৌনৈ। লম পিকপা মফমদা মী য়াম্না চংলবনিনা পুক্কি' যাম্না চংনা লৌ-উই; পোংথোক য়াংই।

**Intermontane or Intermont**— চীংশাং অনিগী মরক্তা লৈবা অরাংবা লৈতেম য়ামথা লম, ইউঃ এসঃ এ: গী গ্রেট বেসিন Sierra Nevada অমসুং Wasatch চীংগী মরক্তা লৈ।

**Internal or Interior Drainage**—ইচেলশিংনা মপান থোকথিদবা, তুরেল অমদি থোংলমশিংনা সমুদ্র য়োনা চেক্কোয়রকবা; অসিগুম্না তুরেলশিং অসি লম অগুদা লৈবা পাংতা চেক্সগনি।

**International Date Line**— চাওরাক্লা মেরিদিয়ান ১৮০° নোংচুপ মত্রগী নোংপোকী লৈই; লৈই অসি হেক লানথোকপগী তারিখতা নোংমা হেন্দোক হেক্লিন তৌই। জাহজ অমনা নোংচুপলোমদা হোম্নুনা লৈই অসি লাক্লোক্লবদি নোংমা মাংই। থাংজ নুমিত্তা লৈই অসি হেক নোংচুপলোমদা লানথোরকপদ' নো'মাউক্তিং ওইগনি। অমুম্না নোংপোক-লোমদা হো'ন্নুনা লৈই অসি লানথোক্লবদি নোংমা তোংলৈ, থাংজ নুমিত্তা লানথোক্লগা ইরাই নুমিৎ ওই। 0° মেরিদিয়ান. ( গ্রিনবিস মিন তাইম)গী লোকেল তাইমদগী ১৮০° নোংপোক্লা পুং ১২ শুনথংলি, ১৮০° নোংচুপ্পা পুং ১২ থোংথৈ। ঐথোয়না মেরিদিয়ান ১৮০° বু নোংপোক নোংচুপ

হায়না তাক্নবা অয়ুক ভোঁদনবা ইচম চম্বা ১৮০° নত্রগা Date Line হায়না কহুম থানবে। মৈই অসি চুমত্রিং চুন্বা মৈই নত্তে, খোইদোক খোইজিন থবা ভোই মরমদি কিদি অমসুং চাথাম ইথৎ মপৈশিন্না নিউজিলেণ্ডগা নুমিৎ চপ মান্নবা পান্দই। এলুসিয়ান ইথৎশিংনা অমাসকাগা তাদ্বিক চপ মান্নব পানই।

Intrusive Rocks— মৈনুংদগী শোঁদোক্লুনা মহি চেন্নবা পোৎশিংনা মৈমাই মোঁবা ওমদনা কমজিন্দুনা শেম্বা নোকসনি।

Inversion, Temperature— বাংবা হেক্সংলিবা মথৈ শাথগী চা হেক্সংপা— বাংবা হেক্সংলিবা মথৈ ইংবা হেক্সংপা খোদোগী ওয়া মৈতেনবা পেরিসকী ইফিল Tower দা নুংদাং পুং ১২ দগী অয়ুক পুং ২ তাবা ফাওব কিত্তম অসি মৈ— বাংনা অসুম অসুম কাথংলগা শাবা হেক্সংলি। মৈমাইদা মৈশা য়াম্না থাদোক্লবদি কাহেন্না ইংই মরম অসিনা মৈমাইগা থংননা মৈব নুংশিংকী শরুক অদুসু য়াম্না ইংই। খোদো অসিদা মথক্তা মৈবা অইংব নুংশিংসু মথাদা লুপথরকই। অসুম্না মথাদা মৈমাই মকয়াদা য়াম্না ইংব নুংশিং মৈবা মরম্না মথক্তদি মৈমাইদগী খাপত্তোকলিবা মথৈ ইংবগী চা হৈ। নুমিদাংদা নুংশিং মবুক তঙ্গা অমসুং অত্তিয়া তশেং তশেংবা মতমদ অসিওম্বা মওং অসি মৈগল্লি।

Irrigation— লোং বাৎপা, ঈশিং কাংদবা মফমদা লোউ-শিংউবদ খুদোংচানবা খুংশেমনা ঈশিং থাজিনবা ; খেন্নবা মওংদা খুংশেম্না লোবুক ঈশিং থাজিল্লি। তুরেল থিংগৎতুনা, পল থাগৎলুনা ঈশিং তুংহল্লুনা মজিদা খোংলম মচা মচানা লবুক্তা ঈশিং থাজিল্লি। পুখ্রীদগী, পুখ্রিদগী অমসু তুরেলদগী ঈশিং শোক্লুনা লবুক্তা হৈজিল্লি। তুরেল মপালগী লবুক্তা কোঁ শাৎন্না তৌদুনা মত্রগা তুরেলদা পল থিংগৎতুনা ঈশিং ইচাও লাকপদা ঈশিং তুংশিল্লি। ঈশিং থাজিনবা অসিনা লবুক্তা ঈশিং চাং নাইনা কংহল্লুন

চাখোক হেন্নংহল্লি। ইনাংনা ফমজিল্লক্তুনা লৈহাও হেন্নংহল্লি, মতম শাংথনা লৌউবা য়াহল্লি অমসুং মহৈ মরোং মথল য়াম্না হোৌবা য়াহল্লি।

Island— ঈশিংনা মাইকৈ মরি মক্তা কোইশিনবা বংফালগী শরুক মচ' অমা— ইথং, মহাসাগরদা, সমুদ্রদা, পাংতা অমসুং তুরেন্দা ইথংলৈ। মথাগী থৌওংশিং অমিদগী অমথক্তা নঙ্গা থৌওং অমি অহুম পুনশিল্লগা ইথং শেমই—

( ) পৃথিবীগী মথক থংবা লৈবোল নিকপা, (২) সমুদ্র লৈথাগী লৈমাই ইনথংলকপা, (৩) সমুদ্রগী ঈশিং হুন্থখিন্নুনা' লৈমাইনা ঈশি' মথক্তা ফাওগংলকপা (৪) ঈশিংগী ইমাই হেন্নংলক্তুনা সমুদ্র মপানগী লমদম লুপথখিবদা লুপথবা ঙমহৌদবা অতোংবা শরুক লৈহোৌবা, (৫) ঈশিং মনুংদা মৈগী চীং পোথাইবগী পৈশিনবা পোংশিং অচুগী মতোন ইমাইদা থিনগংলকপা; (৬) সমুদ্রগী ঈশিং নঙ্গা গ্লেসিয়ারনা সমুদ্র মপান চাথংপা, থুগাইবনচিংবা থোকহন্নুনা ইথং শেম্বা, (৭) সমুদ্র মপান্দা নঙ্গা তুবেল তাফমদা যুক্তহৌম্লি পৈশিন্নুনা ইথং শেম্বা,(৮) কোরেল পোলিপ হায়বা থরাইপানবশিং অচু শিরগা মথোইগী মশা অচুনা পৈশিন্দুনা শেম্বা, ইথংশিং অসি শেমলিগা মচাকী মতুংইন্না মমিং থোল্লি— কোরেলগী অশিবা হকচাংনা শেম্ববু Coral Island মৈগীচীং পোথাইবগী পোংনা শেম্ববু Volcanic Island কৌই। মসি মতুনা মহাদেশ কুম্বা অচৌবা কংফালগী শরুকগী থাইদোকখিবা ইথংপু Continental Island, ঈশিং মম্লাইদা কংফালদগী লাপ্পা লৈবা ইথংপু Oceanic Island কৌই।

Isobar— মোপ্তা নুংশিংনা নমথবগী শাফু (Atmospheric Pressure) চপ মান্নবা মফমশিংবু শম্নহনবা লৈই।

Isohaline— মোপ্তা মহাসাগরগী থুমহি চাং চপ মান্নবা লৈবা মফমশিংবু শম্নহনবা লৈই।

Isohel— মেপ্তা নুমিৎকী মঙাল মতম চপ মান্নবা কংবা মফমশিংবু শম্নহনবা লৈই।

Isohyet—মেপ্তা অকক্নবা মতমগী মনুংদা নোংতাবগী চাং চপ মান্নবা মফমশিংবু শম্নহনবা লৈই।

Isotherm—মেপ্তা (ফিভম অমদা) অইং-অশা চপ মান্নবা লৈবা মফমশিংবু শম্নহনবা লৈই। মফম খুদিংমক্তা অইং অশাশিং অসি সমুদ্রগী ইমাইদা হম্বহন্নগা লৌই। মবমদি ৱাংবা থেম্নবগী মতুংইন্না অইং অশাসু থেরৈ।

Isthmus— অচৌবা কংফালগী শরুক অনিবু শম্নহনবা অখুবা কংফালগী শরুক; মহাদেস অনি শম্নহনবা অপিকপা, অখুবা কংফাল। অমরোমদা হায়রগা অচৌবা ঈশিংগী শরুক অমবু অনিথোক্পা থাইদোকপা কংফালগী শরুক। খুদম: খা আমেরিকাগা অবাং আমেরিকাগা শম্নহন্বা Panama গী লম; মসিনা কংফাল অচৌবা অনি অসি শম্নহল্লি।

# ( J )

Jet Stream— যাম্না য়াংনা অয়াংবা মফমদা শিংপা নুংশিং, মসি ফুট ২০ ০০০ দগী ৪০,০০০ বাংবা ফাওবগী মনুংদা পুংদা মাইল ২০০ দগী ৩০০ ফাওবা য়াংনা শিংলি। মসি Tropopause গী মকয়াদা লৈ। Jet Stream বু Polar Front অমসুং Subtropical হায়বা অনি থোক্পা থাইদোকই। Jet Stream লৈ হায়বা অসি শক ১৯৪৪ দা থংলকপনি।

Joint— মপুং ওইবা ড়োক অমদা চেখায়বা ( কায়বা, লৈক্রক চৎপা ) ডোকপু য়াম্না কন্না চপশিনবদগী মত্রগা চিংখাইনবদগী অয়াম্বা চেকখায়বা অসি ওইরকপনি, করিগুম্বদা ডোক্তা চপশিনবা অমসুং চিংখাইনবা পুল্লপ থোকপসু য়াওই। ইগল্প ড়োক্লা অশাবা মহি ওইরম্বদগী ইংশিল্লক্লুনা ফমজিল্লকপা মতমদা চিংখাইড়না চেকখায়রকই নত্রগা কায়ড়না মযি মযি চৎলি। মখোয় আস মমাই য়াম্না থোক্লা কায; খুদমদি Basalt অসি ইগল্প ডোক্লি। মখোয় অসি চেকখাইবা মতমদা য়ুম্বী মান্না থক খাদা শাংনা য়ুংনা লৈ অমসুং মমাই তরুক থোক্লা চেকখায় (Hexagonal Column) খুদমদি ইংলেণ্ডগী Giant's Causeway নি; অরাংবা য়ুম্বিশিং অসিদসু ফৈনা চিংখায়বা য়াওই। লেম্নংদা ফমজিনবা ইগল্প ড়োক্তা মমাই তরুকমক পাকপা চাওবা মান্নমা ( Cubiodal ) কায়, Granit তা মরাক মযুং নাইবা চুথেক মবি ( Rectengular ) থোক্লা কায়। সেডিমেন্টরি ডোক্লা কংশিল্লকপদা চিংখাইড়না কাই— মসিনা Bedding (লৈরোল অনি লোম্নবগী কারক), Dip ( লৈরোন নাইবা ডোক্লা নাকল অমদা পুলপ ভমথবা) অমসুং Strike (লৈরোন নাইবা ডোক্লা ভমথবগী কারল ভমথবগী সমকোন ওইবা), অহুম অসিগা সামান্তব (Parallel) ওইনা পুল্লপ পুল্লপ কায়। য়াম্না কুইনা নুংশিং নুংশাদা ফোড়না লৈবা ডোকসু শাবদা অমুক চাওথোক্লুনা ইংবদা অমুক চপশিন্নুনা কায়বকই। মসি Fault কুম্না অকায়বগী নাকল অমদা ড়োক্লা চৎথবা ইনথংপা তৌদে।

Jungle— লমলক্তা উ-রা, নাপী-শিংবী, উরি-রারী মরাং কায়না চৌবা মফম ; রাহৈ অসি ভারতগী হৌরকপনি। মসি লৌউশিন্দবা, নিয়ম নাইদনা উ-রা মনা মশিং পুংহৌদা হৌবা মীনা শেমজিন শাজিনবিদবা মফমদা শিজিন্নৈ।

**Juvenile Water**— য়াম্না নুবা মকম অমদগী পৃথিবিগী লৈমাইদা ফাওগৎলকপা ঈশিং, মখোয় অসি অহানবা ওইনা মপান্দা থোরকপনি। সমুদ্র, পাং, গুহা, নোং, তুরেললচিংবদগী ফংবা নত্তে। মখোয় অসি মপান থোরকপদা ঈশিং অশাবগী ইফুংকা লোইনরকই।

# ( K )

**Kame**— গ্লেসিয়ার মথাদগী উন শোদোক্লগা চেম্ৰকপা তুরেল মচা মচানা পুরকপা নুং মচা অমসুং লৈতোয়না পৈশিন্দুনা শেম্বা লৈপুং ; অসি গ্লেসিয়ারগী অউট ৱাষ্ট প্লেন্দা ফংই।

**Karst Region**— শুনুগী লমদম ; লম অসিদা তুরেল, খোং অমদি ইচেল অয়াম্বা লৈনুংদা চেল্লি। Yugoslavia শুনুগী Karst জিলাগী মমিং লৌবনি। নোংগী ঈশিংগা শুনুগা তিন্নবগা শুনুদা য়াওবা কেলসিয়ম কারবোনেটশিং অদু তুমই মবমদি নোংগী ঈশিংদা নুংশিত্তগী Carbondioxid য়াওই। নোংগী ঈশিংনা শুনুগী লৈমাইদা চেনবা মতমদা শুচগী শরুক খবদি তুমশিল্লি। ঈচেলশিং অসিনা অহোবা চেথাইবা লৈক্রক থেংনরবদি মদু ফাওডুনা লৈহুংদা চেনশিনখি। ঈচেলশিং অশিনা লৈমাইদা অমসুং লৈনুংদা শুনুশিং তুমহন্নুনা লমদম অসিদা অকুৎ অতোং য়াম্না লৈতুনা লৈতেম ৱাম্নংহন্দে। লৈনুংগী ঈচেলশিং অসিনা লৈনুংদা শুকংশিং শেমই। অসিগুম্বা মথলগী শুকং ইংলেণ্ডগী দরবিশিয়াদা অমসুং মণিপুরগী উখ্রুলদা লৈ। শুনুগী লমদা অরাংবা মফমদি মতম অয়াম্বদা কংই ।

**Katabatic Wind**— অৱাংবা মফমদা ইংথরক্লনা চীংমাই অমসুং ভম্পাক্তা শিংথরকপা হুংশিং ; মসি লম পাকচাওনা শন্দোক্লা শিংপা নুংশিং নত্তে। চীংথক অমসুং উয়া কুপ্পা মফমশিংদা নুংশিংকী ঈমশা য়াম্না কোম্না থাদোকই অদুনা চীংথক অমসুং উয়া কুপ্পা মফমশিংদা লৈবা নুংশিংত্তি য়াম্না খুনা ইংই। অইংবা অমসুং লুমথরকপা নুংশিংশিং অসি পৃথিবীগী চিংশিন্নবগী শক্তিনা চীংমাইদা অমসুং ভম্পাক্তা শিংথরকই।

**Kettle Hole or Kettle**— গ্লেসিয়ারগী অউট ৱাস প্লেন্দা লৈবা অহোবা নত্রগা নমথরকপা অহোবা মথুল অমা ; গ্লেসিয়ারগী মৃথাথংবা শরুক্তগী চেম্থোরকপা ঈচেলনা পুরকপা নুং মচা মচানা অচৌবা উন মতুম অমা কুপশিন্দুনা লৈবা য়াওই। মমৈদা উন অদু শোদোকপ্রবা মতুংদা মথক্তা কুপশিঁবা নুংমচাশিং অদু উন শোদোকপ্রবা কুংথপ্লনা লৈবা মফম অদুদা লৈহোই।

**Knoll**— অপিকপা চীংডুম অমা নত্রগা লৈপুং অমা।

**Knot**—পুং অমদা Nautical Mile অমা চৎপগা মাপ্পনা য়াংবা চাং। মসি জহাজগী অয়াংবা য়েংবদা শিজিন্নৈ।

# ( L )

**Laccolith**— পৃথিবীগী লৈমাই মথাদা লৈবা অচোবা চীংমুক চাওবা Igneous ড়োক ; লৈথাদগী থোরকপা অশাবা ড়োক মহিনা লৈমাই য়োবা ওমদনা কমজিন্দুনা ওইবনি। মসি মনম পোনথংলি।

Lacustrine Plain— মহৌশা পাৎ ওইরম্বা মফমদা লৈমৌকাই, ইনাং-লৈকুপ, লৈবাক মবুম অতৈ-অতৈ পৈশিন্নকুনা ফুনজিন্নগা শেম্বা লৈতেম মারবা লম ; খুদম ইম্ফালগী লম।

Lagoon— অথুবা অশাংবা কংফালগী শরুক্না পল ওইনা খাজিন্দুনা সমুদ্রদগী খাইদোক্লুনা থম্বা অথেনবা ঈশিংগী শরুক, ঈশিং অথেনবা অসি পললনা পুংখা খাজিনবমু য়াওই নত্রগা পললা মতুং মতুং ওইনা খাজিনবমু য়াওই। মথোয় অসি পাংনি। লেঙন শেম্বগী মওং কয়ামরুম লৈ। কংফাল অমসুং Coral Reef কী মরক্তা-লৈবা ঈশিংগী শরুক, Atoll না কোয়শিল্লিবা ঈশিংগী শরুক, Bay গী মচিন্দা লৈথোম, লৈঙোই অমসুং নুং মচা মচানা শেম্বা পললনা খাজিল্লিবা ঈশিংগী শরুক, সমুদ্রদা লৈবাইদগী জ্যাপতক্না ইপোম্না পৈশিন্দুনা শেম্বা নুংমচা অমদি লৈঙোইগী পল অমনা কোয়শিল্লিবা ঈশিংগী শরুক, লৈরায়দা শাংনা হুম্বিবা মফমদা লৈঙোইগী পললনা খাজিনবা ঈশিংগী শরুক, ভারতকী চিলকা পাৎ উবিষ্যাগী সমুদ্র মপান্দা শেম্বনি।

Lake— লৈমাইগী কুৎথবা অহোবা মফমদা কংফালনা কোইশিন্দু। ঈশিং পাকচাওনা শন্দোক্না তুংদুনা লৈবা মফম, মনিল ওইনা মাংখিবা ঈশিংগী শরুকপুম্দি পাৎতা চংলকপা ঈশিংগী শরুক্না হেল্লি। পাত্তা তুরেলশিং তারকপা য়াওই, তুরেলশিং চেম্থোরকখিবা যাওই। ঈশিং চেনথোকখিবা পাৎকী ঈশিংদি থুমচি চেন্দে। নোংলিক্না তাবা, ঈশিং মনিল ওইনা মাংখিবগী চাং য়াম্না হেনবা মফমদ লৈবা পাৎশিদা তুরেল তাশিন্নরবদি পাৎকী ঈশিংদা থুমগী চাং য়াম্না যাওই। Salt Lake অমসুং Dead Sea না খুদমনি। লৈমাইদা পৈশিন্দুনা নত্রগা, লৈমাই চাথং খোংতংদুনা নত্রগা পৃথিবীগী মথক থংবা শরুক নিক্লপদগী লৈমাইগী মওং হোংদুনা পাৎ শেম্বা য়াই। পৈশিন্দুনা শেম্বা পাৎ—সমুদ্রদা লৈঙোই, নুং মচা অমসুং কোয়রেক পৈশিনদুনা পাৎ শেমই ( চিলকা অমসুং পুলিকেট, খা ভারত ), তুরেলনা লৈঙোই

পৈশিন্নুনা অমসুং দাক্ষ শাজিন্নুনা লেরো পাং লৈ ( খোদাবরি অমসুং কৃষ্ণগী ময়াক্কা লৈবা কেলায়র পাং ) গ্রেশিয়াক্ক লৈবা মকমশিংদা খোরেল পৈশিন্নুনা পাং লেমই ( ইংল্যাণ্ডগী লেক ডিষ্ট্রিক্ট রি ব্যাপ্ত ), মৈপাচীং পোখাইবগী লাভানা চেম্বরক্কুনা ফুরেল খিংজিন্নুনা পাং লেমই, মৈপাচৌংগী ( মতোন্দা ) মচিনগী অকোয়বদা পৈশিন্নুনা পাং লেমই।

চাথং-খোতুংতুনা লেম্বা পাং—

( গ্লেসিয়ার লৈরম্বা মফমদা চাথং-খোতংতুনা পাং লেমই ; Skye গী Loch Coruisk খুদম অমনি। ঈশিংগা তনুগা তিন্নরগা তনুগী শরুক তুমশিন্দুনা পাং ওই, ইংলেণ্ডগী চেসায়ারগী লমদা অসিগুম্বা পাং লৈ ; নুংশিংনা লেংহোই হুমদোকখিন্নুনা লৈকংলাগী লমদা পাং লেমই। মৈপাচীং পোখাইখিবগী মচিন অহোবদা পাং লেমই, খুদমদি Loner Lake, ভারত Avernus Lake, ইটালি।

পৃথিবী ন্নেংবদগী লেম্বা পাং—

পৃথিবী নিকপদগী মথক থংবা লৈবোন অসি কাইদুনা কোম্বদগী অমসুং নমথবদগী পাং লেমই। খুদমদি Dead Sea অমসুং অফ্রিকাগী Tangyanika পাংনি।

Land Breeze — কংফালদগী (সমুদ্রদা) ঈশিংলোমদা লিংপা নুংশিং ; সমুদ্র মপান অমসুং পাং মপান্দা অসিগুম্বা নুংশিং অসি নুমিদাংবাইরমদা শিংলি মসি কংফালগা ঈশিংগা অচৌং অশা খেন্নবননি। নুমিদাংগী মতমদা কংফালনা ঈশিংদগী হেন্না ইংই মরম অদুনা কংফালদা হায় প্রেসর ঈশিংদা লো প্রেসর লৈ। অদুনা কংফালগী নুংশিং অইংবা অসি সমুদ্র নত্রগা ঈশিংলোমদা শিংলি।

Land Hemisphere— কংফালগী শরুক অয়াম্বা লৈবা ইকোয়েটরগী অবাংদা লৈবা পৃথিবী তংথাই ; কংফালগী শরুক তরেং থোকপগী মনুংদা ডরুক্কি অবাং থংবা পৃথিবী তংথাইদা লৈ।

**Landslide**— য়াম্না চাওবা লৈবাক মপৈ অমা নত্রগা ড়োক মপৈ অমা চীংথক্কী চীংখারোমদা তকথরকপা ; নোংগী ঈশিংনা অণ্ডবা চীং-মাইগী লৈহাওদা নত্রগা লৈনুংদা চংহুনা লুমথবা হেন্নবদি তকথবগী চাং অসি হেন্নি। য়ুগায় হাবনসু লৈবাক মপৈ অসি তকথায়রকপা য়াওই।

**Lapilli**— মৈগীচীং পোকখাইবা হুন্দোরকপা অকাইবা ড়োক মচা ; মখোয় অসি হরাই মরুদগী থরা চাওই। মখোয়বু Cinder হায়নসু থংনৈ।

**Lapse Rate**— মথকলোমদা রাংনা অসুম কাখৎলগ' ( নুংশিত্তা ) অইং-অশা হোংবগী চাং ; মিটর ১০০ রাংনা কাখৎলিবা মথৈ অইং-অশা ০·৬°C কী চাংদা থেম্নৈ। মসিবু Environmental lapse rate কৌই। রাংনা কাখৎলগা মহৌশানা ইংবা হেন্সংলি মিটর ১৬৫ রাংনা কাখৎলিবা মথৈ ১°C ইংবা হেন্নি। Temperature inversion লৈবা মফমদদি রাংনা কাখৎলিবা মথৈ শাবা হেন্নি।

**Laterite**— নোং মরাং কায়না তাবা ত্রোপিকেলগী লমদা লৈমাই ময়াদা ফংবা ড়োক্ত। য়া ওবা ডাংলৈনবা শরুক ; মসি Weathering না ওইহনবনি। ভারত, মালায়সিয়া, ইন্দোনশিয়া নচিংবা লমদা মখোয় অসি ফংই।

**Latitude**— ইক্বেটরদগী এঙ্গল ওইনা ওল্লগা ফংবা মসিগী (ইক্বেটর) থা অমসুং অরাংদা লৈবা মফম অমগী অর শ্না ; লেটিচ্যুডশিং অসি ইকেতরগা সামান্তর ওইনা পৃথিবীদা কোয়না চিংবা লৈইনি। ইকেতরদগী অরাং মেরু অমসুং থা মেরু ফাওবা শরুক ৯০/৯০ থোক্লা থাইদোকই। পুম্না অরাং মেরুদগী থা মেরু ফাওবা শরুক ১৮০ থোক্লা থাইদোকই। শরুক অমমময়ু 0° কৌই ; ডিগ্রি থুদিংগী f নিট ৬০ ( ´ ) মিনিট থুদিংগী সেকেণ্ড ৬০ ( ´´ ) থোক্লা থাইদোকই। লেটিচ্যুট ডিগ্রি অমদগী অমাফাওবগী

অয়াঙ্গা অসি চপ মান্নদে অয়ম্বদি ইকোটরগী ময়াদা পৃথিবী অসি য়াম্না পোন্থোকই, মেক ময়াদা পাক্নক ভোই। ময়ম অত্তনা মেক্রোমদগী ডিগ্রি অমগী অয়াঙ্গা মাইল ৬৯.৩৯ নি। অমঙোমদ ইকোটরদগী ডিগ্রি অমগী অয়াঙ্গা মাইল ৬৮.৬৯ নি। সেকেণ্ড অমগী অয়াঙ্গা ফুট ১০১, মিনিট অমগী অয়াঙ্গা ফুট ৬০৮০ নি।

Lava— লৈনুংদগী মই চেপ্লবা শোদোকপা পোৎশিংনা মৈশীচীংগী মচিন্দগী মপাল্ল' লৈমাইদা থোরকপা নত্তগা লৈমাইদা লৈবা মথুল মচা মচাশিং ফাওত্তনা থোরকপা; লৈমাই যোংগা মখোয় অসি য়াম্না থুনা ক্ষয়ভিল্লি, মখোয় থরদি Silica য়াম্ন য়াওই অত্তনা মখোয়বু Acid Lava কৌই, Silica য়াওদবা লাভাবু Basic Lava কৌই। Acid Lava দি ইরায় লাইনা শোলোক্তে, কুই তপ্না চেল্লি অত্তনা পাকচাওনা শন্দোকপা ঙমদে; Basic Lava দি লোইনা শোদোকই, মতি লাংই, থুনা চেল্লি অত্তনা কিলোমিটর কয়ামরুম শন্দোকই। এসিড লাভা য়াওনা মৈশীচীং পোর্কথায়রকপা মতমদা মনিলগী শরুক য়াম্ন য়াওবনা য়াম্না কল্লা পোকথাই। বেশিক লাভা য়াওনা পোকথাইরকপাদি য়াম্না তপ্পী।

Leap Year— চহি মরি মরি থুদিংগী নুমিৎ ৩৬৬ ন' চহি অমা শাবা, পৃথিবীনা নুমিংকী অকোয়বদা চাওরক্লা নুমিৎ ৩৬৫¼ (নুমিৎ ৩৬৫ পুং ৬) চংই। ময়ম অত্তনা চহি মরি মরি লৈরগা নুমিৎ অমা (পুং ২৪) মপুং ফানা হাপচিন্দুনা চহি অমা শাহল্লি।

Lee Ward— নুংশিৎ শিংলকপগা মায়োক্লদবা শরুক নত্রগা মাইকৈ; শিংলকইবা নুংশিৎনা থেংলরিবা চীংমাইগী মরুমদা লৈবা অতোপ্পা নাকল (চীংমাই)।

Levee— ঈশিংচাওবা মতমদা ফরুহৌদি লৈত্তোইনচিংবা হাজিল তুংশিন্দুনা ওইরকপা তুরেলগী তোংথংদা মপান্দ; ঈশিং হন্থরবা মতুংদা

ক্ষুত্তহৌদি পৈশিনবা অহ্ন লৈহোই, মসিনা Flood Plain গী খাইদগী মাংবা মফমনি।

Lignite or Brown Coal— উগী মশক মানবা কয়লা ; মখোয় অসি মনা মশিংদগী কয়লা ওক্লকপগী অনিশুবা ত.ক্ক ক্ক।

Limestone— কেলসিয়ম কারবোনেট য়াম্না য়াওবা ড়োকস শুনু নুং ; য়ামদ্রবদা ৫০% দি ড়োক অসিদা কেলসিয়ম কারবোনেটনি। খেন্না খেন্নবা মওংগী শুনু নুং লৈ, কেলসিয়ম কারবোনেটশিং অসি কারবোনডাইঅক্সাইড য়াওবা নোংগী ঈশিংগা তিন্নরগা তুমই।

Limnology— পাং অমসুং পুখ্রিগী মরমদা বিজ্ঞানগী মওংদা নৈনবা মখোয় অসি করম্না ওইরকপনে, মও করম তোই, কম্না পাকচাওই ঈশিংদা করি করি পোং য়াওই, করি কুরি মনামশিং থম্নাই পানবা কংই।

Lithosphere— পৃথিবীগী মপানথংবা মপংগী শরুক ; মসিনা Barysphere বু য়োমশিল্লি। মসিদা কিলোমিটর কয়ামরুম থাবা অকনবা ড়োকী শরুক অমসুং ডোকশিং অসিগী মথক্তা অহোম্বা লৈহাওশিং য়াওরি। মসিদা Sial অমসুং Sima য়াওই। মসিনা ঈশিংগী মথক্তা বাংথংতুনা অচৌবা ক'ফালগী শরুক—মহাদেশ ওই।

Littoral— সমুদ্র মপান ; মশি বাংনা অমসু' নেম্না ক্ষার কাবাগী মমক্তা লৈবা লমনি হাযনা লৌনৈ। মহাসাগরদনা লৈরাইগা থংননা লৈবা অথেনবা মফম অহ্নি হায়না লৌনৈ। মসিগা Continental Self কা অমতনি।

Llanos— থা আমেরিকাগী অম্নাংবা নাপী (Tropical Grassland) হৌবা লম ; মসি Orinoco ভুরেল মপান্দা অমসুং Guiana গী অম্নাংবা লম, ইকেটরিয়েল উমংগী অম্নাংদালৈ।

Loam— লৈঙোইগী লৈতানগা য়ানশিন্নবা লৈহাও, মসি অকবা মথলগী লৈহাওমি মসিদা ইনাং অমসুং ঙ-রা, নাপী-শিংবৌগী পংথবা মকুমশিং য়াওই।

Local Time— নুমিৎকী লৈকম (থোককম) য়েংলগা মকং অমগী মতম লৌবা ; নুমিৎ য়ুংবগী লোকেল তাইম হায়বগা মকম অদুদা নুমিৎ ১১ নোংমগী মতুংদা খ্বাইদগী য়াংনা থোকপা মতম হায়বাদ নুমিৎনা কোকথক্তা চপ য়ুংনা থোকপা মতমদা লৌনৈ। মেরিদিয়ান অমতদা লৈবা মফমশিংদদি মতম অমতদা নুমিৎ য়ুংগনি অমসুং লোকেল তাইম চপ মানগনি। কবিওয়া মফম অমদা নুমিৎ য়ুংবা মতমদা মফম অদুগী নোংপোক্তা ডিগ্রি ১৫ লাপ্না লৈবা মফমদদি হায়। পুং অমগী মমাংদ নুমিৎ য়ুংগে অদুনা নোংপোক্তা লৈবা মফম অদুদা মতম অদুমক্তদা নুংথিলগী পুং অমা তাই। নুমিৎ য়ুংলিবা মফম অদুদগী নোংচুপ্তা ডিগ্রি ১৫ লাপ্না চংলগন নুমিৎ য়ুংগদবা পুং অমা য়াংকনি— অমুক্তী পুং ১১ তাগনি। মসি পৃথিবীনা Axis তা পুং ২৪ গী মনুংদা ডিগ্রি ৩৬০ লৈবর্ননি মরম অদুনা মেরিদিয়ান ১৫ খেন্নবদা পুং ১ খেন্নে নত্রগা ডিগ্রি অমা খেন্নব খুদিংগী মিনিট ৪ খেন্নে

Loess— চুশিংনা অয়াপ্পা মফমদগী ঊকুল চেল্লুনা পুররগা পেশিনবা, মখোয় অসি য়ান্না থানা পাকচাওনা পৈশিল্লি। অয়াংথংবা চিনাদা ফুট ৪০০ দগী ফুট ১000 কাওবা, অদুগুম আমেরিকাগী নেব্রাসকা অমসুং আইওয়াদা ফুট ৬0 দগী ১00 কাওবা থানা পৈশিল্লি। ঊফুলশিং অসি লৈকংলাদগী তুরেল খোংনু দগী, গ্লেসিয়র বনা থনবা লৈঙোই অমসুং নোংজু নুংশাদা ফৌদুনা লৈবা লৈমাইদগী চুশিংনা চেল্লকপনি। মখোয় অসি লৈতেম য়ান্না পৈশিনবগুম য়াওই, চীং মচা অমা ওইনা য়াংনা পৈথংপসু লৈ। ঊফুলশিং অসি পৈশিনবদা লৈরোল নাইদে, মসিগী লৈমাইদা চেনবা তুরেলশিংগী মপান অদু য়ান্না ওখী চপ য়ুংই। মখুল মচা মচা চপমুংনা শাংনা মসিগী লৈমাইদা লৈ, মখোয় অসি

উ-মথা লৈবম্মা মকমনি। মথোয় অসি লৌউশিংউবদা য়াম্না পোংথোক লৈবা মকথনি ; অসিগুম্বা উমুল পৈশিনবা মকথশিংদি অয়াংথংবা চিনা , মম়াই থংবা ইউরোপ, অমাং আমেরিকাগী মম়াই থংবা শরুক, থা আমেরিকাগী পাম্পানি।

Longitude—ইকোটরগী পম্বিংদা মসিগী নোংপোক অমসুং নোংচুপ্পা প্রাইম মেরিদিয়াম্নগী এঙ্গল ওইনা ওম্নগা লৈবা অয়াম্বা , লণ্ডনগী গ্রেনবিস কাওহনা থা বাং চিংলিবা লৈই অদু প্রাইম মেরিদিয়ামী হায়না ১৮৮৪ দগী লৌনয়ে। মসিদগী মেরিদিয়ান মশিংথিবা হোই। মসি নত্রবসু মেরিদিয়ান (লোঙ্গিচুট) অমদগী 'হৌনা হেক্তা থিবা য়াই, অদুবু চযম্নবা কো'কুবা হায়দুন গ্রিনবিসতা ময়াম্না 0° হায়না যাম্নবনি। প্রাইম মেরিদিযান অসিগা ইক্কেটরগা Gulf of Guinea দা ককনৈ—মকম অসি লেটিচুট o° oo´ oo´´ অমসুং লেঙ্গিচুট o° o´ oo´´ নি। গ্রিনবিসকী নোংপোক্তা লেঙ্গিচুট ১৮০° নো·চুপ্পা ১৮০° লৈ , পুম্না ৩৬০ নি। মথোয় অসি মেরু অনি শম্না চিংই। সামান্তর ওইদে। মথোয়না ইকেত্তর অমসু· অতৈ লেটিচুটশি·বু ডিগ্রি ৩৬০ থোকাককই। অচৌবা সার্কল ওইবনা ইকেত্তরদদী লাওনা ককই, মেরুবোমদা চংশিল্লগা অয়াওবা অসি হৈছে মংমদি সর্কলশিং অদু পিকশিল্লি। মরম অসিনা থংনবা লোঙ্গিচুট লৈই অনিগী মরক্তা অয়াওবা ইকেতরদা মাইল ৬৯ ১৫ নি, ৩০° – (থ'-রাং) দা মাইল ৫৯ ১৪, ৬০° (থা রা·) দা মাইল ৩৪ ৬, ৮০° (থা-রা·) ১২.০৫ অমসুং মেরুদা o নি।

Longshore Drift—সমুদ্র মপান্দা ঈশি· ইপোম্না হুংমচা অমসুং লৈঙোক্ত মপৈ কৈরপ্প লৈবাইবোমদা পুশিল্লকপা অদুগা হম্বখিবা ইপোম্না লৈবাইগা সমকোণ ওইন' চপ মুংনা পুথখিব' , মথোয় অসি হঙ্গং হন্দা ইপোম্না চেঙ্খোক চেনশিন লৌহুনা লৈ।

Low—হুংশিংনা নমথবগী শাফু অকোম্নবদা লৈবা লমদগী হম্বনা লৈবা মকম ; মসিগা Depiession গা অমতনি।

Low Land— লমদম অমম্বা নেম্না লৈবা মফম ;

Lunar Month— থানা পৃথিবীগী অকোইবদা অমুক কোয়বদা চংবা মতম—থাপি অমদগী থাপি অমা ফাওবা, চাওয়াক্না নুমিৎ ২৯.৫ (নুমিৎ ২৮ নি হায়রনা লৌনৈ)। পৃথিবীনা axis কি অকোয়বদা অমুক লৈবদা থাগী মপাব্ন মেরিদিয়ান অমনা অনিয়ক লানথোকপগী মতমবু Lunar Day হায়না থংনৈ মসি পুং ২৪ গা মিনিট ৫০ চংই।

# ( M )

Mackerel Sky— কালেনগী নোংতাদবা শাবুং শাবুংবা মুমিংতা অরাংবা অতিয়াদা উবা মতৎ-মতৎ ওইনা কোইরোক কোইরোক কোইবা লৈচিল— ( cirrocumulus নত্রগা altocumulus)।

Magma— পৃথিবীগী অকনবা মথকথংবা লৈরোলগী মথাদা লৈনুংদা শোদোক্নুনা লৈবা আশাবা পোৎ ; মখোয় অসি মৈগীচাং পোকথাইবা মতমদা লৈমাই য়োনা থোয়কই। মখোয় অসি লৈমাই য়োগ্রিতৈদা লবীদা ফমজিনরে, অসুম তৌনা মখোয় অসি কনশিল্লি ।

Mantle— পৃথিবীগী মথক থংবা কুয়োমগী (crust) কি মথাদা লৈবা ডোক্কী লৈরোল ; মসি কিলোমিটর ২৯০০e হেন্না লুনা লৈথায়োমদা শন্দোকই। মসিনা মথক্কী কুয়োমদগী হেন্না কুংশিল্লি অনি অসিবু Moho না থাইদোকই। Mantle গী মথাদা core লৈ।

Mantle Rock or Regolith— Weathering না থুগাইবা ডোক মচেৎ অকায় অতোয়শিং পৈশিন্নুনা লৈবা ; মখোয় অসি পৃথিবীগী অরাবা

ছকখদা লৈ। মখোয়গী মমক থংবা শরুকপু লৈহাও হায়না খঙৈ। Weathering গী মপাঙ্গল অমসুং ডোকী মঙৎ মতুং ইন্না মখোয় অসি থানা পৈশিনবসু পা-না শৈশিনবসু য়াওই।

Map— পৃথিবীগী লৈমাই অপুম্বা নত্ত্রগা লৈমাইগী শরুক খরা মমৎ শিন্দুনা লৈতেম মাইনা অপাকপা পোৎ অমদা য়েকথোকপা; য়েকথোকপা অতবদা য়েকথোকলিবা অদু চপ চাবা Scale দা খয়গদবনি।

Map Projection— পৃথিবী পুম্বগী নত্রগা পৃথিবীগী শরুক খরগী Longitude অমসুং Latitude পু অপাকপা লৈমাই অমদা Scale দা য়েকথোক্লুনা পৃথিবীগী মফম অমগা য়েকথোক্লিবা পোৎ অদুগা মফম চাময়নবা। Globe ত Longitude অমসু' Latitude অসি কে'য়না য়েকই। মখোয় অসিবু অপিকপা লৈমাই অমদা য়েকথোকপা মতমদা অচুম্বা লৈই নত্রগা অকোনব লৈই অমগা অমগা ককনবা মাল্লি। লম অমগী পাকপা চাওব অমসুং লৈকময়গী মতু' ইন্না Projection সু খেৈ। খুদমওইনা Equatorial গী লমশিংবু Cylindrical Projection দা Conical Projection দা Temperate কী লমশিং অমসুং Polar গীদা Zenithal Projection দা শেকৈ।

Map Scale- লৈমাইদ' লৈবা করিগুম্বা মফম অনিগী অরাপ্পাগা, মেপ্তা লৈবা মফম অনিমগী অরাপ্পগী চাং, মেপ্তা লৈবা অরাপ্পানা তশেংনা লৈমাইদা লৈবা অরাংগী দেম্বা তেনশিল্লি ( নর্কশিল্লি ) অদুবু মেপ্তা লৈবা অরাংগা লৈমাইদা লৈবা অরাপ্পগা চাং অমদা লৈগদবনি। খুদম ওইনা লৈমাইদা কিলোমিটর ৫ (মঙ) দ'হবু মেপ্ত সেন্টিমিটর ১ লাপনা য়েককবদি স্কেল অদু ১ সেঃ=৫ কিঃ ওইগনি। দরকারগী মতু'ইন্না ঐখোয়না স্কেল অচৌবা মচা অনি শিজিন্নব য়াই। মেপ্তা ঐখোয়না স্কেলবু মঙৎ অহুমদা ফোংদোকপা য়াই মদুদি :— (1) Statement. (2) Graphic (3) Representative Fraction (R. F.), সেঃ ১ গা কিঃ ৫ গা মাপৈ হায়বা

সেঃ ১ গা কিঃ ১০০ গা মাপৈ হায়বনচিংবা অসি Statement নি। মৈই অচুম্বা অমবু মশিং চপ মাপ্পনা শরুক কয়ামরুম খায়দোকই। মৈই অচুম্বী শরুক অমগা লৈমাইদা কিঃ মিঃ নত্রগা মাইল কয়াগা লাপ্পা মাপ্পবগে হায়বদো Graphic Scale না উৎলি। সেঃ ১ গা কিঃ অমগা মাপৈ হায়বগী মহুত্তা ১:১০ ০০,০০ হায়নসু উৎপা স্কেল লৈ ; মসি Representative Fraction হায়না খ'নৈ : মসিবু $\frac{১}{১০০০০০}$ হায়বদি ১:১০০০০০ স্কেলগী মেপ্তা "ক" অমসুং "খ" গী অরাপ্পা সেঃ ১ নি, থাক্তৈশংবা লৈমাইদদি 'ক' দগী 'খ' ফাওবা সেঃ মিটর ১০০,০০০ নি।

Marble— শনু নু'না ( Limestone) মেতামোয়ফিক্কী মওং ওইরক্লনা মারবল ওইরকই। শনু নু'বু মতম কুইনা মৈশা লাংহনবা অমসুং নমথবগী ফলনা মা'রবল ওরকই ; মচু মথল মথলগী মারবল লৈ।

Maritime climate— সমুদ্র ময়াদা নক্না লৈবা লমশিংদা ফংবা ঈশিং মুংশিং কালেন্দা ইংলপ তোবা নিংথম খাদা শারপ তোবা, লৈমাইনা ঈশিংদগী হেন্না থুনা ঈংশিল্লি অমসুং হেন্না থুনা শাগংলি, মরম অসিনা পাং মপাল, সমুদ্র মপাল অমসু' ইথংশিংদা অসিগুম্বা মথলগী ঈশিং নুংশিং ফংই, নো' চাং নাইনা ভাই।

Market Gardening— কৈথেলদা য়োনবগীদমক মনা মশিং অমসুং উহৈ বাহৈ হৈ-লৈনচিংবা থাবা।

Marsh— হোম-হোম লাওবা, অচোংপা, অনেম্বা লম ; লম অসি কবিগুবদা ঈশিং মথাদা পুম্নপ লৈবসু য়াওই অহুগা কবিগুবদসু শরুক থবদমক ঈশিং মথাদা লৈবা য়াওই। লম অসিদা লৈবা লৈহাও অহু ঈশিং কাওক্লনা চা'বা চমদবা ডোক ওইগলি অমসুং মফম অসিদা ইচেল নিংথিনা চেনদে।

Meander— তুরেলগী অথেক অথোয় নাইবা, অকোনবা শরুক ; তুরেলনা খেক্না খোয়না চেম্বকপদা তম্পাক্তা কোয়প তোবা মফম কয়া

মকম লেমই ; অকোনবা শরুকী কোনশিল্লিবা মকম অহ্ ঈশিংগী ইচেলনা চাশিলকই অমসুং য়াম্না ওমই অহ্গা পোন্থোয়কপা শরুক অহ্না লৈত্তোই হাখিলকই অমসুং লোইরোইন্না ওমী।

Mean Sea Level— সমুদ্র ইমাইগী চাংচং ; মসি ময়াম্না য়াম্নরবা ইমাইগী অৱাংবনি। মকম অসিদগী পৃথিবীদা লৈরিবা মহোশা খুংশেমগী পোংশিং ( চীং, প্রেটু, ভম্পা'ক ) গী অৱাংবা পুম্নমক ওল্লি।

Mediterenean climate— কালেন থাদা শাবা অমসুং কংবা নিংথম থাদা নোং তাবা মেদিতরিনিয়ান সমুদ্র মযাদা লৈবা লমশিংদা অমসুং অতৈ অফম থয়দম্ব ফংবা ঈশিং নুংশিং ; মসি ইকেতরগী অৱাং অমসুং মথাদা ডিগ্রি ৩০ দগী ৪০ কাওবগী মনুংদ' নোংচুপ থংবা সমুদ্র মপান্দা শিকল্লি। মেদিতরিনিয়ান সমুদ্রগী অকোয়বদা লৈবা লম নত্তনা, মসি কালিফোর্নিয়া, খা-নোংচুপ অফ্রিকাগী মতোন, খা-নোংচুপ অমসুং খা থংবা অষ্ট্রেলিযাদা ফংই। লমদম অসিদা হৈ-লৈ থাবা য়াম্না শকনৈ—চোয়ফোন, অঙ্গুর, কমলা, চম্প্রানচিংবা মরাং কাইনা ফংই।

Meridian— পোল ( মেরু ) অনি শম্না চিংবা লৈই, নত্রগ' গ্রেট সার্কলশিংগী মরক্তা অমগী ওখাই, লোল্লিচুই অমা ; মসিনা ইকেতরবু সমকোণ ওইনা কাওনা চিংই। লণ্ডনগী গ্রিনরিস কাওনা চিংবা মেরিদিয়ানবু জিরো নত্রগা প্রাইম মেরিডিয়ান কৌই। মসিদগী অতৈ মেরিডিয়ানশিং থিৎবা হোই। মসিগী নোচুপ্তা মেরিডিয়ান ১৮০ নো'পোক্তা ১৮০ লৈ। ইকেতরদা মেরিডিয়ান অমগী লাপ্পবা অসি মাইল ৬৯ নি, পোললোমদা চংশিল্লগা অরাপ্পা অসি হুন্নরকই। মেরিডিয়ান অমা লাপ্পবদা মিনিট ৪ থেন্নৈ।

Mesa— অকোয়বা অহ্ য়াম্না ওবা অতো'বা লৈতেম য়াম্নবা লম ; রথক থংবা শরুক অহ্ অকনবা ড়োক ওইবনা হুংশিং নুংশানা চাথংপা ক্লইনা চংই ; অসিকপা Mesa বু Butt কৌই।

M sospher— নুংশিংকী চাওথোক্লা কিলোমিটর ৫০ য়াংবদগী ৮০ কিলোমিটর ৮০ ফাওবগী মনুংদা লৈবা লৈরোন। নুংশিংকী মথং মমাংগী মায়কৈদা Troposphere, Stratosphere, Mesosphere অমসুং Thermosphere হায়ব লরোমশিং লৈ। Mesosphere দি মথক লোমদা কাথংলিবা মটেং ইংবা হেনলি। মসি Stratosphere অমসুং Thermosphere গী মরক্তা লৈ।

Mesozoic Era— মরায় ওইবা যুগ Geological (হুংক্তোলোন) গী মরুওইব ৩াহ অহমগী মতুংদা মরাক ওইবা পৃথিবীগী ইতিহাসতা মসি Palaeozoic অমসুং Cainozoic যুগকী মরক্তা লৈ। মসি চহি মিলিয়ন ২০০ দগী ৭০ ফাওবগী মনুংদনি। মসিবু Triassic, Jurassic অমসুং Cretaceous Period হায়না খাইদোকই। মতম অসিদা চীং শেমই মৈগী চীং য়ায়া পোথাই, Reptile য়াম্না মরাং কাইনা লৈ, মসিবু Reptile গী চহি হায়নসু খংনৈ। লৈ শাংপা উ-বা মনাকেনবা উশিং অমদি উচেক যুগ অসিদা লৈবা হোরকই।

Metamorphic Rocks— মওং হোংদোক্লবা ডোকস; Igneous অমসুং Sedimentary Rock শিংবু মৈশা অমসুং নমথবনা (Pressure) মরম ওইদুনা মওং হোংলকই, হোংলিবা অসি মৈশানা থোকহনবনা মিনরেল থরদি অমুক হেন্না লংখংহল্লি। অদুগা ডোক থবদনা কল্লা নমথবনা মনুং খংবা শরুক অদু মওং হোংলকই। তদু নুংবু Recrystallize তৌবদা মাবরল ওই; সেল (Shale) বু কল্লা নমথমনবনা Slate ওইরকই। খুদম: Quartzite, Slates, Marbles, Gneiss, Schists, Phyllite.

Meteor or Shooting Stare— মপং ওইনা অকাইবা মচেৎশিংনা তন্দ্রংদগী নুংশিংকী মথক থংবা শরুক্তা চংলকপদা ইরং লংনা উবা; মসি সেকেণ্ড অমদা কিলোমিটর ৮০ য়াংনা চংলি অদুগা লৈমাইদগী কিলোমিটর

৮০ দগী কিলোমিটর ১৬০ ফাংব মকমচ উবা ফংই কিং ৮০ গী মনুংদা নকশিনকনবদি হবা য দে। মথোংবু চরুং লংনা উরিবা অসি মাসঙ্গ থাংচত্তা মুংশিংনা অশিংবা পিবনি। লৈমাইদ মচেং মচেং কাযহুন লৈমাই মোরকপদদি উক্কুল ওইনা তারবই।

Meteorite— অচোবা ডোক Meteor গুম গুঞ্জংদগী তারকপা অদুবু চাওমম্নুনা মচেং মচেং কায়বা গুমদহুনা লৈমাইথক্তা তারকই।

Meteorology— নুংশিংকী মরমদা লৈনবা বিজ্ঞান, মসিনা নুংশিংকী মমথবগী শাক্তু, অশিং অশা, নুংশিংশিংপা, নোংতাবা, উনতাবা, লৈচিন থাবা, নুংশাথোক্কপা অসিনচিংবগী মরমদা লৈনৈ।

Midnight Sun — অরাংদা অমসুং থাদা ইকেতরদগী য়াম্না চংথোক্লগা পোলর ময়াদা লৈবা লেটচুটশিংদা কালেনগী মতমদ অহিংদা নুমিৎ থোকপা, হায়রিবা মফমশিং অসিদ অসিগুম্বা থোঙং অসি কালেনগী ময়াইচমবা মতমদা উবা ফংই। মসি পৃথিবীগী axis না গুমথবনি। অদুগা কালেন খুদিংদ পৃথিবীগী তুঙ্গাম্ম অমময় কুমিংতা ওনশিনবনি। ৭৩° অরাংদা লৈবা Norway গী North Cape হায়বা মফম অমদ May ১২ দগী July ২৯ ফাওবা নুমিংকী শরুক খরদং ওইরবসু অহিং নু থিল থাক্তনা উবা ফংই।

Mile, Statute - গ্রেটব্রিটেন অমসুং ইংলিস ভাংবা লমদা চৎনবা অশাংবা ওয়বা পথাপ গজ ১৭৬০ গা মাইল অমগা মান্নৈ, ইঞ্চি ৬৩৩৬০ গা মাইল অমগা মান্নৈ।

Millibar — নুংশিংকী শাক্তু (Pressure) ওয়ব Unit (খুজিং) অমা; মিলিবার অসি স্কার সেন্টিমিটর অমদ দাইনস (Dynes) ১০০০ গা মান্নবা শাক্তুনি। মিলিবার ১০০০ গী শাক্তুগা চাওরাক্না মান্নকরিবা ইঞ্চি ২৯.৫৩ নত্রগা মিলিমিটর ৭৫০.১ গা মান্নৈ।

Millionaire City— মী মিলিয়ন অমা অমসুং অহেদগী হেন্না লৈবা সহর।

Mineral— মুককুনবা কেমিকেল য়াওবা, অককনবা কেমিকেল অমসুং ফিজিকেল প্রোপর্টিজ (মগুন) লৈবা ইনওরগানিক ওইবা মহৌশাগী পোৎ ; মথোয় অসি ওরে য়াম্না য়াওই। খুদম :— য়োং, সনা, কয়লানচিংবা।

Misfit River— অচৌবা থোংলমদা ইচেল পিকনা চেনবা তুরেল ; মসিদা চেঙ্গয়ন্বা ঈশিং অদু হৌরকফমদা অতোপ্পা তুরেলশিংদা ইথৈ চংখিবনি।

Mist— নুংশিত্তা ঈশিং মনিল ফমজিন্দুনা শেম্বা ঈশিং মরিক মপৈ অমা ; মসি লৈরবদি অনকপা পোৎ ফাওবা য়াম্না বানা উবা ঙমই।

Mixed Farming— কৌউ-শিংউবসু, শা-শন, ঙানু-য়েন য়োকপগী থবকসু তৌবা।

Moho— পৃথিবীগী মথক্কী কুযোমগা মথাদা লৈনা Mantle গগী ব মথৈ।

Monadnock— লফেম মাপ্নবা মফমদা নাইতোম লেপ্পুনা লৈবা চীংজুম ; চীংজুম অদুগী অকোইবদা লৈরিবা লমদমশিং অদু মহৌশাগী খুশেমনা চাথৎখিদুনা তেমথোকপ্লবা মতুংদা তেমথোকপা ঙমদবা অকনবা শক্ক অদু চীংজুম ওইনা লৈহৌই।

Monsoon—কালেন থাদ' ঈশিংদগী কংফালদা, নিংথম থাদা কংফালদগী ঈশিংদা শিৎপা নুংশিং ; কালেন থাদা ঈশিংদগী ঈশিং মনিল য়াওবা নুংশিংনা কংফালদা শিচিলকপদা অয়াংবা চীংগা থেংনরগা নোং তাই। নিংথম থাগী মতমদা কংফালদগী শিত্তোরকপা মরম্না ঈশিং মনিলগী শরুক য়াওদে অদুনা নোং তাদে। অইং অশা থেম্নবগী মতুংইন্না নুংশিংকী মাইকৈ থেম্নরিবা অসি কংফাল অমসুং ঈশিংগী অইং অশা থেনবননি। কালেন থাদা

কংফালগী শরুক্তা সমুদ্রগী শরুক্তগী য়াম্না শাবা হেল্লি, মরম্ অদুনা মসিগী মথক্তা লৈবা নুংশিং য়াম্না শাই অমসুং অনেম্বা ( Low ) প্রেসর লৈ। অমরোমদা অকোইবদা লৈবা সমুদ্রদা ইংবা মরমনা অকুংবা নুংশিং লৈহনা অৱাংবা (High) প্রেসর লৈ। মরম অসিনা অৱাংবা প্রেসর লৈবা সমুদ্রদগী অনেম্বা প্রেসর লৈবা কংফালদা নুংশিং শিংচিল্লি। নিংথমথাদদি [illegible] ওয় তৈনবনি মতম অসিদা ঈশিংনা কংফালদগী হেন্না শাই, অৱাংবা [illegible] কংফালদ লৈ অনেম্বা প্রেসর ঈশিংদা লৈ মরম অদুনা কংফালদগী [illegible]শিংদা নুংশিং শিংতোকই। এশিয়াগী নোংপোক অমসুং খা নোংপোক থংবা শরুক্তা মোনসুন ( Monsoon ) ফংই। অৱাংনোংপোক চিনা, জাপান, কোরিয়া লৈবাকশিং ভারত, বঙ্গলাদেশ অমসুং শ্রীলঙ্কাদা মোনসুন শিংলি, এসিয়াগী ৱাংমদা ইউঃ এসঃ এঃ ( U S A. ) গী খা নোংপোক, নোংপোক অফ্রিকা অমসু অৱাং অষ্ট্রেলিয়াদসু অসিগুম্বা মথক্তগী ঈশিং নুংশিং ফংই। কালেন থাদা ভারতব অৱাং নোংচুপ্পা য়াম্না শাবা মরম্না অনেম্বা প্রেসব লৈহনা ভারত মহাসাগর দ লৈবা অৱাংবা প্রেসবদগী নোংয়াওবা নুংশিং শিচিলকই। মসিব থা নোংচুপ মোনসুন হায়না খংনৈ। মসিব শরুক অনি থাইদোকই অমনা আরব সাগরগী মশা অতোপ্পনা বঙ্গোব সাগরগী মশানি। আবব সাগরগী মশানা নোংচুপ থংবা ঘাট (Western Ghat) তা থেংজিন্নুনা ভরতকী নোংচুপ থংবা সমুদ্র খোংবান্দা নোং তাই। বঙ্গোব সাগরগী মশা অদুনা অবাকান চীং নোংপোব হিমালয় অমসুং খাসি জয়ন্তিয়া চীংগা থেংনদুনা নোং মৱাং কায়না চুই।

Monsoon Forest – মোনশুনগী ঈশিং নুংশিং শিংপা মফমদা হোব ত্রোপিকেলগী উম, মসি চহি অমদা সেণ্টিমিটর ১০০ দগী ২০০ ফাওবা নো তাবা মফমদা মরাং কায়না হোই। ভারত বর্ম্মা, অমসুং খা নোংপোব এশিয়াগী লৈবাকশিংদা অসিগুম্বা মথক্তগী উমং ফংই। টিক অমসুং শাল মর ওইবা উশিংনি।

Moon— পৃথিবীগী অকোইবদা লৈহুনা চৎপা ( উপগ্রহ ) ; থাগী মশাগী মঙাল লৈজদে, নুমিত্তগী খোরকপা মঙাল অদুনা থাদা তারগা ঙানবনি। নুমিৎকী মঙাল্লা ফুবা শরুক তংখাই অমতং উবা ফংই, মসিনা পৃথিবীগী, অকোইবদা চৎপদা অঙানবা শরুক অদু অমুক উই অমুক উবা ফংদে। থাবা পৃথিবীগী অকোয়বদা চৎপদা অমুক্তমক মহাক্কী axis তা লৈ মরম অসিনা থাগী মথায় অমতমক পৃথিবীদা ওনশিনি।

Moon's Phase— থানা পৃথিবীগী অকোইবদা চৎপদা মশাগী খোংচৎ পৃথিবীগী খোংচৎ অমসুং নুমিৎকী ফিভমগী মতুংইন্না থাগী শকফম খেম খেমনা উবা ; থাগী শকফম পৃথিবীদগী উবা মতুংইন্না New Moon, First Quarter, Gibbous Moon অমসুং Full Moon হায়না কৌবনি। থাগি হুমিত্তা (New Moon) থানা নুমিৎ অমসুং পৃথিবীগী মরক্তা লৈ, থাগী অমম্বা মাইকৈ অদু পৃথিবীদা ওনশিল্লকই অদুনা থা উবা ঙমদে। মসিগী খোংচৎকী শরুক ½ চৎপা হৌবকপদা খুজিল মচেং মাল্লা উবা ফংই ; শরুক ¼ হৌরকপদা থা তংখাই অমা উবা ফংই মসিবু First Quarter কৌই। মতুংদা, খোংচৎকী অতোপ্পা শরুক ৮ চৎলগা থাগী ¾ উবা ফংই মসিবু Gibbous Moon কৌই, পৃথিবীনা নুমিৎ অমসুং থাগী মরক্তা লৈরগা মসিগী তংখাই অমা থানা চৎলবা মতমদা মসিগী মঙাল ফংবা শরুক পুম্বা উবা ফংই ; মসি Full Moon নি। মতম অসিবু Waxed ঙানথৎলকপা কৌই অদুগা নুমিৎ অসিদগী অনিশুবা শরুকী খোংচৎ হৌই অদুনা থাগী শরুক অসি মথংগী থাগি যৌদ্রিবা ফাওবা অসুম নোংমা নোংমগী মমশিল্লি। মসিবুনা Wane মমশিংলকপা কৌই।

Moraine— অরেংবা উনগী মপৈ (Glacier) না পুথরকপা নুংজেংং লৈবাক অমসুং ডোক অকায় অতোই ; মখোয়গী মরক্তা অপিরুপা নুংকুপ্তগী। অচৌবা নুংজাও ফাওবা য়াওই। মোরেনবু— মথাগী অমুম্বা মথল কয়ামরুম

থাইদোকই— নুংঙ্গেং, লৈবাক, ডোক অকায় অতোয়শিং অসি উন মপেগী নাকন্দা পুথরক্লগা Lateral moraine, উন মপে অনি অতোপ অতোপ্না থাইকৈদগী চেষ্ক্রক্লগা Lateral moraine অনি তিনশিন্নখিভ্রুনা উন মপে অনিগী মরক্তা লৈবা অদুবু Medial moraine; উন মথাদা চংখিভ্রুনা পৈশিনখিবনা Ground moraine, গ্লেসিয়ারগী অরোইবা মতোন্দা উন শোদোক্লুনা মসিনা পুথরকপা পোংশিং অদু পৈশিনবনা Terminal Moraine, উন মপে অরেংবশিংগী লৈক্রক অহোবশিংদা ডোক মচেং মচেং তাখিভ্রুনা উন মরক্তা লোনশিন্নখিভ্রুনা পুখিবনা Englacial Moraine, উনগী লৈক্রক্তা তাখিব। ডোকশিং মল্লগা লৈমাইদগী চেল্লকপা পোংশিং অদুনা উনগী মথাথংবা শরুক্তা লৈ মদুবুনা Subglacial Moraine হায়না খংনৈ।

Mountain— অকোইবদা লৈরিবা লমশিংদগী হেন্না বাংখংপা লৈবাক মপে অম। (চীংজাও); Mountain না Hill দগী হেন্না বাংই অমসুং পাব-চাওনা শন্দোকই, চীং মখোঙদগী মতোনলোমদা থরা তুমথংলি; অদুবু ইউ: এসঃ এঃ গী থা-লেকোঙ'গী রেক হিলস অমসুং ভারতকী থাশি হিলসনা ইউঃ এ ঃ এ' গী রিসকোনসিন্দা লৈবা রিব মাওগুটেন অমসুং স্তোন মাওগুটেন্দগী য়াম্না হেন্না চাওই অমসুং বাংই। মসি লম লমগীসু মতুং ইন্নি। ইংলেণ্ডদদি ফুট ২০০০ হেন্না বাংলবদি Mountain হায়না খংনৈ, মফম থরদনা ফুট ৩০০০ হেন্না বাংবা মফমবু খংনৈ। চীংনা প্লেটুদগী হেন্না বাংলবসু Plateau থরদি চীংদগী হেন্না বাংই। চীংজাওশিং অসি পৃথিবী নিকপা মরম্না শেমই; মৈগীচীং পোকথাইদুনা থোরকপা Lava নমু পৈশিন্দুনা চীংজাও শেমই, অথোংপা ডোক চাথংখিভ্রুনা অকনবা ডোকশিং লৈহৌদুনা চীংজাও শেমই অমসুং করিগুম্বা মফম অমদা খংনম নমথখিভ্রুনা খংনভুনা লৈবা নমথহোদবা মফম অদু চীং ওইনা লৈহৌবসু য়াওই।

**Mountain and Mountain Breeze**— নুমিদাংদা চীংগী অওয়দা অমমুং ভন্দাক্তা শিংথয়কপা অইংবা নুংশিং।

**Mud Rain**— উফুল মরিক মরিক য়াম্না য়াওবা নোং; লৈতোইগী লমদমদা শিংপা লৈতোই পুবা নুংশিংনা কিঃ মিঃ কয়ামরুম শিংলবা মতুংদা ঈশিং মনিজ থেংনদুনা ঈশিং মনিলগা পকশিন্নদুনা নোং মরিক শেম্বদা ময়ক্তা য়াওখিবনি।

**Mud Volcano**— লৈনুংদগী থোয়কপা ঈশিং অশাবগা ভোক মকুপশিংগা ভিন্নয়গা শেম্বা লৈখোমগী লৈপুং; লৈপুং অসিগী মচিল (crater) অমা মতোন্দা লৈ, লৈপুং অসি শারৈ মওং য়াল্লি। মসি অশেংবা মৈগীচীং নত্তে, ঈশিং অশাবগী ইকুংনি। মসি মৈগীচীং লৈতবা মফমদসু ফংই। মৈগী চীং লৈতবা মফম রশিয়াগী Baku গুম্বা মফমদদি মসি গ্যসনা কায়থোয়কপনি। মৈগী চীং লৈবা মফম নিউজিলেণ্ড, আইসলেণ্ড অমসুং সিশিলিদা মথোই অসি য়াম্না ফংই। মনুংদগী থোয়কপা ভোক মকুপশিং অহু মচু অমা ওইনা লৈরবদি লম অহুগী মওং মতোৌবু মচুদৈবা চফু হায়না থংনৈ।

**Mulatto**— অঙৌবা মীগা নেগ্রো (অমুবা) গা ভিন্নয়গা পোকপা মচ; মথোয় অসি খা আমেরিকাদা মশিং য়াম্না লৈ।

# ( N )

**National Park**— লমলকী শা-উচেক অমসুং মহৌশাগী খুৎশেম্ম মাং তাকহন্দনবগীদমক ঙাকশেন্দুনা থম্বা লম, মসিনা য়াম্না তাংলবা মশিং য়াম্নবা শা-উচেকশিংবু মীনা হাৎপদগী কল্লি অমদি মহৌশা খুৎশেম্ম মাং তাকহন্দনা থম্বা ঙম্মী। ইউঃ এসঃ এঃ গী য়েলোস্তোন, কানাদাগী বুদ বফেলো নেসনেল পার্কনি।

**Natural Bridge**— মহৌশাগী খুৎশেম্না ওইহনবা ডোঙী থোং, তুরেলগী থোংলমদা হায়থবকপা চীংনাপোমদ মশিগী ঈচেলনা হুৎতুনা শেম্বা ডোঙী থোং; অকনবা মখ্রি অমদি লৈক্রক লৈতা নুংদা হুৎতুনা অশি গুম্বা মথলগী থোং শেমই। গুনু নুংগী লমদা লৈব গুকুংগী লেমহৌবা মথক শংবা শরুক অহুম্ অসিগুম্বা মথলগী পোং ওইগল্লি। মসি কালোক কোনবস্থ যাল্লি।

**Natural Region**— অনেম অরাং, ঈশিং-নুংশিং, উ রা, মনা-মশিং চাং অমদা য়াম্না মান্নবা লৈবা লম অম, মহৌশাগী খুৎশেম মান্নবা মরম্না মফম অদুগী মীওইশিংগী থবকসু মান্নৈ।

**Natural Vegetation**— মতম অমদা য়েহ্লোইঙদগী হৌনা লৈরক্লবা উ-রা, মনা-মশিং অমসুং হৌজিকসু হৌরক্লুনা লৈরিবা; মীওইবনা লৌশিং উশিগ্রিইঙদা ঈশিং নুংশিং, লৈবাক লৈহাওগী চুম্নবা মতুং ইন্না মহৌশানা মফম অদুগা চান্নবা উ-রাশিং হৌই অদুগা হৌজিকসু মশানা শেমজরক্লুনা লৈ।

ঈশিং-নুংশিং থেরবগী মতুং ইন্না মহৌশাগী হৌজরকপা উপজা মনা মখিগুম থেৎলে। মরু ওইবা পৃথিবীগী Natural Vegetation :—

1. Tropical Forest, 2. Mid Latitude Forest, 3. Grassland, 4. Desert Shrub, 5. Tundra নি। মখোয়গী শরুক কয়াম-কয় থোক্না খাইদোকই। Tropical Forest দু Tropical Rain Forest, Lighter Tropical Forest, মসিগী Deciduous, Semi deciduous, Scrub Thorn Forest হায়না খায়দোকই; Middle Latitude Forest দু Mediterenean Woodlands, Deciduous Broad leaf, (Deciduous Evergreen) Coniferous, Mixed Forest হায়না খায়দোকই, Grassland দু Tropical অমসুং Temperate (Mid-latitude) Grassland হায়না খাইদোকই।

Nautical Mile— জাহাজ হোৎনবশিংনা শিজিন্নবা অরাপ্পা ওয়বা (Unit) থুজিং অমা; পৃথিবীগা পাকচাওবা চপ মান্নবা মতুম তাবা লোং অমদা য়েকপা Great Circle গী শরুক অমগী মিনিট অমগী (১´) অরাপ্পগা মনিগা মাদৈ। মসি চাওরাক্না ফুট ৬০৮০ নি।

Neap Tide—নুমিৎ, পৃথিবী অমসুং থা অহুম অসিনা সমাকোণ ওইনা (৯০°) লৈবা মতমদা সমুদ্র ঈশিং জ্বার কাবগী ফিভম; জ্বার য়াংবা মতমদা ঈশিং ইন্নাই মহৌশাদগী ৎয় হেন্নবা কাব থোকই মতমদা মহৌশাদগী থরা য়াংথেম্বা; নুমিৎ, পৃথিবী, থা অহুম অসিনা সমাকোণদা লৈবা মতমদা পৃথিবীগা-থাগা অমা, পৃথিবীগা-নুমিৎকা অমা পহি ওইনা লৈনবা ৯০° থেমই মরম অহুমা নুমিৎ অমসুং থানা মাইকৈ অমদোমদা। পুক্লপ লৈতবনিনা মখোয়না পৃথিবীদগী চিংশিনবগী মপাঙ্গল। ৎয়া থেমবন Spring Tide কী মতমদা থোকপা High Tide তগী ৎয়া হৈকে, অদুগা Spring Tide গী মতমদা থোকপা Low Tide তগী থর য়াংই। মসি হপ্তা অনি অনি লৈবগা থোকই।

Nekton— চাওরপ তোবা যশা খিংনা ইয়োইবা সমুদ্রদা লৈবা মথরাই শানবা পোৎ।

Nephoscope— লৈচিল পাইবগী মাইকৈ অমসুং অয়াংবা ওয়বা খুৎলাই।

Nimbostratus— নোং নত্রগা উন য়ায়া তাগনবা মনা য়াওথাংনবা মচুগী অনেয়া লৈচিল, অসিগুম্বা মথনগী লৈচিলদা নোং নত্রগা উন লেপ্তনা তাগনি।

Nitrogen— হু শিত্তা য়াওবা মনিকগী শরুক অমা; মসি নুংশিত্তা ৭৮% য়াওই।

Nivation—উয়া চাথং পোত্তংপা, মকাই অংতায় থোকহনবা, উন অমুক পোদোকপা অমুক কমজিনবনা ড়োকশিং কায়হল্লি মতুদি অমুক নুংখিলদা উন শোদোক্লনা ঈশিং অতু ড়োক্তা কায়ক্তা চংখি পুংদাংদা ঈশিং অতুনা উন শন্দুনা ড়োকশিং অতু শিংচেপ থাজিনবগুম্বা কাইরকই (মরমদি উয়া ঈশিংগী ভোলুম চাওথোকপা হেল্লি) অমুম্বা মথুলশিং অতু চাওথোরকই।

Nomadism— মফম অমদগী মফম অমদা (মচিঞ্জাক অমদি লৈকমগী-দমক্ত) তোইনা লৈফম হোংবা; চাওখৎপগী থাক য়োথ্রিবা কাংবু থরনা মসি হৌজিক ফাওবা চৎথরি। রুশিয়াগী নাপীগী লম Steppe অমদি লৈকংলাদা লৈবা মীওইশিংনা মথোয়গী শাগী শঙ্গাবুং অমসুং মথোয়গী মচিঞ্জাক থিনবা মফম হোংনা হোংনা চৎলি। মথোয়বু Nomad কৌই।

North Pole—অরাং ইথং থংবা পৃথিবীগী শরুক; Axis দা থা অমসুং অরাং ইথং থংবা শরুক অসিগা শমনৈ। মসিবু অরাং মেরু হায়না থংনৈ।

Nor' Wester— অরাং ভারতকী তম্পাক্তা কালেনগী মতমদা অথাক অরাও, লেম, অকনবা নোং হাওনা য়ায়া থুনা অত্তেনবা মতমদা য়ায়া কয়া শিংপা হুংশিং অমা; আসাম, বেঙ্গল, বর্মাদা নোং অয়াবা মসিগী মওংদা চুই।

Nullah— ভারত্তা নোংজুখা নত্তবদা ঈশিং য়াওদনা কংহুনা লৈবা ঈশিংগী খোংলম, নোং কয়া তাপ্রবা মতুংদমক খোংলমশিং অশিদা ঈশিং লৈ।

Nunatak— উয়া য়ায়া পাকচাওনা য়ায়া খানা কুপশিনবা মফমদা ইখৎ অমগুয়া উন ময়ুকপী খিনগৎলকপা নাইতোম ওইবা চীংদোন নপ্রগা চীং মচা ; মখোয় অশি উয়া কুপশিনবা মফমগী মতাইদা লৈগদ্রি ময়মদি মফম অহুদা উন য়ায়া পানা লৈ। গ্রিনলেণ্ড অমসুং অন্তারকটিকাদা মখোয় অশি ফংই।

# ( O )

Oasis— লৈকংলাগী ময়ায়দা ঈশিং ফংহুনা লৈহাও চেনবা মফম অমা ; মসি করিগুমদা ইচেম চয়া খাংতুপ পায়ী থয়দমক হৌবসু লৈ, করিগুমদনা কিলোমিটর চাম্বা চামা পাকচাওনা লৈহাও চেন্দ্রনা লৌউশিন্দুনসু লৈ। লৈ-কংলাদা ইফুং লৈবা মফমদা অশিকপা মথলগী ওসিস লৈ ; নাইল অমসু' ইউ-ফ্রেটিস তুরেলনা শেম্বা ওসিসশিংদি লৌ-উশিন্দুনা মহৈ মরোং য়ায়া লোকই। খাংতুপ্পা মফম অশিগী মরুওইবা পাম্বীনি, মসিগী মহৈনা মফম অদুগী মরু-ওইবা চিঙ্গাক্লি।

Obsequent River— লৈমাইগী মশাগী হায়া লৈজবা অণ্ডমগী মতুংইন্না চেম্বা তুরেল Consequent River গী মরোক্লা চেনবা মসিগী মশা (Tributary) অমা।

Ocean— পৃথিবীগী অচৌবা কংকালগী শরুকপু কোয়শিল্লিবা থুমহিগী ঈশিং ; পৃথিবীগী লৈমাইগী চামাদা ৭১ দি ঈশিংনা কোইশিল্লি। ওশিন

মক্তা লৈ মঙ্গদি— পেসিফিক, আটলান্টিক, ইন্দিয়ান, অর্কটিক অমসুং সাওথর্ন। ওসিনবু Littoral (কংফালগী তাইনবা অথেনবা মফম), 'Pelagie (ফিতোরেল দগী লুথবা) অমসুং Abyssal (য়াম্না লুথবা শরুক) হায়না শরুক অহুম থোক্না থাইদোকই। মসি নত্তবা অমুকসু Continental self (কংফালগী তাইনবা) Continental slope (কন্তিনেনতেল সেলফকী স্বাইনবা), Deep Sea Plain (অপাকপা লৈতেম মায়বা সমুদ্র লৈথাগী শরুক) অমসুং Deep (মথক্তী অসিদগী হেন্না লুথখিব') হায়না থাইদোকই। সমুদ্র লৈথাগী লৈমাইদা চীংশাং অমসুং ভুরেলনচিংবা লৈ। সমুদ্রগী অঙাং-অশা অমসুং থুমহি য়াওবগী চাং মফম মফমগী ওইনা থেয়ে।

Ocean Current—সমুদ্র ঈশিংগী ইমাইনা মায়কৈ অমদা ইচেল লাইনা চেনবা ; মসি থোকহনবগী মরমদি— তোইনা মাইকৈ লেপ্পা শিংপা নুংশিং, ঈশিংগী অইং অশা থেন্নবা অমসুং পৃথিবীনা লৈবননি। মরুওইবা সমুদ্র ইচেলদি অরাংথ'বা পৃথিবী ভংথাইদা ইকেতরবগী তেম্পরেট কাওবগী মনুংদা য়েং ওইননা চেল্লি, খা থ'ব' পৃথিবী ভংথাইদদি "ই ওইননা চেল্লি। সমুদ্রগী ইচেলবু অশা অমসু' অইংবা হায়না অনি থোক্না থাইদোকই। অশাবা ইচেলশিংদি ইকেতরগী নমদগী হোরকই, অইংবা ইচেলশিংদি পোলারদগী হোরকই।

Oceanography— সমুদ্রগী ঈশিং, ইচেল, অইং-অশা, অরুবা, লৈথাগী লৈমাই, মন-মশিং অমসুং থরাই পানবশিংগী মরমদা লৈনবা।

Off Shore Bar— সমুদ্র মপান্নগী থাপুক্না লৈবা লৈথোই অমসু' নুং-চাগী পল ; পল অসি ঈশিংগী হবক অমসুং ইচেলনা পৈশিন্নুনা শেমনি।

Ooze— সমুদ্রগী অরুবা লৈতেম মায়বা লৈমাইদা কংবা (ভু'বা) পোং ; মসি মরুওইনা লৈথোম মহিনি। মথোম্ন অসি ঈশিং ইমায়দা ফংবা মথরাই-পানবশিংগী অশিবা হকচাংশিংনা ঈশিংদা পুমমখিত্নুনা লৈথাদা পৈশিনখিবনি।

মখোয়সিদা থৈবী চীং পোকখায়বদগী থোরকপা উরুনস্থ য়াওই, উরুপশিং অসু 'অথাঙ্গা মক্ষনদগী মুংশিনে' হেন্নকপনি। খরাই পানবশিংগী Shell না Carbonate of lime অমসুং Silica য়াওই, Carbonate of lime য়াম্না য়াওবসু Calcareous অমুগা। Silica য়াম্না য়াওবসু Siliceous হায়না মথক অনি খোক্না থাইদোকই। Calcareous সু Pteropod ooze অমসুং Globigerina ooze হায়না Siliceous সু Radiolarian ooze অমসুং Diatom ooze হায়না খ হেং কই।

Orbit, Earth's — পৃথিবীনা নুমিৎকী অকোইবদা চৎপগী লম্বেল; লম্বেল অসি কোয়রোক কোমদে হেক্নমক মও মাপি; পৃথিবীনা মাগী থোংচক্তা মতম খরদি নুমিৎগী নাপথোকই, মতম খরদি নকশিলি

Orogenesis — চিংজাও শেম, পৃথিবীগী Horizontal ওইনা লৈবা লৈয়োমশিংনা নাকল খুদিংমগী চপশিল্লকুনা তপচিল্লকই নত্রগা খুপচিল্লকই, তপচিনবা অসিনা খুপচিল্লুনা লৈয়োম নাইবা ৎরাক চাপা (অখুব) পরিং অমওইনা বাংখৎলকুনা চীংশাং শেমই।

Orographic Rain— ঈশিং মনিল পুবা নুংশিৎকী লমীদা লৈবা চীংনা নত্রগা অয়াংবা মখমা মরম ওইদুনা তাহনব নোং; চীংশাং অমা থেংনবা নত্রগা অয়াংবা মখম চেপ্টুওবা অমা থেংনবা মতমদা ঈশিং মনিল য়াওবা নুংশিং অসু মথক লেংমদ পাইথৎলি, অদুনা ইংশিল্লুনা ঈশিং মনিলশিং অসু কমজিল্লুনা নোং ওইনা তারকই। মসিবু Relief Rain হায়নসু খংনৈ নুংশিৎকা মায়োকখা চীংগী নাকললোমদ নোং য়ামা তাই- মসিবু Windward side হায়না খংনৈ— অতোপ্পা মাইকৈদনা নোং লিক্না তাই কদিওবমু তকা তাদে-মসিবুনা Lee ward side হায়না খংনৈ। ঈশিং মনিল য়াওবা নুংশিংনা হাকথেংননা চীংশাংগা থেংনবদ অসিগুম্বা মখলগী নোং তাই। বঙ্গোব সাগরদগী শিংলকপা নুংশিংনা খাশিয়া চীংদা থেংদুনা হেয়াপুঞ্জিদা নোং তাই।

**Out Crop** - ডোঙকী লৈয়ুগী লৈরোল লৈমাইদা থোরকপা, লৈরোল মাইবা ডোকশিং কয়পাক ওইন পৈশিনবা মতমদা হোরাইজোনতেল ওইনা লৈবা য়াওই, পৃথিবীগী মথক থংবা কুয়োম (crust) না লেংবদা চেপতুনা কপ্পাকী মথান মতেক অদু লৈমায়দা থোরকই।

**Outlet Glacier**— উন মপাঙগী (Ice sheet or Ice cap, থোরকপা গ্লেসিয়ার অমা, গ্রিনলেণ্ডী অকোয়বদা লৈ।

**Outlier**— অরিব ডোকশিংনা কোইশিনবা অনৌবা ডোক মপৈ অমা।

**Outwash Plain** — লৈতোইগী লৈতেম মারবা তম্পাক অম গ্লেসিয়রগী উন্দগী শোদোবক্লুনা থোরকপ তুরেল মচাশিংনা পুথরকপা মরুমশিংদা পৈশিন্নুনা শেম, গ্লেসিয়রগী মত্তোঙ্গা উন শোদোক্লুনা ঈচেল মচা কয়া মকুম চেঙরকই, ইচেলশিং অসিন থোরেনগী লৈঙোই, নুংকুপনচিংবা চেঙরক্লুনা য়ম পাকচাওনা পৈশিল্লি, অপোবা পোংশিনা গ্লেসিয়ার মথাদা অরুপ্পা পোংশিংনা থরা থাপ্প চেঙরগ পৈশিল্লি।

**Oxbow Lake** — তুরেলগী কোনশিনব (Meander) শরুক অমা মপুং ফানা কোনশিল্লুনা তুরেলগী অতিংবা শরুক অমি শয়হল্লগা কোনশিনবা শরুক অদু পাং ওরকপা, তুরেলগী কোনশিনবা মকম (Meander) দা অসুম অসুম চাশিল্লুনা মতম থংগী মতুংদা মপুং ফানা কোনশিল্লকই, মরম অসিনা তুরেলগী মপাং অতিংবা শরুক অদু শয়হুনা চেল্লি, মসিনা Meander গী কোনশিনব হোৎনা অদুদু ইনাংনচিংবনা হুনজিল্লকই, মরম অদুনা কোনশিনবা মফমদা লৈরিবা ঈশিং অদু লেদনা পাং ওইরকই।

**Oxygen** — নুংশিত্তা য়াওবা মক ওইবা মনিংগী শরুক অমা, মসি নুংশিত্তা ২১% য়াওই। থৌওইবনা অময়ুং শানা য়র হোনবদা মনিল অসি দয়কার ওই।

# ( P )

Palaeogeography— থাইনা মমাংতুদা পৃথিবীনা ওমিতৈগী মতমদা মফম কয়ায়দা কংফাল লৈরম্বগে অমসুং ঈশিং লৈরম্বগে হায়না নৈনবা।

Palaeontology— মুংপ্রবা থবাই পানবশিংগী মরমদা নৈনবা বিজ্ঞান; মুংপ্রবা শা-উচেকশিংগী লেমহৌবা শরুক অহ্ ড়োকশিংগী মরক্তা ফুমজিন্দুনা লৈ, মথোয়বু Fossil কৌই। রাহৈ অসিনা শা উচেকী Fossil নৈনবদা থংনৈ।

Palaeo zoic Era — মমাংতুদা থবাই পানবা লৈরকপগী যুগ, চাও-রাক্লা চহি মিলিয়ন ৬০০ তগী মিলিয়ন ২০০ ফাওবগী মমাং; মফম অগুদা লৈরম্বা থবাই পানবশিংগা হৌজিক লৈরিবশিংগা মায়া থেৎনৈ। মাংলেন শরুক পানবশিংগী মনুংদা ওা, মতুংদা ঈশিং কংফাল অনিদা লৈবা থবাই পানবা, মতৈবদা Reptil লৈরকই।

Pampas or Pampa— খা আমেরিকাগী তেমপরেংকী অরাং লম— মায়সু ইংদবা মায়সু শাদবা লমদা লৈবা নাপীহৌবা লম; মথোয় অসি ময়াম থংবা লেটিচুটকি নাপী হৌবা লম হায়নসু থংনৈ। খা-আমেরিকাগী এন্দিজ চীংদগী আর্টলান্টিক সমুদ্রগী মরক্তা Plate তুরেল তাকমগী অকোয়বদা মথোয় অসি ফংই। নোংচুপ থংবা নোং লিক্লা তাবা শরুক্তা Dry Pampa, নোংপোক থংবদা মতিক চানা নোং তাবা মফমদা Humid Pampa লৈ। মফম অাসদা শল অমসুং যাও য়োকই, হৌজিক্তি লম অয়াবা লৌ উশিন্দুনা গেহু, চুজ.ক, অমদা অলফানচিংবা থারে।

**Pancake Ice**— সমুদ্রগী ঈশিংনা ইংছনা কমজিনবা মতমদা ঈশিংগী ইমাইদা লেব্বা অপিকপা, অপাবা, কোয়রপ তৌবা উন।

**Pangea**— ৱেগেনরগী মত মতুংইন্না মমাংতৈদা অহানবদা পৃথিবীগী মহাদেসশিং অসি প্রমপ পুনশিন্নহনা অপুনবা অমত্তা ওইবা মহাদেস অমা ওইরম্বগী মরিং ; মহাদেশ ওইরিবা Sial শিং অসি Sima গী মথক্তা তাওহনা লৈ. মতমগী মতুংইন্না মহাদেসশিং অসি Sima দা তাওথোরকপনি—ইম্বোয়কপনি অমনা হোৎজিল্বা মতমগী ফিভম অসিদা তাৱকপনি।

**Pass**— চীংশাং অমরু লান্দুনা চৎপা য়াবা অনেম্বা মফম ; মসি চীংশাং অগুগী মাকল অনিমক্তগী য়ায়া মরুনা হোবা ভুরেল মচা অনি নত্রগা গ্রেসিয়ার অনিনা অমুম চাশিনক্লুনা ওইবনি। মখোয় অসি শগোল সাবল মাগ্নি।

**Pastoral Farming**— নাপী-শিংবী চাবা শাশিংবু মচা পোকহনবা অমসুং য়োকপগী থবক তৌবা ; মসিনা মীওইবনা দরকার ওইরিবা পোৎ— চিঙ্গাক, ফিরোল অমসুং মুমটৈকনচিংবা ফংবা ঙমহল্লি। ঈশিং মরাং কাইনা ফংবা নাপীগী লমদা শল মরাং কাম্নানা য়োকই, ঈশিং লিল্লা ফংবা মফমদা য়াও অমসুং হায়েং, অইংবা তুন্দ্রাগী লমদা রেনডিয়ার য়োকই।

**Peak**— চীংশাং অমগী খ্বাযদগী য়াংবা মতোন : মখোয় অসি মতোন ভুমগল্লি। মসিনা অকোয়রদা লৈবা লমশিংদগী ইত্থেন হেন্না ভুমথৎনা য়াংনা লৈ। খুদম :— ইভরেষ্ট।

**Peat**— পৎথ-পুমথরকপা মনা মশিংনা ওইরকপা য়াওথাংনবা নদগা অমুবা মচুগী মশিংনাইবা পোৎ, মখোয় অসি মনামশিংদগী কয়লা ওইরকপগী অহানবা ভাক্কি। মখোয়দা ঈশিংগী শরুক য়ায়া য়াওই।

**Pedalfer**— লৈহাও মথল অমা ; য়োৎ অমসুং লৈতানগী শরুক য়ায়া য়াওবা ঈশিং মরাং কাইনা ফংবা লমগী লৈহাওগা চাওরাক্লা মায়বা লৈহাও;

মসিবু Podzolic অমসুং Laterite হায়না খাইদোকই। জোনেল সোইল মথল অনিগী মনুংদা মসি অমনি, অতোপ্পনা Pedocal নি।

Pediment— লৈকংলাগী লমদা চীংখোঙগা তাইনবদা নুং ঙাক্তা চাইংথোরক্লনা লৈবা লৈতেম মায়বা মথম; মকম অসি লোইয়োই লোইয়োই ঙমই; মসিগা চীংগা হেক তাইনবা মকম অম্ব খংঙম ঙমগনি।

Pedocal— লৈহাও মথল অমা; কেলসিয়মগী শরুক য়াম্না য়াওবা লৈকংলাগী লমগী লৈহাওগা চাওয়াক্ত মায়বা লৈহাও, মসিবু তেম্পরেট জোন অমসুং ট্রোপিকেল জোনগী Pedocal হায়না অনি খোক্তা খাইদোকই। জোনেল সোইল মথল অনিগী মনুংদা মসি অমনি। অতোপ্পনা Pedalfer নি।

Pedology— লৈহাওগী মরমদা লৈনবা বিজ্ঞান।

Pelagic— সমুদ্রগী শরুক Littoral অমসুং Bathyal Zones দগী হেন্না লুবা।

Pelagic Deposits— সমুদ্রগী Pelagic Zone গী লৈমাইদা তুংদুনা লৈবা পোৎ; মখোয় অসি হিংলিঙৈদা সমুদ্রগী মথক্তা তাওদুনা লৈরবা অপিকপা পাম্বী অমসুং মথবাক্ত পানবা শাশিংগী অশিবা মশানি। মখোয়গী মরক্তা লৈগী চীংদগী কংব পোৎসু যাওই।

Peneplain— মপুং ফানা তম্পাক ওইরবা লম অমা; মসি তুরেল অমসুং নোংগী ঈশিংনা লৈমাই চাথংদুনা শেন্না মকম ওইগনি, অসিগুম্বা অরাংবা, অতোংবা মকমশিংস্থ চাপংদুনা তম্পাকী ইমাইগা মায়হনি, অদুবু অকনবা খুগাইবা ঙমহৌদবা ডোক্কী শরুকশিংদি মকম মকমশিংদা ভোংখত্তুনা লৈ; মতমগী মতুংইন্না মখোয়সু চাখৎলকখিগনি অহ্নগা তম্পাকী লৈমাইগা মায়না পুথরকখিগনি।

**Peninsula**— মাইকৈ অমাম্বা ঈশিংনা কোয়শিনবা কংকালগী শরুক ; মাইকৈ অহুমদা ঈশিংনা কোইশিনবগী পেনিনজুলা হায়না খংনরে। খুদম— খা-ভারত।

**Perihelion**— পৃথিবীনা নুমিৎকী অকোয়বদা চৎপদা মসিগা নুমিৎকা খাইদগী নক্বা মফম ; অরাংথংবা পৃথিবী ত্থাইনা নিংথমবা ওইবা মতম— চাওরাক্লা জানুয়ারীগী তাং ৩ দা পৃথিবী অসি নুমিত্তা খাইদগী নকনা লৈ। মসি চাওরাক্লা নুমিত্তগী মাইল মিলিয়ন ৯১$\frac{1}{2}$ লাপ্লি।

**Permeable Rocks**— ঈশিং চুপশিনবা ঙম্বা অহোবা মথুল অপিকপা মচা মচা লৈবা ড়োকস, খুদম— সেন্দস্টোন। মসিগা Pervious Rocks কা অমত্তনি।

**Pervious Rocks**— ঈশিং ফাওহুনা চংবা ঙম্বা ড়োকস মসিদা মথুন মচা মচা অহোবা লৈবনা ঈশিং চুপশিনবা ঙম্মী। মসিগা Permeable Rocks কা অমত্তনি হায়না লৌনৈ।

**Physical Geography**— পৃথিবী লৈমাইগী অনেম অরাং, চীং, পাৎ, ফুরেললনচিংবা মহৌশাগী খুংশেম নৈনবা ভুগোলগী (লম্ফিং তুমিৎকী) শরুক অমা ; মসিদা কংকাল, ঈশিং অমসুং নুংশিংকী মরমদা নৈনৈ।

**Physiography**— পৃথিবীগী মহৌশাগী লৈশেম—লৈশেম অমা ওইরক-পগী মরম অমসুং মসিগা মরি লৈনবা অতৈ অতৈগী মরমদা নৈনবা।

**Piedmont**— চীং মখোংগা মরি লৈনবা ;

**Piedmont Alluvial Fan**— **Alluvial Fan.** দা য়েংবিয়ু।

**Piedmont Glacier**— চীংখোংগী অংলম্বা মফমদা গ্লেসিয়ার ময়াম পুনশিন্নুনা শেম্বা পাকচংলনা উম্ব কুপশিনবা মফম। **Alaska** দা **Malaspina Glacier** মাইল ২০ দগী ২৫ ফাওব পাকই, মাইল ৬০ দগী ৭০ ফাওবা শাংই।

Pillow Lava— ঈশিং মনুংদা ফমজিনবা লাভা ; মসি ঐথোয়না হিপলিব মোন মপৈ অমা মাল্লি , মসি ঈশিং মনুংদা লাভা কাওগৎলকপা নত্রগা লাভানা ঈশিং মনুংদা চংলগা ফমজিনবনি।

Plain — পাকচাওনা লৈতেম যাম্বা লম অমা ; মহোৎশানা লম অদু অনেম্বা মকম ওইগন্নি। লোইরোই লোইরোই ওম্বা লৈকুৎ লৈতোং লৈতবা মফমবুসু প্লেন হায়না খংনৈ। মওং কয়ামকয়া প্লেন লেমই, খুৎশেমগী মতুংইমা মথোয়গী মমিং থোল্লি — মদুদি Alluvial Plain, Coastal Plain, Flood Plain মচিংবনি।

Planet— নুমিৎকী অকোযবদা কোয়রিবা পোৎ ; মথোয় অসি চাওংথাক্কা মতুম ভাই, মথোয়না নুমিৎকী অকোইবদা য়েকম মওং মানা কোয়না চংলি, নুমিৎকী অকোয়বদা প্লানেট চামা চামা কোয়দুনা লৈ অদুবু মরুওইবা প্লানেট মাপল লৈ, মথোয় অদুদি মার্করি, ভেনস, পৃথিবী, মার্চ, জুপিটর, ইউরেন্স, সেটন, নেপচুন অমসু' প্লুটোনি।

Planetary Winds —পৃথিবীগী লৈমাইদ' শিৎপা নুংশিৎকী মাইরম, মাইরম অসি অইং অাশা থেম্রবা, প্রেসর থেম্রবা অমসু' পৃথিবীনা axis তা লৈবগী মতুং ইল্লি। হায় প্রেসব ( প্রেসর কনবা ) দগী লো প্রেসর ( প্রেসর হন্থবা ) লৈবা মফমদা নুংশিং শিংচিল্লি। পৃথিবীনা লৈবনা (উংবদা) অরাং-থংবা পৃথিবী ভথাইদা শিৎপা নুংশিংতি যেৎলোমদা কৈজিল্লি ( ওনশিল্লি ), খা থংবা পৃথিবী ভথাইদা শিৎপা নুংশিংনা ওইরোমদা কৈজিল্লি। চা রাক্কা ৩০° অরা' অমসুং খাদা সব-ট্রোপিকেল হায় প্রেসর লৈ ; মফমশিং অসিদগী ইকেতরগী লো প্রেসরদা নুংশিং শিংচিল্লি। অরাংলোমদগী ইকেতর য়োমদা শিংচিল্লকপা নুংশিংনা য়েৎলোমদা কৈজিনখিদুনা নুংশিং মাইদম অদু অরাং-নোংপোক ওইনা হোংলকই অদুনা অরাং-নোংপোক নুংশিং হায়না খংনৈ, মথা-য়োমদগী ইকেতরয়োমদা শিচিল্লকপা নুংশিংনা ওইরোমদা কৈজিনখিদুনা

নুংশিং মাইরম অমু থা-নোংপোক ওইনা হোংলকই মশিনা নাম্বোংখোলগী নুংশিং হায়না খংলৈ। মরম অসিনা মখোয়বু Easterlies হায়না কৌই মখোয়বু Trade Wind হায়মসু খংলৈ। অরাংলোমদগী শিংলকপা নুংশিং নোর্থ ইষ্ট ত্রেদ বিন্দ, মখারোমদগী শিংলকপবু সাউথ ইষ্ট ত্রেদ বিন্দ কৌই সব-ত্রোপিকেল হায় প্রেসরদগী সব-পোলার লো রোমদা নুংশিং শিত্তোরকই মাইয়মদি নোংচুপ্তগী নোংপোকলোমদনি, মরম অদুনা মসিবু Westerlie কৌই। অরাংথংবা পৃথিবী তথ্বায়দনা অরাং নোংচুপলোমদগী শিংচিল্লি মথা থংবা পৃথিবী তথ্বাইদনা অরাং নোংচুপলোমদগী শিংচিল্লি। পোলার হায়-প্রেসর লৈবা মকমদগী সব-পোলারগী লো-প্রেসর রোমদা শিচিল্লকপ নুংশিংপু পোলার ইষ্টরলিজ কৌই, মরমদি মখোয় অসি অরাংদনা অরাং নোংপোকলোমদগী খারোমদনা থা-নোংপোক লোমংগী লাকই।

Trade Winds (Easterlies) অসি উরক্রম— ইকেত্তোরিয়েল লো প্রেসর মনাক্তা নুংশিং অসি মবুক তপ্লি করিগুম্বদসু অকনবা নোং নুংশি থোকই মসিবু Doldrums নত্রগা Inter Tropical Convergence হায়ন খেন্ন-খেন্নবা মমিং কৌই। থাথংবা অমসুং অরাং থংবা ডিগ্রি ৩০ দা Trade Winds অমসুং Easterlies থাইদোক্লখিদুনা নুংশিং মবুক তপ্লি. কয়া শিথে মসিবু Horse Latitude কৌই।

Plankton— য়াম্না পিকপা মিংনা উবা পাক ফংদবা ঙাগী মচিঙ্গার ওইবা সমুদ্রগী ঈশিংদা তাগুদুনা লৈবা থরাই পানবা অহিংবা পোং ; মখো অসি চংনবা, লেংনবা পাঙ্গৈ লৈজদে অদুনা মখোয়বু পাম্বীগুম্না অমসুং শাগুম্ন লৌনৈ। মখোয় অসি ঙা অমসুং অতোপ্পা থরাই পানবশিংগী চিঞ্জাক্লি প্লাঙ্কতন অথেনবা সমুদ্রদা য়াম্না মরাং কাইনা লৈ মরম অসিনা অথেনব সমুদ্রশিংবু পৃথিবীগী মমিং চংপা অফাওবা ঙা ফাকম ওইনরি।

Plantation— মথল অমতগী মহৈ মরোংবু য়োম্নবগীদমক থাদুনা পোং থোক মরাং কাইনা থোকচনবা লো থউ. মসি ত্রোপিকেল অমসং সব

ট্রোপিকেলগী লমশিংদা চংনৈ, কম্রিশুমমসু মহৈ ময়োং অমদগী হেন্না থাবা মকমসু য়াওই। শোং থাকমদি লম য়াম্না চাওনা কল্লি, খুদম :— লমগা থবকশুবা মীগা য়েংনবদা লমচাওখনা য়াম্না হেন্নি। চা প্লানটেসন, কোফি প্লানটেসন, রবর প্লানটেসন অমসুং চু প্লানটেসন।

Plateau— অৱাংবা লৈতেম মাম্নবা মফম অমা ; খোম-খোমবা মথক্ষ অৱাংবা লৈতেম মাম্নবা মফমশিং নৈ। অৱাংবা লৈতেম মাম্নবা মথকশী অকোয়বদা লৈবা মফমশিংদগী থংবাং মাংথংলবদি Table Land হায়না থংনৈ। চীংজাওশিংনা ইকোয় কোইশিনবা নক্রগা শঙ্ক থরদা ওইমবসু কোয়শিনবা অৱাংবা লৈতেম মাম্নবা মফমবু Intermontane Plateaux কৌই। Piedmont Plateaux হায়রগা চীংথোংদা লৈবা অৱাংবা লৈতেম মাম্নবা মফমবু থংনৈ, মথোয় অসি চীং অমগা অনেম্বা লৈতেম মাম্নবা মফম অমগগী মরক্তা নৈ। তুরেল থোংনুংশিংনা হক্তিন হাঁজন্দুনা লুথনা চেনবা অৱাংবা লৈতেম মাম্নবা মফমবু Dissccted Plateau কৌই। অৱাংবা লৈতেম মাম্নবা মফমদা অথুবা অকুবা তুরেল থোংনুং লোকচপ Canyon লৈরবদি মতমগী মতুংইন্না পাকথোরক্লনা থংননা লৈরিবা অৱাংবা মফম অদু চাথংখিহনা চাথংপা ওমহোৎদবা মরাই ওইরপ চাওবা মতোন পাকপা য়াম্না ওবা মফমশিং লৈহোই। মথোয়বু Mesa কৌই, মথোয় অসি পিক্লবদি Butt কৌই।

Playa — লোং য়াম্না তাবরা মতুংদা মতম শরদগী ওইনা ঈশিং তুংহনা অথেনবা লৈথোম লৈবা পাং অমা ওইনা লৈবা লোং তাদবা মতমদা অকংবা মফম অমা ওইনা লৈবা কুংতক তোনা মফম : অসিগুম্বা মফম অসি লোং য়াম্না লিক্লা তাবা মফমদা অকোইবদগী চেম্বরকপা ঈশিং তুংবা অকুংপা মরাই ওইবা মফম অমদা ওইগল্লি। চেম্বরকপা ঈশিংগী চাংগা মনিল ওইনা কাথিবা ঈশিংগী চাংগা মাম্নরবদি থুমহিগী পাং অমা ওইগল্লি

মরমদি ঈশিং দি অমিক ওইনা অসুম চৎপ্রে অদুগা চেঙ্ষুকপা ঈশিংনা থুমগী শক্তী, অসুম শুশিন্নকই। অদুগুম মনিল কাথিবগী চাংনা চেনশিন্নবগ' ঈশংগ চাংবগী চেনবদি Playa অমা শেমই। ইউঃ এসঃ এঃ গী নোংচুপ্পা Neveda অমসুং Utah নচিংবা মফমদা অসিগুম্বা পাং য়ামা লৈ।

Plutonic Rocks — পৃথিবীগী লৈনুংদা যাম্ন লুবা মফমদা য়াম্না তপ্না ইংথত্নুনা ফম্জিন্দুনা শেম্বা Igneous Rocks: মথোম্ন অসি তপ্না ফমজিংনব. মরম Crystalline গী শকক য়াম্না য়া ওই। খুদম ঃ— Granit।

Plucking — গ্লেসিয়ারনা অওবদগী কুমথরকপদা ড়োকা কম্না তকনদুনা মসিগী মথ: ইথং থংবা শকক অদু শোদোক্নুনা ড়োকী লৈক্রক্ত: ঈশিং চংথি ঈশিং অদু ফমজিন্দুনা উন ওন্দুনা গ্লেসিয়ারনা (চৎপদা) লেংবদা লৈক্রব মনুংদগী উন অদুসু লেংবা য়া ওবনিনা ড়োকী শকক থরা ফক্নুনা পুথি।

Polar Glacier — লৈমাইদা লৈবা উনশিং শোদোকপা ওমদবা o ডিগ্রি সেলসিয়সকি মথাদা ইংদুনতা লৈবা উন য়াম্না তাবা মফম; অনর্টাকতিক অমসুং গ্রিনলেণ্ডদা মথোম্ন অসি ফংই।

Polar Winds — পোল ( মেরু ) গী অকোইবদা লৈব High Pressure দগী তেম্পরে ট্কী লমদা শিন্নকপা অইংবা নুংশিং; অরাং থংবা পৃথিবী ডম্বাইদদি মসি অরাং নোংপোক্তগী, থা থংবা পৃথিবী ডম্বাইদনা থা নোংপোক্তগী শিংনি।

Polder — হ্যালেণ্ডদা সমুদ্রগী নত্রগা পাংতগী লম নিনবা (লৌশিনব). লম অসিগী অকোইবা অদু পল থাগংদুনা অকোইবদগী ঈশি' চংলকপা থিংই' লম অসিগী মনু'দা খোং মচ মচা তৌদুনা কাচিন অকুংপা অমদা ইতুম অদু চিংথ. ইচুম চিথফম অসিদা Pump অমা থমদুনা থাজিল্লিবা মফম অসিদগী মপান্দ পলগী নাকন্দা নত্রগা পলগী মথক্তা তৌরিবা খোং অদুদা ঈশিং চিথো কথি। মফম অসি লৈহাও চেন্নি, লৌউবা য়াম্না কৈ।

**Poles**— পৃথিবীগী অরাং অময়ুংমথা মকথেংবা মফম ; পৃথিবীগী Axis না মফম অনি অসি শময়হল্লি, অতৈ পৃথিবীগী মফমশিংনা Axis তা লৈবা (তুংবা) মতমদা মফম অনি অসিদি লৈদে। মথোক্তবু অরাং মেরু, খা মেরু হায়না খংনৈ।

**Pole Star**— অরাং মেরুগী মপাদা উবা থরানমিচাক, মসিনা মাইকৈ লেপ্পা ওম্মী। অরাংথংবা পৃথিবী তথ্মাইগী মফম অমদগী মসি উবা মতমদা মফম অতুদগী থরানমিচাক অসি য়েংলগা অরাং মাইকৈ লেপ্পা ওম্মী।

**Polje**— গুনুগী লমদা লৈবা ময়ূং শাংবা, লৈমাই অহু লৈতেম মাম্নবা, য়াম্না গুম্না কুংথবা মফম অমা ; মসি গুন্ নুং Solution থোক্লুনা নত্রগা চাখৎ-তুনা নত্রগা লৈরোল নিকপদগী ওটহল্লম্বা য়াই। নোং তারবদি মফম অসি পাং কুম্না মতম থন্না লৈবমু য়াগুই, থসিদা লৌউবমু য়াই। Balkan গী নোংচুপ্তা লৈবা Livno Polje মাইল নিঙ্কু শাংই মাইল অহুমদগী তরেৎ ফাওবা শাকই।

**Port**— হিখাংফম লৈবা সহর অমা, হিখাংফম অদুদা জাহাজদা পোৎ হাপচিনবা, লৌথোকপা, মী তোংথৎপা অমসুং থুংলবগী থবক তৌই। মফম অসিদা পোৎ-চৈ পৈশিন্নবা মফমসু লৈ। সমুদ্রদা লৈব জাহাজ থাংথমবু Sea Port, তুরেলদা লৈবা জাহাজ থাংফমবু River Port কৌই।

**Pot Hole**— নুংজাগুদা নত্রগা নুংপাক্তা তুরেলগী অয়াংবা ইচেলনা পুথরকপা নুংমচাশিংনা হন্দুনা লেম্বা অহোবা মখুল কোংকুট ; মসি ঈশিং চাইবগুম্না অমগী মথোংদা ( তারকফমদা ) ওইগল্লি। চশিংগী শাফু অহুনা অকুংপা মফমদা নুংমচাশিং অহু হনজিন হনজিন্না ওংশিন্দুনা নৈহনবা ময়াম অচৌবা মখুল, কোংকুটশিং শেমই।

**Prairies**— মরাং আমেরিকাগী লৈতেম মায়বা নাপী হোৌবা লম ; মসি ময়াই ওইবা লেটিচুত্তা কনাদাগী মথাখংবা শরুক অলর্বত্তা, সাসকাচে-চেৱান; মেনিতোবাদা অদুগা ময়াইথংবা ইউঃ এসঃ এঃ দা য়োকি চৌংদগী মিচিগান পাং ফাওবা শন্দোকই। লম অসিদা কাকেন থাদা নোং থরা লিক্লা তাবা অমসুং অশাবগী চাং হেনবা মরম, নাপী হোৌবদা থুদোং য়াম্না চাই। মফম অসিদা নোংপোকলোমদগী নোংচুপলোমদ লোং তাবগী চাং হৈহ অহুনা নোংতাবগী চাং 'খেয়বগী মতুংইন্না Prairies বু অতেনবা, য়ানশিন্নবা অমসুং অশাংবা হান্না শরুক অহুম থোক্লা খাইদোকই। (১) অত্তেনবা প্রেরিজদি নোংপোকথংবা শরক্তা নোং কাহেন্না লিকপা Semi Arid কী লমদা ফংই, নাপীশিং অহু সেন্টিমিটর ৩০ দগী হেন্না নেম্মী ; (২) মসিগী হেক নোংপোক্তা নোং থরা চেন্না ফংবা মফমদা ময়াই ওইরপ তোৌবা সেন্টিমিটর ৬০ দগী সেন্টিমিটর ১২০ ফাওবা য়াংবা নাপী অমসুং অনেম্বা নাপীসু ফংই, মসিবু য়ানশিন্নবা (Mixed) প্রেরিজ কৌই। (৩) খ্বাইগী নোংপোক ইথং খংবদা নোংগী চাং অমুক হেন্না ফংবা মরম্না অৱাংবা মথলগী নাপী মিটর অহুমদগী অহুম মথায়রোম য়াংবা লাং ফংই। মসিনা অশাংবা প্রেরিজনি। প্রেরিজগী লমশিং অসি লৈতেম মায়বা অমসুং লৈচাও কবা মবম্না নোং নিংথিনা মহৈ মরোং থাবা য়ানা তাবা মফমদদি লৌশিং উশিল্লে মরম অহুনা মসি পৃথিবীগী গেহু থোকপা মফম অমা ওইরে।

**Pre Cambrian**— Palaeozoic Era গী Cambrian Period কী মমাং ; চাওয়াক্লা চহি মিলিয়ন ৬০০ কী মমাং ; মতম অসিদা ওইথিবা ড়োকশিংদা মমল য়াম্নবা থোংদগী থোকপা পোৎ সনা ওম্বা য়াম্না য়াওই। হৌজিক পৃথিবীগী লৈমাইদা লৈস্নিবা ডোকস মত্তা থোকপগী অমদি মতম অম্রদা ওইখিবনি।

**Precipitation**—নোংথ কী মহি নত্রগা মপং ওইনা তাক্রগা লৈমাইদা ঊশিং ওইনা নত্রগা উন ওইনা তুংবা, নোং তাবা, লেন তাবা, ঊন তাবা অমসুং শিক্লা তাবা পুম্নমক প্রিসিপিতেসনি। অশাবা মঙমদা মখোয় অসি নোং ওইনা তাই, অইংবা মকমদা ঊন ওইনা তাই। মখোয়গী মরুওইবা হৌরককমদি লৈচিলনি। মকম অমদা নোং কয়াম য়াম্না তারকপগে হায়বা রেন গেজনা ওজি, ঊনদি শৌদোকহল্লগা ওজি,

**Pressure Atmospher** – নুংশিংনা নমথবগী শাক্তি, নুংশিংকী নমথবগী শাক্তি লৈ, কয়িওবা মকমদনা য়াম্না কয়া নমথৈ কয়িওবা মকমদনা তপ্না নমথৈ। Atmospheric Pressure য়েংবীয়ু।

**Prevailing Wind**— মাইকৈ অমদগী অক্লায়না য়াম্না তোইনা শিংলকপা, অতোপ্পা মাইকৈদগীদি তোইনা শিললকবা নুংশিং, ইষ্টরলিজ অমসুং বেষ্টরলিজ প্রিভেলিং বিন্দনি।

**Primary Industry**— শা তানবা, ঙা ফাবা, লৌউবা, খনিগী থবক তৌবা চিঙাক, মহৈ-মরোং খোমজিনবনচিংবা মহৌশাগী খুৎশেম্না পীবা পোৎ খোমজিনবা অমসুং ফংহনবগী থবক।

**Profile, River**— তুরেল হৌরককমদগী তুরেল মচিন ফাওবগী অঙম্বা উৎপা। তুরেলনা থুগাইবা অমসুং পৈশিনবগী থবক অসি চাং মায়না তৌরবদি তুরেল অক্তুবু লৈতেমলবা তুরেল হায়না খংনৈ। মচিনয়াইদা তুরেলগী ওবগী চাং য়াম্না হৱৈ, মথকলোমদা অসুম অসুম চংথংলগা ওবগী চাং হেক্তংলকই।

**Profile Soil**— লৈহাওগী A, B, C হায়না খংনবা লৈয়োলশিং অহু লৈমাইদগী মথা ইথং থংবা লৈহাও শেম্বকপা পেরেন্টস ড্রোকস ফাওবা য়ৌই।

**Psychrometer**— নুংশিত্তা য়াওবা ঈশিং মনিলগী চাং ওয়বা থুংলাই।

Pteropode Ooze— ঈশিংদা ভাওবা যাম্না পাবা থরোই অমসুং কোম্ব্রেংবা Pteropode হায়না খংনবা অহুগী Shell শিংনা ওইবা সমুদ্র লৈথাগী লৈমায়দা ভুমনা লৈবা পোৎ, মথোয় অসি ইঞ্চি ⅓ দগী ⅔ কাওবা শাংই, Carbonate of lime না শেম্বনি। মসি সমুদ্র মথংগী চীংদাং অমসুং অরাংবা লৈতেম মায়বা মফমদা ফংই। মথোয় অসি ট্রোপিকেল অমসুং সব ট্রোপিকেলগী সমুদ্রদা থজিক থজিক মচি মচিদা লৈ। মকখ ওইনা মথোয় অসি আটলান্টিক মহাসাগরদা ফংই।

Pumice— মৈগীচৌ· পোকথাইবদা থোরকপা ভোক মথল অমা; মসি যাংই, মথুল মথুল হোই অরমদি ফমজিনবা মতমদা মনিল অমসুং মৈগা খংথা থাদোকখিবননি। মথোয় অসি ঈশিংদা ভাওবা যাই। মথোয় অসি সমুদ্রগী খাইদগী লুবা মফমশিংদা পৈশিন্নুনা লৈবা পোৎশিংগা লোইননা ফংই।

Pusztas— হঙ্গেরিগী লৈতেম মায়বা মফমদা লৈবা নাপী হোৱা লম।

Pygmies — অপিকপা মী জাৎ; অফ্রিকাগী ইকেভরিয়েল উমংদা লৈবা অপিকপা মী Negrillos মী অৱাংবদি চা·চত্তা ফুট ৪ ইঞ্চি ৬ নি, ফুচুদি রানা থা·কশিন্না নাপু মচুনি। মালয়াশিয়া, সুমাত্রা, ফিলিপাইন্স, নিউগিনি অমসুং থ -নোংপোক এশিয়াদা লৈবা মী অপিকপবু Negritos হায়না খংনৈ।

Pyrheliometer— নুমিত্তগী থোরকপা মডাল ওয়বা খুৎলাই অমা।

# ( Q )

**Qanat**— ইরান লবাক্তা লৌখোংদা থাজিন্নবা ঊশিংবু নোং ভাবা চৌংবী লমদগী লৈক্লুংদা ঊশিং তেনকম খোংজম 'শমহন্না অকংবা নোং তাদবা মফমদা পুরকপা ; লৈমুংদা লেৱা ঊশিং ইকেল অসিগী মথক্তা মরক মরক্তা লৈমাইদা মখুল লাওরপ লাওরপ হংতুনা থমই।

**Quadrant**— মরুওইনা অরাংবা অমসুং এঙ্গল (কোণ) ওইবা, জহাজ চংপদা অমসুং অতিয়াদা লৈবা গ্রহ, গ্রহগী অকোইবদা চংপা পোৎ ; থবান-মিচাক অমসুং অতৈ অতৈ পোৎশিং নৈনবদা শিজিন্নবা খুংলাই অমা।

**Quarrying**— মেসিয়ারনা পুবা ডোক্লা চাথৎ খোতং তৌবা ; মেসি-য়ারগী মথাদা লৈবা ডোকশিংবু মসিনা লেংবদা খুগাইহন্না ঊন মথাদা পুহন্না চাথৎ খোতং তৌবগী থৌদো, মেসিয়ারনা অকুং অতোং থেন্নবা লৈতনা প্লাসটিকপু ওইহন্নিংবা মওংদা হৈজিনবগুম্না ডোক্লা হান্না লৈরবা ফিভমদা কুপশিল্লি। ঊম্না লেংবা মতমদা মথাদা লৈরিবা ডোকশিং অহু মকম কার অমসুং ঊন মথাদা পুহনা চংলি।

**Quadrature**— অতিয়াদা লৈবা পোৎ অমবু পৃথিবীদগী য়েংবদা লৈবা ফিভম ; মসি নুমিৎকা সমাকোণ (রাইট এঙ্গল) অমা ওই।

**Quadroon**— মুলাতো অমগা অতৌবা অমগগী মচা ; নেগ্রোগা অতৌবগী মচাবু মুলাতো কৌই।

**Quagmire**— অহোম্বা, অচোংপা থোঙ হেক্তা পুথখিবা মফম ;

**Quaring Bog**— Bog তা য়েংবিয়ু।

**Quartz**— ড়োক অমসুং নৈহাওদা য়াওবা খনিগী শরুক ; মসি সিলিকা য়াওই অমসুং য়ায়া কল্লি। নৈতোইগী শরুক অয়াম্বা মসিগী ওাক্তনি, মসি লিক্লিওয়া লংই অহুবু মচু অতৈগী কার্টজসু উবা ফংই।

**Quartzite**— কার্টজ য়ায়া য়াওবা অকনবা ড়োক, অসি মরুওইনা সেন্দস্টোন—নৈতোইগী মুংবু মেটামোরফাইজ তৌরগা শেম্বনি। অপিকপদগী চাওরপ কোবা ফাওবা লৈ। মচুদি অঙৌবা, বাওথাংনবা, নাপু, অশংবা, নত্রগা অঙাংবসু লৈ।

**Quaternary**— পৃথিবী ইতিহাসকী মতমগী শরুক অমা। থরনা মসিবু Cainozoic Era গী অনিথোক্পা থায়দোকপা মতমগী অকোনবা অহুনি হায়না লোই। অতোপ্পনা অমুক তৌজিকী Era হায়বদি মরুওইবা শরুক মরি থাইদোক্লিবা Pre-Cambrian, Palaeozoic, Mesozoic অমসুং Caino.oic কী অরোইবনি হায়না লৌনৈ।

**Quick Sand**— অহোম্বা, চেংশিন্দবা ঈশিং হাজিনবা ভুরেলগী মচিন্দা শম্বুরগী মপান্দা লৈবা মহি লাংবা মানবা অরুম্বা পোং অমা থবদা মুপথিন্বা লৈতোই মপৈ।

# ( R )

**Radiation**— পোং অমনা মৈশা থাদোরকপা ; নুমিৎনা মতম চুপ্পা মৈশা থাদোরকই, মৈশা থবদি পৃথিবী য়োই, মরম অদুনা পৃথিবী অসি মৈশা ফংই অমসুং শাই। পৃথিবীমু মসিগী মৈশা অসি নুংশিঃ অমসুং অঙাংবা

খাদোক্লনা মৈশাশিং অদু য়াংহল্লি। অদুক নুংথিলগী মতামদা মুমিত্তগী পুথিবীনা ফংবা মৈশানা নুংশিং অমসুং সুক্ৰংদা খাদোকখিবা মৈশাগী চাংদগী হেল্লি, মুংদাংগী মতমদদি মসিগী ওয়াটেজমরদনি মৈশা খাদোকখিবগী চাংনা মৈশা লৌ-শিনবগী চাংদগী হেল্লি। মমম অসিনা অদুক নুংথিলগী লাই নুংদাংদা ইংই। লৈমাইনা ঈশিংদগী হেন্না খুনা মৈশা য়াংই, অরাংবা মফমসু অনেম্বা মফমদগী খুনা মৈশা য়াংই।

Radiolarian ooze— রেডিওলেরীয়গী অরুবা সমুদ্রদা ফংবা লৈখোম; লৈখোম অসি য়াম্না অপিকপা থরাই পানবশিংগী শব্দ নত্রগা অথাবা অকনবা মকুনা ওইবনি। মসিদা সিলিকাগী শরুক য়াম্না য়াওই। মসি অরুবা সমুদ্রদা মিটর ৯১৪৪ দুবা মফম ফাওব ফংই। পেসিফিক অমসুং ইণ্ডিয়ান ওশিন্দা ডিগ্রি ৫° অরাংদগী ডিগ্রি ১৫° অরাংদা মখোয় অসি ফংই।

Rain— লৈচিলদগী লৈমাইদা ঈশিং মরিক মরিক তারকপা নোং; নুংশিংনা ঈশিং মনিলগা লোইননা মথকলোমদা পাইথংখিহনা অরাংবা মফমদা ইংমন্থনা ঈশিং মনিলশিং অদু কমজিনহল্লি (Condensation) অহনা লৈচিল ওইরকই। অপিকপা লৈচিল মরিকশিংদি শিকমনথিবনা য়াম্না য়াংবা মরম্না লৈখাদা নোং ওইনা তারকপা ঙমদে। মখোয় অসি পুন-শিন্নহনা অচৌবা মরিক ওইনা শেম্নবা মতুংদা নোং মরিক ওইনা তারকপনি। মথক লোমদা শিকংপা নুংশিংনা ঈশিং মনিল অদু অইংবা কমজিনবগী চাং হেনবা মফমদা পুথংলি, মতুংদা ঈশিং থরা উন ওল্লি, উনশিং অসিগী অকোইবদা লৈচিলগী ঈশিং মরিকশিং নপশিন্দুনা অচৌবা নোং মরিক ওইরকই।

Rainfall— অকক্লবা মফম অমদা অককবা মতমদা তারক্লনা তুংন্দনা লৈখা লোংগী চাং; উন, লেন, লিক্লানচিংবসু নোংতাবগী চাং ওনবদা য়াওই মতুংদমক মখোয় অসিবু লোদোকহল্লগা চাং অদু ঈশিংদা ওইনা ওল্লি। নোং

তাবগী মওং অসি মখল অহুম ওই— (১) চীং নত্রগা অরাংবা মফম লৈঙ্ক
তাবা (Relief or orographic) (২) সাইক্লোন থোক্লুনা তাবা (Cyclonic
অমসুং (৩) নুংশিংনা মথক্তা ঈশিংগী মনিল হমগংখিঙ্লনা তাবা (Convec
tional) চীং নত্রগা অরাংবা মফম লৈঙ্লনা তাবা নোং ; ঈশিংগী মনিল পুব
নুংশিংকী মাইরমদা চীং নত্রগা প্লেটুওবা মফমা থংতুনা লৈরবদি নুংশিং অ
চীংথকলোমদা শিংকংখিঙ্লনা ইংশিল্লি ; ইংলবা মরমা মসিদা মাওবা ঈশি
মনিল অহু ফমজিন্নুনা লৈচিল ওন্দুনা নোং ওইনা তারকই। মসি ঐথোয়ন
ভারতকী ৱেষ্টর্ন ঘাটতা উবা ফংই। সাইক্লোন থোকপদা তাবা নোং : সাই
ক্লোন থোকপা মতমদা অইংবা নুংশিং মপৈ অমগা অশাবগী মপৈ অমগা উৱৈ
মহুদা অয়াংবা অশাবা নুংশিংনা মপৈ অহু ঈশিং মনিলগা লোইননা হমগংখি
মথক্তা ঈশিং মনিল অহু ইংজুনা ফমজিল্লি অহুগা মমৈদা নোং ওইনা তারকই
মরম অগ্নুনা সাইক্লোন্দা নত্রগা দিপ্রেশন্দা নোং তাই। নুংশিংনা মথক্ত
ঈশিংগী মনিল হমগংখিঙ্লনা তাবা নোং : ইকেতরগী লমওয়দা লৈমাই অশি
শমন্দুনা লো-প্রেসর লৈ অহুনা নুংশিং মথকলোমদা শিংকংলি, মৈশা কনব
মরম্মা লৈমাইগী ঈশিংসু মনিল ওইনা নুংশিংকা লোইননা পাইথংখি। অরাংব
মফম য়োরগা ঈশিং মনিলশিং অসি ইংবনা ফমজিন্দুনা নোং ওইনা তারকই

Rain Guage— নোং তাবগী চাং ওয়বা ঈশিং হাপ্পা য়াবা পাত্র
(কোল) অমা ; পাত্রা অসিগী মচিল অহু কোয়রোক কোয় ; মচিনগা মনিং
গা লাওবা চপ মাৱৈ, মচিনগা লাওবা চপ মামবা শারৈ অমা নোংগী ঈশি
য়ানবগীদমক মচিন্দা থমই।

Rain Shadow— চীংনা নোংপুবা নুংশিং থনজিনখিঙ্লনা নোংজিক
থজিকমক তাবা মফম ; নোং পুবা নুংশিংকী লমীদা চীং লৈরবদি নুংশি
অহু চীং অহুগা থেংনরগা য়থকলোমদা পাইথংতুনা ইংশিন্দুনা নুংশিংকা মায়ো
কবিবা চীংমাই অদদা নোং কয়া তাই। [illegible]

অতোপ্পা মাইকৈদা শিংথরকপা মতমদদি নোংগী শরুক অহু লোইথোকয়ে অহুনা অতোপ্পা নাকল অহুদা নোং য়াম্না লিক্লা তাই। মসিবু নোং থনজিনপ্রবা মফম হায়না থংনৈ। ভারতকী বেষ্টর্ন ঘাটকী নোংচুপথংবা চীংয়ায়দা আরাবিয়ান সাগরদগী নোংপুবা নুংশিং থেংজিন্দুনা নোং য়য়াং কাইনা তাই অহবু চীংগী অতোপ্পা নাকন্দদি নোং লিকই চহিদা ইঞ্চি ২৫ থক্তমক চুই, অতোপ্পা মাইকৈদনা চহিদা ইঞ্চি ২০০ নোং তাই।

Rapids— ঈশিং য়াম্না কাহেম্না য়াংনা চেনবা তুরেলগী শরুক ; মসি তুরেলগী ইচেনফম অহুদা থংঙম ঙমথবা শরুক লৈবননি। আমেরিকাগী Calorado তুরেলগী থোংলমদা অসিগুম্বা থংঙম ঙমথবা ইচেন য়াংবা মফম ১৫০ হেল্লা লৈ। Waterfall য়েংউ।

Ravine— লৈমায়দা য়াম্না চপ্না শাংনা কুংথহুনা লৈবা শরুক ; মসিদা ঈশিং লৈরবদি থোংলম ওইনা ঈশিং চেল্লি। শিকপা চাওবগী মতুংইন্না অসিগুম্বা ইচেলফমবু Valley, Ravine অমসুং Gully হায়না অহুম থোক্লা থাইদোকই। Ravine না Gully দগী চাওই, Valley দগী পিকই মরম অহুনা গল্লিনা রেভাইন্দা তিল্লি রেভাইন্না ভেল্লিদা তিল্লি।

Raw Materials— পোৎ চৈ শাদোক্লবা মচাক ; পোৎচৈ শাকমশিংনা পোৎ শাবদা শিজিন্নবা পোৎচং ; মচাকশিং অসিদগী পোৎচৈশিং তুংদোকই। লশিংনা ফি শাবগী থবকতুফমগী মচাক্লি, য়োংনা য়োংকী থবক তুফমগী মচাক্লি। করিগুম্বদা থবক তুফম অমদগী তুংদোক্লবা পোৎশিংবুম্বু অতোপ্পা থবকতুফম অমগী মচাক ওইবা য়াওই। গেহুনা য়াম তককমগী মচাক্লি অহবু তল শাফমগী মচাক্কী য়ামনি।

Range of Temperature— মফম অমগী অহিং অশাদা খ্বাইদগী হেন্না শাবগা অমসুং খ্বাইদগী হেন্না ইংবগগী খেন্নবা ; মসি নোংমগী, থাগী অমসুং চহিগী ওইনা খেন্নবা লৈ।

(ক) খ্বাইদগী শাবা খ্বাদিংগী অহৈং অমা চাংগা খ্বাইদগী ইংবা থাদিংগী অহৈং—অমা চাংগা খেন্নবনু Mean Annual Range কৌই।

(খ) খ্বাইদগী শাবা খ্বাদিংগী খ্বাইদগী কাহেন্না থমখেংনা শাবগী চাংচংকা খ্বাইদগী ইংবা খ্বাদিংগী খ্বাইদগী কাহেন্না থমখেংনা ইংবগী চাংচংকা খেন্নবনু 'Annual extreme Range কৌই।

(গ) মকম অমগী অহৈং আপাদা খ্বাইদগী ইহেন হেন্না শাবগী খেন্নবগা খ্বাইদগী ইহেন হেন্না ইংবগী খেন্নবগা বু Absolute Range কৌই।

(ঘ) Mean diurnal Range না নোংমগী মনুংদা খ্বাইদগী শাবা অমসুং খ্বাইদগী ইংবগগী খেন্নবনু থংনৈ।

Relative Humidity— নুংশিত্তা ওংশংনা যাওবিবা ঈশিংগী চাংগা নুংশিং অহুমক্তদা লৈরিবা অহৈং অমা অহুগী মতুংইন্না নুংশিং অহুনা পুবা ঙমগদবা ঈশিংগী চাংগগী খেন্নবা ; মসিবু চামাগী হিংদা পোংদোকই। রিলেটিভ হিউমিদিটি ১০০% য়োৎবদি নুংশিং অহুবু Saturated ওইরে হায়নৈ—হায়বদি দরকার ওইরিবা ঈশিংগী শরুক অহু থন্না য়াওরে। ফিভম অসি য়োৎবদি নোং তাই। থুদম ওইনা ৭০° ফরেনহিট শাবা নুংশিং কু বিক ফুট অমনা ঈশিং গ্রেইন ৮ পুবা ঙম্মী, অহুবু গ্রেইন ৬ থক যাওবদি দরকার ওইবা ঈশিং মরি থোকপগী অহুমদমক য়াওরে অহুনা রিলেটিভ হিউমিদিটি ৭৫% নি :— $\frac{১০০\cdot৬}{৮}$=৭৫%।

Relief Map—লম অমগী লৈমাইগী য়াংবা খেন্নবা উৎপা মেপ

Rhumb-Line— মেরিদিয়ান নপ্রগা লোক্সিচুই পুমবু এক্কম অমতদা চপ্পামনা কনুনা লৈমাইদা চিংনিবা লৈই।

Ria— মচিন কাকপা, খুনা অমসুং শাংনা লৈরাংনা ঈশিংনা হজিনবা সমুদ্র মপান, মসি সমুদ্র ঈশিংনা মসিগী মপান থুমগংলকুমা তুরেল

থোংনুং অমসুং ডম্পাকশিং লুপশিনখিদ্রনা শেমলি, অমাংবা চৌংশাং অহুনা সমুদ্র মপানদগী মৈরাম ওইনা লৈহোই ; মসি অমাং নোংচুপ ঙোন্না লৈ।

Rift Valley— চাওরাক্লা সামান্তর (Parallel) ওইবা Fault অনিগী মরক্তা লৈবা লম নমথখিদ্রনা শেম্বা কুংথবা মফম ; মসি মমুং মায়া শাংই। Rhine তুরেল অসি Voges Moutain অমসুং Black Forest (চৌংগী মখিং) গী মরক্তা নমথখিবা Rift Valley নি। German মরোল্দা Graben কৌই।

River— থুমহি চেক্লবা ঈশিংনা ইরম নাইনা শাংনা কুংথবা মফম অমদা চেল্লুনা সমুদ্র, পাং নত্রগা অতোপ্পা তুরেল অমদা তারবা ; তুরেলগী হৌফমবু Source কৌই, অপিকপা ইচেল মচা, ইফুৎ, পাং অমসুং গ্লেসিয়ারগী অরোইবা মচিল্লা ঈশিং শোদোরকপা মফমনচিংবদগী তুরেল হৌরকই। হৌ-রকফমদগী তুরেল তাফম ফাওবগী থোংচৎ অহুবু Course হায়না খংনৈ, তুরেল তাফমবু Mouth কৌই। তুরেল অমদা অতোপ্পা তুরেল অমনা তিল্লয়বদি তিল্লরিবা তুরেল অহুবু Tributary কৌই তুরেল অমদগী তুরেল মচা অমা নত্রগা অমদগী হেল্লা শাইদোক্লুনা মনিং তম্বা অতোপ্পা মফম অমদা তিনজপ্লবদি অহুবু Distributary হায়না খংনৈ।

River Capture— তুরেল অমনা তুংওইননা মকোকলোমদা অমুম চাশিনখিদ্রনা অতোপ্পা তুরেল অমগী মকোক্তা নত্রগা মকোক্তী ইরমশিংগা শম্বদুনা অতোপ্পা তুরেল অহুদগী ঈশিং চিংখোকপা ; হেল্লা মপাঙ্গল কনবা তুরেল অমনা লুথনা অমসুং তুংওইননা মকোকলোমদা চাশিল্লক্লুনা খংননা লৈবা তুরেল অমগী মকোক্তী ইচেলশিং অহুগা শম্নবদি অতোপ্পা তুরেল অহুগী ঈশিং খরা তুরেল মপাঙ্গল কনবা অহুদা চিংখোকখি। ঈশিং চিংখোক্লিবা তুরেল অসি শুবা অমসুং অশোনবা লায়না চাখৎপা য়াবা ডোক্তা চেল্লি মওং কয়ামরুমদা River Capture কৌই।

River Terrace— তম্পাক্তা তুরেল অমগী নাকল্লা পাক্কা লৈতেম মাময়প তৌনা রাংখৎনা লৈবা মফম অমা; ঈশিং ইচাওদা থুমা মফম (Flood Plain) দগী ঋসিনা রাংখৎনা কাংথক অমগুম লৈ মৎম অদুনা ইচাওদা থুমদে, মসি হায়না Flood Plain ওইরম্বা মফম। লৈমাই ইনথৎলকপা নত্রগা সমুদ্রগী ইথায় লুহবদগী তুরেল চেল্লিবা খোংলম অদু লুখখিদুনা Flood Plain অসি রাংখৎনা লৈতৌদুনা Terrace অমা ওই। লুখখিবা তুরেলগী খোংলম অদু অহানবদ লুথমা চাখৎপগী থবক অসি মপুং ফানা তৌরবা মতুংদা লেপখি মসিগী মহুক্তা নাক য়েক্তা মতাই লৈবাই অনিদা চাখৎতুনা মপুংফাবা অনৌবা Flood Plain অমা শেমই। লৈমাই ইনথৎলকপদগী অমদি অতৈ অতৈ মরমদগী লুথনা চাখৎপা অমুক হৌরকুনা হায়গুম্বা Flood Plain অদু মথক্তা লৈহৌদুনা অনিগুবা তেরেস অমসু হায়গী মথাদা শেমই। মতৌ-অমুম্বা থৌওং অসি চম্না হম্না তৌদুনা হায়না তুরেল চেল্লম্বা মফমশিংনা থাক থাক নাইনা রাংখৎনা তুরেলগী নাক য়েক্তা লৈ। মসি নত্তবদা তুরেলগী Meander ( খেক্না খোয়না চেনবা শরুক ) না Flood Plain দা হায়না হুম্না চেনবা য়াওই। মসিনা Flood Plain গী নাকল অমদা হজিল্লা অমসুং লুথনা চাখৎতুনা চেল্লবদি অমুম কুৎখিদি অতুগা অতোপ্পা নাকল অদু রাংখৎনা লৈহৌই।

তেরেসপু Cyclic অমসুং Non Cyclic হায়না খায়দোকই; Cyclic তনা তুরেলগী নাক য়েক্তা জুরা ওইনা লৈগল্লি মসিবু Paired Terrace সু কৌই। Non Cyclic তনা জুরা ওইনা লৈগদ্দে মসিবু Non Paired Terrace সু কৌই। তেরেস মথক্তা পোৎ পৈশিনবগী মতুংইন্না Alluvial Terrace অমসুং Bed Rock Terrace হায়নসু খাইদোকই।

Roaring Forties— থাংথংবা পৃথিবী তম্মাইদা ৪০° দগী ৫০° ফাওবগী মনুংদা সমুদ্রগী হয়ায়থক্তা চাং নাইনা অমসু কম্না শিংপা নুংশিৎ; মফম

অসিদা কংক্কালগী শরুক ইরৈ লৈতবনা সুংশিং শিংজকপদা অখিংবা পোং ইরৈ লৈতে। মকম অসিদা Cyclon নত্রগা Depression য়ায়া ভোই।

Rocks—পৃথিবীগী মখক শংবা শরুক-কুয়োমদা মপাং তইরিবা পোংশিং-গী মনুংদা অমা ; মখোয় অসি Mineral শিংনা অয়াম্বা ওইবনি। করিগুম্বদা Mineral মখল অমত্তমা ডোকপ ওইবয়ু য়াওই। মসিগী অককবা মপাগী কেমিকেল কম্পোজিসন লৈয়দে। ডোকসপু ইগন, সেডিমেণ্টরি অমসুং মেতামোরফিক হায়না শরুক অহুম খোক্সা খাইদোকই।

Rotation of Crops— খেন-খেন্নবা মহৈ মরোংবু লৌকম অমতদা মথং মনাও নাইনা হন্না হন্না শিন্ন-শিন্নবা থাবা ; খুদম ওইনা চহি মরিগী ক্রোপ রোতেসনদা মথাগী পাম্নীশিং অসি মথং মথং থাই। অহানবদা মক চাবা পাম্বী আলু, গজরগুম্বা থারগা মথংদা বার্লি থাবা পক্লে মসিগী মতুংদা নটুগী অমসুং ক্লোভর থাই মতুংদা চহি মরি গুরকপদা গেহু থাবা পক্লে। অসুম্না চহি অনিদগী চহি নিপান কাওবগী ক্রোপ রোতেসন তৌনৈ।

# ( S )

Salinity— সমুদ্র, পাং অমসুং তুরেলগী ঈশিংদা য়াওবা খুমগী চাং ; সমুদ্র ঈশিংদা য়াওবা খুমহিগী চাংদি লিশিংদা কুপ্থ্রামতানি অহুবু মকম মফমগী খেন্নৈ। Red Sea দা লিশিংদা ৪০ ওইবদা পোলারগী সমুদ্রশিংদদি লিশিংদা ৩০ ওই। ইকেতরগী লমশিংদদি নোং য়ায়া তাবা মরম্না খুমগী চাং য়ায়া হন্থৈ, মুংশা ময়াং কারনা শাত্তনা ঈশিং মশিল ওইনা য়ায়া পাইথংপা ঈশিংগী শরুক অমসুং কংকোল্লনা ইকোয় কোয়শিনবা পাং নত্রগা সমুদ্রদা

তুরেল য়াম্না তারবদি থুমগী শরুক য়াম্না য়াওই। নোং অমসুং উন য়াম্ব তাবা মফমদা থুমগী চাং য়াম্না য়াওদে, কংফালা মাইকৈ অপুনবদা কোয়শিন্নবা পাংসু থুমহিগী চাং হন্থ। Dead Sea দা থুমহিগী চাং লিশিংদা ২৫০ নি।

**Salt Lake**— নোং য়াম্না লিক্লা তাবা মফমদা কংফালনা কোয়শিনবা খোকক্ষয় লৈতবা থুমহিগী পাং, পাং অসিদা তারকপা তুরেলশিংনা পুরকপা থুমহিগী শরুকশিং পৈশিন্নরুনা থুমগী চাং হেল্লি। মনিল কাবগী চাং হেনবনা থুমগী শরুক লৈহৌই।

**Sand**— ডোকস মকুপ মপৈ অমা; মথোয় অসি Gravel দগী হেন্না কুপ্পি অমসুং Silt তগী হেন্না পোই। অণ্ডবু উফুলগুমদি কৃপতে। চীংগুম্না লৈতোই মপৈ পৈখৎতুনা লৈববু Sand Dunes কোই।

**Sand Stone**— লৈতোই নপশিন্নহুনা শেম্বা সেডিমেন্টরি ডোকস অমা, লৈতোইবু Calcium Carbonate নত্রগা Silica গুমনা নপশিন্নহুনা ডোক-শিং অসি শেমই। ডোকস খয়দি কম্না নপশিন্নে খরদি চেৎশিন্দনা নপশিন্নবা য়াওই।

**Sand Storm** — অকনবা নুংশিংনা অপোবা লৈতোই চেন্দুনা পুরকপা মখলগী নোং নুংশিং, লৈতোই অহু মিটর ১৫ দগী ৩০ ফাওবা বাংনা চেনখং-লি অমসুং য়াম্না থাপ্পা চেনবা ওমদে।

**Satellite**— প্লানেটকী অকোয়বদা কোয়না চৎলিবা পিকপাপ তোবা পোং অমা; খা-পৃথিবীগী সেটেলাইটনি।

**Savana or Tropical Grassland**— ইকোয়েটরিয়েল উমং অমসুং অশাবা লৈকংলাগী মরক্তা লৈবা নাপী হোবা লম, নাপীশিং অসিগী মরক্তা উ খম্না খরমু হৌই। লম অসিদা কালেন থাদা নোং নিংখিনা ত'ই অমসুং নিং-থম থাদা নোং য়াম্না বাংলি ইকং ওইবসু য়াওই মরম অদুনা ঈশিং কংবগী খুদোংচাবা মকম মতনা উপাম্মী হোবা ওমদে। কালেন থাদা নাপীশিং অসি নিংখিনা হৌই অমসুং নিংথমথাদা খুইখয়কই অমসুং কংশিন্নকই। খা-

আমেরিকাগী Llanos অমসুং Campos লৌরাগনি ; মসি অফ্রিকাদগি মরাং কাইনা লৈ। মসিবু ত্রোপিকেলগী নাপী হায়নবু খংলৈ।

Schist— মেটামোরফিক রোক অমা ; ইগনস অমসুং সেডিমেন্টরি রোকশিংবু মৈশা অমসুং প্রেসরনা সিষ্ট (Schist) ওইহল্লি।

Scrub— অনেম্বা পাম্বী অমদি মথিক লেম্বা উশিং ; মখোয় অসি ঈশিং ভাংবা লৈহাও ফত্তবা লমদা লৈ। মখোয় অসি লৈকংলাগী মতাইনা লৈ।

Sea— মহাসাগরগী অপিকপা শরুক অমা ; মরুওইনা লৈকাওনা কোয়শিনবা সমুদ্র ; খুদমদি North-Sea, Mediterenean-Sea।

Sea Breeze— অয়ুক নুংথিলদা সমুদ্রদগী লৈফালোমদা শিংচিল্লকপা নুংশিৎ ; মসি মৈশা থেম্লবনা থোকহনবনি। অয়ুক নুংথিলগী মতমদা লৈ-কাল অসি শাবনা নুংশিৎ মথকলোমদা শাইথংলি অদুনা লো-প্রেসর লৈ মরম অদুনা অইংবা সমুদ্রদগী নুংশিৎ শিংচিল্লকই। মসি অয়ুক্কী হোৎপা নুংথিল থেংলপ তৌবা ফাওবা শিংলি।

Sea Mount— সমুদ্র লৈমাইদগী ফাওগংলকপা ঈশিং মথকী ইমাই যৌবা ওমদবা নাইতোম লৈবা মৈগী চীং মতোন।

Seasons— চহি অমগী মনুংদা অপায়বা অইং অশা, ঈশিং নুংশিংকী ফিভম লৈবা মতমশিং ; মসি পৃথিবীনা নুমিৎকী অকোয়বদা চৎপনা অমসুং পৃথিবীগী Axis না মসিগী থোংচৎকী লম্বীদা ডিগ্রি ৬৬ ½ ওমথবননি। থেম্বা মতমগী মতুংইন্না অইং অশা ঈশিং নুংশিৎ হোংহুনা ঐথোয়না কালেন থা, নিংথমথা, শরৎ থা, অমসুং য়েনিংথা লৈরিবনি।

Sedimentary Rocks— লৈরোন নাইনা পৈশিন্দুনা শেম্বা রোকস ; তুরেল, গ্লেসিয়ার, নুংশিৎ, সমুদ্র নত্রগা পাংনা মু জাও, নুংকুপ, লৈচোই,

শা-ঙাগী শক্ক অমসুং শাহীনচিংবা পুরক্লগা, করিগুম্বা মফম অমদা পৈশিন্দুনা ড়োক অসি শেমই অমসুং মখোয় অসি পৈশিনব মতমদা লৈরাক নাই মরম অদুনা Siratified Rocks কৌই। মখোয় অসি অথেনবা সমুদ্র, পাৎ নত্রগা ভূরেল খোংপুংদা পৈশিজি। মখোয় অসিবু নপশিন্নবা মহি অমা থোরক্লনা কাজিনখি অমদি কনশিনখি। ড়োক অসিবু মখল মরি থোক্লা মাইদোকই মহৃদি— (১) Arenaceous ড়োকস, লৈচোইগী শরুক য়ায়া য়াওবা খুদমদি Sandstone; (২) Argillaceous ড়োকস, লৈতালগী শরুক য়ায়া য়াওবা খুদমদি Clay, Shale ; (৩) Calcareous ড়োকস শা-ঙাগী শরু য়াওবা অমসুং Carbonate of lime না শেম্বা খুদমদি Limestone অমসুং (৪) Carbonaceous ড়োকস, উপাঙ্গী শরুক য়াওবা অমদি মমৈদা কয়লা ওইরকপা মখলগী ড়োক খুদমদি Coal, Lignite নি। অতোপ্পা মখলগী কোয়রক কোয়বা নুং মচাশিং নপশিন্দুনা শেম্বা ড়োকপু Conglomerate কৌই। মচেক নাইবা চাওরপ ভোনা অবায়ব ড়োকশিংনা শেম্ববু Breccina ওইগনি।

Seif Dune— লৈচোইগী অপাংবা চীংথম ; মখোয় অসি নুংশিৎ মাই-রমগা সামান্তর ওই হায়বদি নুংশিৎ শিংলকপগী মাইকৈগা পরিং অমতা ওইনা লৈ। নুংশিৎনা মখোয়বু শাংদোকহল্লি অদুবু মখোয়দা নুংশিৎনা কৈনা শিংচিন্নবদি মশিগী অরাংবা অমসুং অপাকপা হেক্লংহল্লি।

Seismic Focus— পৃথিবীগী লৈমাই মথাদা মুহার হাবা হৌরকফম, মফম অসিদগী নিকপগী ইথক অদু মাইকৈ পুম্বদা শন্দোকই। মসি লৈনুংদা [illegible] ওইগল্লি।

Seismograph— মুহার [illegible] অমা।

Seismology— মুহার হাবগী মরমদা নৈনবা বিজ্ঞান।

Selvas— [illegible] আমেরিকাগী অমাজোন ভূরেল মপান্দা হৌবা [illegible] অকুপা [illegible]।

**Sericulture**— খুগা ( সিল্ক ) পুথোক্নবগীদমক-খুগা ( সিল্ক ) হী চিল ষোকপা।

**Sextant**— পোং অনিগী মরক্তা এঙ্গুলার ডিসটেন্স ওঅবা খুংলোই অমা; মসিনা অতিয়াদা লৈবা পোং অমগী অৱাংবা ওনবা ওইবা মগুম অঁহনা মর্কম অমগী লেটিচ্যুট অমসুং লোঙ্গিচ্যুট পুথোকপা ঙম্মী। মসি জাহাজ হৌনবদা য়াম্না কান্নে।

**Shale**— লৈতাম্না ওইরকপা সেডিমেন্টৰি ডাকস অমা; মসি মরক্তা লৈবা অরুম্বা ড়োকসনা ননশিন্মুনা অমদি চপশিন্মুনা ওইবা য়াই নত্রগা অন্মু ওবা পোংনা নপশিনহন্মুনা শেম্বা য়াই। মথোয় অসি লৈয়োল মায় অমসুং লায়না কায়গনি।

**Shield Volcano**— বেসিক লাভানা শেম্ব মৈগী চীং; মসি পোকথাইবা মতমদা মখোল থোক্নে লাভাশিং অহ্ তপ্না থোরকই। মসি য়াম্না তপ্না ইংথৈ, ফমজিনবদা মতম চংই মরম অহ্না পাকচাওনা শন্দোকই। খুদমদি হৱাই ইথংকী Mauna Loa পৃথিবীগী খ্বাইদগী রাংবা মৈগী চীংনি। মসি মিটর ৪১৭০ রাংই, মসি লোইরোই লোইরোই ডিগ্রি ৬ তমক ঙমই।

**Shifting Cultivation**— মফম হোংনা হোংনা লৌ উবগী চংনবী; করিগুম্বা মফম অমদা চহি খরা লৌ-উশিল্লবা মতুংদা পোংথোক রাংলকপদগী মফম অহ্ থাদোক্রমম্না অতোপ্পা মফম অমদা অমুক হোংবগী থৌদো। অনৌবা মফম অমা হোংবা মতমদা উ-রা য়ানথত্নুনা মৈ থাদোক্লগা কোক-থংল্লি।

**Shingle**— চোম্না তাম্না লৈবা কোমরপ তৌবা নুংমচাশিংগী মপৈ।

**Ship Canal**— অচৌবা জাহাজ চংপা (লানথোকপা) য়ানবা মতিক-চানী ইশঙ্গনা শাকইনবা খুংশোম্না তৌবা ঈশিংথোং।

Sial— পৃথিবীগী অকনবা মপংগী শরুকী অয়াংবা ড়োকস খংনবদা শিজিন্নৈ। মসি Silicon অমসুং Aluminium না শেমনি, মরম অদুনা য়াহে অনি অসিগী অহানবা ময়েক অনি পুনশিল্লগা (SI+AL) ওইবনি। মসিগী স্পেসিফিক গ্রেভিতি ২.৭০ দগী ২.৯০ ফাওবনি। মসিনা Sima গী মথক্তা লৈ। Granite সু মসিদা য়াওই।

Sill— সেডিমেন্টরি ড়োকী হোরাইজোনতেল ওইবা লৈরোল অনিগী কারক্তা লৈনবুংদগী থোরকপা Magma চংখিদুনা পাক্না শঙ্গো ঙ্গনা লৈবা ইগন্স ড়োকস, মেগমাশিং অদু মফম অদুদা ইংদুনা কমজিল্লি।

Silt— ভুয়েল অমসুং পাংনচিংবদা পৈশিনবা পোং, মসি লৈড়োইদগী হেন্না কুপ্পী লৈতান্দগী হেন্না পোই।

Silviculture or Sylviculture— উ থাবা ; মসি ফোরেষ্টরিগী মশা অমনি।

Sima— পৃথিবীগী মপং ওইবা শরুক ( Lithosphere ) কী অকন্বা ড়োকস খংনবদা শিজিন্নৈ। মসিদা Basalt য়াওই। মসিনা Sial গী মখাদা লৈ অদুনা সমুদ্রগী মখাদা লৈ হায়না লৌনৈ। মসিদা Silicon অমসুং Magnesium য়াওই। মরম অসিনা য়াহে অনি অসিগী মকোক অদু লৌরগা পুনশিন্নদুনা (SI+MA) হায়না খংনৈ। মসিগী স্পেসিফিক গ্রেভিতিদি ২.৯০ ৪.৭৫ ফাওবনি।

Sinkhole or Shallow Depression— গুনুগী লমদা লৈবা লৈমাইদা কুংথবা শরুক, কোমগুম্বা অমা ; মসি চা কপকী প্লেট অমগী মথং মায়া কুথৈ। কোম অসিদা ঈশিং চংখিদুনা লৈনুং য়োথি। কুংথরিবা অসি গুমগা লোংগী ঈশিংদা য়াওবা কারবোনডাইঅক্সাইডকা তিন্নরগা তুমশিনখিবনি। মখোয় মসি মিটর থরদংগী মিটর ১০০ হেন্না লুবা লৈ, পাক চাওবদি মিটর থরদগী ৷কয় অমা হেন্না পাকচাওনা লৈ ; আমেরিকাগী ইন্দিয়ানগী ওবেক্ত কাওভিদা

মাইল অমা হ্বারগী মনুংদা অসিগুমা অহোবা ১০২২ লৈ।

Sinter— অপাবা ইকুং নত্রগা গাইসরগী মিনরেল থোক্লগা পৈশিনবা; মথোয়বু Calcareous অমসুং Silicon য়াওবগী মতু ইন্না মথংশিংবা Travertene অমসুং Geyserite হায়না খ'নৈ।

Slate— লৈতান্দগী ওনক্লপা মেটামোরফিক ডোকস, মৈশা অমসুং চপশিনবনা য়ায়া কুপ্পা লৈতানবু অকুংবা মেটামোরফিক ডোকস্ ওইরকই। মসি য়াম্না পানা শিং ন'ম্না মপাক ওইনা কাম্নগল্লি।

Sleet— কমজিনবা নোং মরিক; মথক্তগী নোং ওইনা তারক্লবসু লৈমাই ময়াদা অইংবা নুংশিং লৈরবদি ইংশিন্নুনা নোং মরিকশিং অত্থ কমজিল্লি।

Slip off Slope— তুরেল মরিল অমগী Meander ( থেকচিনবা নত্রগা কোংশিনবা ) দা লোইরোই লোইরোই ওমা লৈরাই, মসি কোনশিল্লিবা শরুক অত্নগী মনুংথংবা হায়বদি তুরেলগোম থংবা নাকলদা পোনখোকপা শরুক অত্নি। মসিগা মায়োক্নবা লৈরাই অত্নদি য়ায় ওম্পী।

Small Circle— গ্লোবপু অনি থোক্লা খাইবদি তৌদবা পৃথিবীগী লৈমাইদা য়েকপা অকোয়বা অমা, ইকেতর নত্তনা লেটিচ্যুট পুম্না অশিকপা সর্কলনি।

Smog— মৈখুগী শরুক য়াম্না য়াওবা লৈমাই ময়াদা লৈবা অনেম্না লৈচিল; মী কুংনা তাবা, কারখানা য়াম্না লৈবা সহরশিংদা মৈখু য়াম্না থোক্লসা স্মোগ য়াম্না লৈ। মসি Smoke অমসুং Fog না শেম্নি।

Snow— ঈশিং মনিলবু কমজিনবগী চাং (Freezing point) য়োরগা উন ওন্দুনা মপং ওইনা নোংথক্তগী লৈমাইদা তাংকপা, মথোয় অসি মওং কয়ামরুম য়ায়া তারকই। উন সেন্টিমিটর ১০ গা নোংগী ঈশিং সেন্টিমিটর ১ গা মাম্নৈ হায়না লৌই। কমিওমদা নোং তারকপা লৈমাই মমাদা ইংদুনা উন ওইনা তারকপা য়াওই।

